


# Sahebki Thoujal

(A collection of fifteen short stories by S C Yaikhomba)

অফোঙবা ঃ য়াইখোম সনাতোম্বা (নেতাজী) মৈতৈ
খুবাই পুথিবা লৈকাই
লম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল-ইষ্ট, মণিপুরনা
যাইখোম পল্লীকেসনগীদমক

অইবা ঃ এস. সি. য়াইখোম্বা
খুবাই পুথিবা লৈকাই
লম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল-ইষ্ট, মণিপুর

ঃ অইবা

অহানবা ফোঙবা ঃ মে, ২০০৯

কোপী মশিং ঃ ৫০০ (চামঙা)

ফংফম থোকপা ঃ ফংফম থোকপা খুদিংমক অইবগীনি। লাইরিক আসিদা যাওরিবা রারী মচাশিং অসি লন্নাই ওইনা নৈনবা, থিজিন হুমজিনবগী থবক নত্তনা মচেৎ নক্রগা মপুম ওইনা, শেন্দানবগী মওংদা পুথোকপা, শিন্দোকপা অমদি থমজিনবা (ইলেক্ট্রোনিক মেদিয়া যাওনা) যাবোই। দবকাব লৈববদি অইবদগী মাঙজৌননা অযাবা লৌবীয়ু।

মখুম য়েকপা ঃ সলাম হেমচন্দ্র সিংহ
ক্বাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাই, ইম্ফাল

মমল ঃ লুপা ৯৫/-

নম্ফল ঃ লমযানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল ইষ্ট।

তাইবঙদা শারেপ ফানবা
য়োকপীরকখিবা ইপুবোক্কী নফমদা
অপঙবা নশুগী করিসু লৈজদে
কচ্চরি সাহেবকী থৌজাল অসিমতং!

# ৱাহৈ খরদং

থম্মোয়নুংদা ফাওরকপা ঈথিল অমা ইথোক্তনা থম্বা হায়বসি অসুক্কী মতিক ৱায়। পোৎলুম অমনা ইথক্ত নহুদুনা অদুম লৈবগুম্বনি। অসুম্না ইথোকচরবা ৱারী নৎত্রগা শৈরেং অমা, অমুক নমথোক্তনা লাইরিক অমা ওইনা ফোঙদোকচবা হায়বসি মতম চুপ্পদা খন্দুনতা লৈবা ৱাখলনি। ঐগী ৱারী মচাগী লাইরিক অসিমসু ফোঙদোকচবা ঙম্লরোইদ্রা খনজরুরে। হন্দক পুথোকপা ঙমজরে। মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরে। মসিগীদমক ঈশ্বরবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

মহৌশাগী ফীভম্না হোংলকপগুম মীওইবগী চৎথরক্লিবা পুন্সি মহিংদা অহোংবা কয়া লাকই। অহোংবা মানা লাকপদা থোকহন্নীংদবা, পামদবা থৌদোক কয়ানা চৎনবী ওইনা কুপশিল্লক্লিবা ফুরুপ-অদুমদি লাইবক থীরবা ফুরুপ অমা ওইরদরা খাল্লে। অশোয়বা, অরানবা অমা চুমথোকপা অরায়বা ওইরোই। মতম শোয়দনা চঙগনি। উনা উনা হেন্না ফীভম শোকচিল্লকপা ঙাইবনা ফুরুপ অদুগী মাঙজবতা ওইগনি।

হোংলক্লিবা মীওইবগী য়াওলদা পীক্লবসু পীকনা ইরমদম অসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী পুন্সিগী য়াওলসু য়াওহন্দনা থম্লম্বা খক য়ারোই। খেন্নবা পুন্সি মহিং কয়া খুন্নাই অসিদসু লৈরক্লে। খল্লুদবা ঙমদে। অৱা-নুংঙাই অনীগী মরক্ত থৌদোক ৱাথোক কয়া থোক্লি। ওইথোকপা য়াব্রা হায়না খঞ্জবা থৌদোক ৱাথোক মচা খরদা যুম্ফম ওইরগা শাগৎচবা ৱারী মচা খরনি। কনাগুম্বা হিংলিবা নত্রগা লৈখিদ্রবা মীওই অমতগী পুন্সিগা মরী লৈনজদে। কনাগুম্বগী পুন্সিগা চানরুবা, মান্নরুবা য়াওরন্নগসু অইবগী ৱাখলনা শাগৎচবনি খন্না ঙাকপীনবগীদমক হায়জরি। উরিবা থেংনরিবা খুদিংমক ইথোকপা ঙমজদবনা অয়াম্বনি। ইকবশিংগী মরক্ত খরা অমদি ফোঙদোকপা ঙমদবসু য়াওদবা নত্তে।

ঐখোয়গী সমাজ অসিগী মায়ওন কদোমদা চৎলি হায়বসি ঐখোয় খুদিংমক্তা খঙবগী হক চপ চানা লৈ। অপাম্বা মায়কৈদা পুবা প্রজাশিংগী থৌদাংনি। মীওই

কাঙলুপ খবনা চিংদুনা চৎহনবাদ প্রজাশিংগী রাখল, থৌনা বাৎপানি হায়বোইদবা ? খন্তবা বাৎপগী মতৌ ঐখোয় থাদোকপা চুমগনি। মীওইববু ইকায়খুম্নবা উৎতুনা চাওৎপগী লম্বীবোমদা ঐখোয় চৎফম থোকপানি।

ঙসি খুদোল তমজবিবা রাবী মচা খবা অসিনা অফবা সমাজ অমা পুবক্লবা হোৎনবদা মতেং খজিক্কং পাঙবা ওম্লগদি লাইবিক অসি ফোঙজকবগী মহৈ যাম্লে খঞ্জগনি। রাবী মচা খবদা অতোপ্পা ফুকপকী লোন শিজিন্নবদা অশোয অঙাম থেংনাববকপসু যাই। কবিগুরুদনা অতোপ্পা লোনগী মহৎতা মৈতৈ/মীতৈ লোন ওইনা শিজিন্নকবগী ফজদবা থেংনবিববসু অইবনা ফোঙদোক্লিলবা রাখল অদুতমক ফোঙদোকচনবা ইচম চম্না হোৎনজবনি হায়না খনবীয়ু।

লাইবিক অসিগী মখুমগীদমক পুকচেল চাউববা ঐগী ইনাও সলাম হেমচন্দ্র দাস হ, ক্লাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাইদা লৈবনা অচৌবা থৌদাং লৌবীদুনা থেকপীবকাখি। মহাক্কী শিংঙম্লবোইদবা লমন অমগসু তোনশিনজববানি।

লাইবিক অসিবু মপুং ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবদা ইশাগী অরা অনা খিদনা, অচীনবা কয়া কাইথোকপীদুনা চেকশিন্না অশোয় অঙাম থেংবীখিবা প্রেসকা ওজাশিং, ইচিন ইনাও খ্বাই পুম্নমক্কী লমন অমসু তোনশিনজবে।

অবোযবদা লৈবাক মীযাম্না থোইনা হেন্না কুপথনা নৈনবিনক্লুনা মওংমতা খুৎনমদা হেন্না ফজবা লাইবিক অমা ওইহনবদা অচৌবা মতেং পাংবীবক্লনি হায়না থাজবা থমজবি। থোইনা হেন্না লান্নাংগনদ্রপসু, অশোয অঙাম যাওগনবা মীওইবগা লোনচৎনি। শোয়খি লানখিবা কয়া যাওববসু খ্বাই পুম্নমক্লা ঙাকপীনবা থম্মোয শেংনা হায়জবি।

ইম্ফাল
২ মে, ২০০৯

এস. সি. যাইথোম্বা

# মনুংগী লমায়দা

# মঙদসু তাইবঙদসু

হযেংদদ বাধাগী লুহোংবা নুমিৎ নৎত্রা ? ঙবাং মমানা বাধাগী হৌজিংপোৎ যাওকুবগী বাবী হেক শান্নবগা কৃষ্ণকুমাবগী থম্মোযদা চৈফু অমগী চৈনা ফাওখিবনা ঙবান্দগী চাবা থকপা চঙলকত্রি। তুম্বা যাবক্তবি। ঙসি নোং ঙানবদগী কবিনো তৌগদবা হাযফম খঙদবমখে মরাবা অমা খাঙাল। কবিনো হায়কুগদৌবিববসিবো হযেং লুহোংঙ্গগদবা রাধাগী মফমদা ' ঙসিমক চৎলসি কবম্লা হেক হায়কুবা ঙমগদৌবিবা ?

কৃষ্ণকুমাবগী লৌনবা থাক্ক বাধাগগী থাক্ক অদুক্কী মতিক খেননখ্রে। বাধাদি চহি তবামথোই নীথোইগী মমাঙদা কষ্ণকুমাবগী যুমদা চাকথোং ফৌশুগী মতেং পাংনবা লাকখিবনি। খুঙ্গংগী যাম্না লাযববা ইমুং অমদগী তৌবকপীনি। লাইবিক লাইসু নীর্গথনা তম্বা ফংজবক্রবীনি। মতাক্কীদমক থা থাগী খবা খবা পীবীবা পৈশাদুনা মাগী ইমুংগী লৈত লাযবা মেন্নাববীনি। হৌজক্তি মহাক লৈশাবী মপুং ফাবে। মীগী ইমুন্দা থম্বা নুংঙাইত্রদুনা চহি অমা অনীমুক্কী মমাঙদা মমা মপানা মযুমদা পুখবে।

কৃষ্ণকুমাবগী যুমদা লৈবিবৈঙদা তমজখিবা ফিশা লোনশাগী থবক্তুনা মাগী খুঙ্গংগী লমদদি থোইদোক্লা হিংবদা কান্নবে। কৃষ্ণকুমাবগী মমানা লৈবীবা ফি তূনবা কোন অদুনা মযুমদা ফম্না ফম্না নোংমগী পৈশা খবা খবা তানবসু ঙমজবে। মখুৎতা পৈশা খবাসু পাযজবে। মযুমদা মমা মপানসু চপ চানা পামুজবা মতম যৌবে। অদুবু, খুঙ্গংগী লমদা নীঙোলনা মযুমদা চহি ২৫ ২৬ যৌনা কবম্লা লৈবা ঙমগদৌবিবনো ? অদুনা মাবুসু থাজ যোনজনবা মতম লেপখিবনি।

মবক আসদা বাধাসু মাগী দাদা কৃষ্ণকুমাবগী মনমদা খল্লুবদা মবক মরক্তা মঙলাক্লখিদবা নত্তে। হৌবর্কখর্বনি মাগীসু যৌবনগী ঈথক ঈপোম কৃষ্ণকুমাবগী চাংজৈ পাববা ঈপাক্ত। অদুবু, নুপীজা ওইবীগী মপোক্ত পোকলুবনিনা কম্মদি ফোঙদোকচবা ঙমগনি ? অন্নাবগী মথক্ত অন্নাবনি। যুমলৈ কৈলৈগী থাক্তদসু নত্তনা লাইবিক লাইশুগী থাক্তসু অশুক্কী মতিক খেননত্রে। চুম্নগী ঈমালোন অসি ফাওবা ইবা পাবা হৈজদে। চিঠি অমতং ইবা তাববসু মী নেকপা তাববনি। মীদুনা র্কবিবু ইবিবনো হাযবসু মাদি খঙজববোইদর্বনি। পাবগীসু অদু মঙায। পুম্নমক অসি মথৈ তাদা তাববদি তৌবদা র্কবিসু কাযদে। অদুবু, খনবা মখৈ খল্লববসু কৃষ্ণকুমাবগী মফমর্দাদ মহাক ঙমদবে। মমা মপানা থাজবীবা মফমদুদা মহাক হবাও হবাও চৎপা তাবনি।

বাধাগীদমক খল্লুবদা কৃষ্ণকুমাব যাম্না নুঙাইবক্তবে। তশেংনা বাধাবু নুংশদবদি নত্তে। অদুবু, ইংলিস মতেক অমা ফাওবা ঙাঙবা ঙমদবা, লাইথিক মযেক চৎতবা হাযবদুমক্তনা তশেংনা অযেৎপা পল হাযবা অদুমা ওইখি। হযেং মাযাম তিন্নবকপদা মাযাম মমাঙদা মাগীনি হাযদুনা কবম্না বাধাব পথোক্লনি ? মশক মতৌগীদি থাওনা হেন্না চঙখোনখবে। চুঙ ফিবাল চাবী নুপীশংগী মবক্ত মাসু অর্মানি হাযবদা নোপতবে। লা অসিদনি কৃষ্ণকুমাবনা থুর্কবিবসু। থোকত্রবা থৌদোক কযা ঙথা তা ওইববোই নীংাল। র্মাব র্মবি নীংশিংলক্লি।

"বাধা!" বাধানা ফি শুবিঙৈদা তপ্পা চঙলক্লগা কৌই।

"র্কবি হাযগে, দাদা?" বাধাগী অচম্বা পাউখুমনি।

"নঙসে ওহ্বোক্লা থীখ্রে অশেংবা। কবম্বা লাইনা শাবক্লিবনো খঙদে।" কৃষ্ণকুমাবনা লকনৈ।

"নঙোন্দা যেংবীযু হাযদে।" বাধানা শাউনা খুন্নকপনি।

"মশক খঙলবদি এ ফুবীগে তৌবনিদা।" কৃষ্ণকুমাবনা নোক্তনা খুম্মী।

"নঙোন্দা কৈসু ফুর্বাযু হাযদে।" মাগী লোইশিনগদবা থবকশিং লোইশিন লোইশিন্না হাযবকপনি।

"শাউববো?"

"শাউদদি কৈনো? মীবু থীনা হাযবগা হবাউবা কনা যাওগে?"

"শাউবনু সে, কৈনো অমা হাযগে তৌবনি।"

"কৈনো দাদা, ঙাওশিন্নবু।"

তশেংবদি ফাজিন পুনশিন্দুনা থম্বা ঙম্নক্রুবা মাগী নুংশিবদু কনা অমতা লৈত্রিঙৈগী খুদোংচাবা লৌদুনা ফোঙদোকহৌগে খল্লুবনি। অদুবু বাধাগী করম্বা রাখলদগী থোকখিবা রাহৈনো খঙদবা, ঙাওশিন্নবু দাদা হায়বা রাহৈদুনা কৃষ্ণকুমারগী মচীন মেনখি। ঙানা রা ঙাঙগে তৌবদা ঈশিংনা মেনখি হায়বদুমক ওইরমলিগদরা? তশেংনা ফৎতবা লিচৎ শাজৎ অমা চৎকে খল্লুবগী নত্তে। ইচম চম্না নুংশিবদুমখক্তং ফোঙদোক্লিংলুবতনি। অদুবু, ঙমদবে। মদুগী ওন্ন- তৈনবদা হায়দোকখি, "হয়েংদি ঙা ফাবা চৎলুসিবা?"

"কদায়দা?"

"ফার্মদনিদনা।"

"কনা কনা?"

"কনা কনা চৎসিগে? ঐখোয়্নানদং চৎসিরা?"

"হুং, ইমাইবেম্মানা চৈনিদা। চৈবোইদবো?"

"কৈদৌবগী চৈদোইবা? নঙনা য়াম্না কিবগা নঙ য়ুম চৎলুগে হায়শিন্নরো। অদুগা, নঙ হান্না থোক্লম্মো। ঐনা কোন্না থোরক্কে। অদু ওইরদি য়ারেদ্দনা?"

"অদুগা কদায়দা থেংনদোইবা?"

"অসি ফাওবা হংই। পঙখ্রজাৎনিহে।"

"পঙই ঐখোয়দি।"

"নঙদা শুম শোরোক্কী মতাইদা চৎলম্মু। ঐ অদুম তান্নজরক্কে। য়াববা অদুদি?"

অসুম্না নোং ঙাল্লগা ঙা ফাবা চৎমিন্নে। নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবমদাই ফাওবা লৈমিন্নে। চাক থোংদুনা চামিন্নে। তুমনীংলে তুম্মী। চৎনীংলে চৎমিন্নে, ফার্মগী অকোযবদা। অফাবা ঙা খবসু রাধানা ময়ুমদগী পুনকপা শাদ্না কৃষ্ণকুমারগী য়ুমদা হল্লকপদা পুরকই। অসুম্না কয়ারক হন্না চৎমিন্নে ফার্মদা। অতৈ কনানা খঙদ্রবসু ফার্মদুগী চৌকিদারনা শাক্খিনি।

অসুম্না নোংমদি ফার্মদগী ঙা পুরকপা নোঙাল্লগা রাধাগী মমা লাকই। মতমদু রাধা লৈতে। ফি লোনবা তম্না চৎখি। মহাক লৈরম্লবদি মেন্নহৌরম্লসু য়াবনি।

রাধাগী মমানা চৎলগে হায়না তৌগৎলকপা মতাংর্দান কৃষ্ণকুমারগী মমাদা হায়জরকপদু "ইনম্বেম্মা, ঐ অমুক যৌজরগে।"

"ঙাইখো ঙাইখো। রাধাগীসু থাগী পৈশা পীগদবা লৈরি।"

অসি হায়রল্লগা কৃষ্ণকুমারগী মমা ইমুংদা চঙখি। য়াম্না থুনা থোবক্লগা "সে সে, সি পায়শিনখরো। সিনা মাগী পৈশানি। অদুগা সিনা নঙগী ভারা ওইনখো।"

"ইনম্বেম্মা, ঐ সিখক্তং লৌজগে। ভারাগীদি ঐঙোন্দসু য়াওজরি।"

"যাবোই য়ারোই। ঙরাংসু নঙনা ঙা তপ তাবমখৈ হাপ্লকই। ঙরাংবু রাধা লাক্লমদরানে?" ইখন খঙ্গহৌদনা হায়দোকখিবনি।

"মাদি ঙরাং লাক্লমদে। মাদি কদাযদগী ঙা?" রাধাগী মমাসু ইখন খঙ্গহৌদনা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা ইচম চম্না হায়দোকখিবনি। অদুবু ব্রাফম অদুদা মখোয় অনীমক ঙকমিন্নখি থংনবা মিকুপ্তা। কৃষ্ণকুমারগী মমানা চিংনরপ তৌনা হংলকই, "রাধাবু ঙরাং লাক্লমদে হায়বা?" তুমিন্না ব্রারী তারিবা কৃষ্ণকুমারনা মমাগী ব্রাহং তাবদা মকোক্ত মখুৎ থাংগৎখিবা খঙহৌদে।

"হোয় মাদি লাক্লমদে।" ঙকচাননা খুম্মী রাধাগী মমানা।

"ফরে ফরে। অদুদি, নঙ যৌখরো, ঐ কোন্না হংহৌরগে।"

"ঐ চৎচবে, ইনম্বেম্মা।"

অসি হায়রল্লগা বাধাগী মমা মরূ লুকথদুনা ব্রাখলগী পোৎলুম অমা পুরদুনা থোকখি। রাধা হল্লক্লে। নুমিদাংগী চাক ঈশিং চাবা থকপা লোইবে। কোল্লিক ব্রাইরম শেংলি বাধা। কৃষ্ণকুমারগী মমানা তপ্না হংলকই -

"রাধা!"

"ইমাইবেম্মা।"

"নঙবু ঙরাং নয়ুম চৎলুই হায়বা?"

"হোয় ইমাইবেম্মা।"

"নঙবু য়াম্না তৌবা ঙম্লক্লদৌরিবরা?"

ব্রাহংদুগী পাউখুম রাধা খুম্না ঙমদে। করিগুম্বা অমা থোকপ্রবরা হায়না চিংনজে। মশা থক থক নীকই। মথন্ত খঞ্জে, "করিনো তৌরিসিবো?" তাঞ্জাদুদা অমুকসু নোৎশিল্লকই, "হা খুম্মুনে? নঙবু ঙরাং কদায় চৎলুগে হায়বা?"

"ইমাইবেম্মা ঐ ঙরাং... ।" মপুং ফাবা ঙমদে।

"নঙ নয়ুম চৎলুদে নত্তরা? অদুগা কদায় চৎলুবিবা?"

"ঐ, ইমান্নবী অমগী য়ুমদা... ।"

অশেংবা হায়বা য়াবা মতাং ওইখিদে। মাগী দাদা কৃষ্ণকুমারবু কন্দবা য়াদে। অমা ওইরে অমা ওইরে লুনা চান্না থমজবা মীগী মচানি। মশিগীসু মথক্তা ঙসি ফাওবদা মানা খ্বাইদগী লুনা নুংশিনা খঞ্জবা মীশকসু কৃষ্ণকুমারনি। ঙসি ফাওবদা মাবু খ্বাইদগী লুনা চান্না তৌবীবসু কৃষ্ণকুমারনি। অদুবু, মখোয় অনীগী লৈনবিবা মবী অসি কবিনো হায়বদি মহাক খঙদে। চৎমিন্নে, চামিন্নে, থকমিন্নে। তশেংনা মবুং মৌপ্পা ওইবগী মরীদুসু নত্তে। ঙসি ফাওবদা কৃষ্ণকুমাবনা মঙোল্দ হঙ্গোয় তুকচবা মিৎয়েং কাবল চল্লকপসু লৈতবি। পাখং লৈশাবীগী ওইবা নুংশি নুঙোলগী ওইবা ব্রাহৈ অমতসু পল্লকপা লৈতবি। মসিনা ওইবসু য়াই মানা ইচং থৌবা ইঙম ঙমদ্রিবদুসু। মহাক তুশোন মানশোন্ননা লেপখি। কৃষ্ণকুমাবগী মমানা মখা তাবকই, "ঐ মদু য়াবা নত্তেকো।"

"ইমাইবেম্ম, ঐ অমুক মতুং মনাও তৌজবরোই।"

"হয়েংমক নমা কৌগনি। অদুগা অতাবী অমা ঙাঙনগনি।"

কৃষ্ণকুমারসু মাগী মমানা কবিগুম্বা অমা তৌরকপা য়াই খন্দুনা ঙসাইদগী মিকুপ নাহুম শিংনা লৈবিবনি। লানবনা মানা লাললুবনি। অদুগা রাধানা দণ্ডি ফংবা তাবি। মমাগী তাবদা ব্রাববা মীচৈশিং মখা চৎথবক্কদবদু মহাক তুমিন্না তাদুনা লৈথোকপা তারবদি বাধানা মাবু কবিনি হায়না খনখিনি? মহাকপু মী অমনি হায়না খনখিদবা? মহাকপু ব্রাবৌখিবোইদ্রা? ব্রাহংশিং অসিনা মহাক তুমিন্না ফমদুনা লৈথোকপা য়াবক্তরে। থোরক্তুনা হায়রৈ মমাদা, "কৈনো ইমানা তৌবীবিবসিবো? নোংমখক অঙাংসিনা চৎচরুবদা অসুক যাম্না ঙাঙলিবদুবো?"

কৃষ্ণকুমারদি মানা খরা কনবিরবদি খরা ফগদরা খল্লুর্বনি। অদুবু, মাগী মমাগী মফমদদি অচাকপা মৈদা ঘী হৈরবগুম থোকখি। তপ্না ঙাঙলম্বদগী খোনজাও থারকখি, "হে মসে নঙনা খঙবরা? হা, নঙনা খঙববা হায়বা? কৈসু লৈতবা মহাকথক ইমুংগী ইজৎ লৈখা তাবা য়াদেনে। ইমানা হায়বিবসিনি, নঙ তুমিন লৈয়ু।"

মঙোল্দ অমুক ওনশিনলকপদুদদি কৃষ্ণকুমার খুমফম খঙদরে। ঙাইহাক তুমিন খল্লগা তপ্লপ্না হায়রকই, "ইমা, লৈকাই মমাঙদা ইকায়কো। তুমিন তুমিন

লৈনসি ।'' অসি হায়রল্লগা কৃষ্ণকুমার থোকখরে । রাধাদি কপহৌরি । কৃষ্ণকুমারগী মমাদি ঙাঙবা লেপহৌদরি, ''নঙনা ঐঙোন্দ অমুক পাউতাক পীরিবনিনে হা ! মসি পুন্নমকসে ঐনা থোকহনবরো ?''

নুমিৎ অসিগী থৌদোক অসিদগীনি রাধানা ইমুং অদুদগী থোকখিবসু । নুংশিবগী হায়রদি নুমিৎ খুদিংগী চৎনীংই । অদুবু রাধাগী মমা মপা থেংনরগনা করি হায়গদৌবিবা ? অদুগা ফোঙদোকপা ঙল্লরোইদবা নুংশিবা অদুগীদমক্ল রাধাদা করি পাউখুম পীগদগে ? ৱাহং ময়াম অসি লৈবন্দ ফনা চৎনীংবা লৈরবসু মরক মরক নত্তনা তোয়না চৎপা ঙমদে । মদুসু থেংনদবনা অয়াম্বনি । অসুম্না অসুম লাপথোক্ল খিবনা হয়েংদি রাধাগী লুহোংবা নুমিৎনি । খনবমখৈ খল্লুরগা ঙাইহাক্তং চৎহৌরুবনা ফগদরা খন্দুনা কৃষ্ণকুমার থোরকই ।

গাড়ীগী খোঙজেলনা লেপ্তুনা চেনখিবনা রাধাগী থোঙ্গালদি য়ৌরে । গাড়ী খাম্মী । পাক হেক কুমথবা ঙমদদুনা মমায়দা মখুৎনা নাছদুনা গাড়ী মনুংদা ঙাইহাক ফম্মী । অদুবু লাক্লবনিনা চঙদবদি য়াদরে । খল্লি, ''গাডীসিবু অসুম খাল্লল্লাসরা ? অঙাংশিংনা খোৎচিন্দুনা অমুক শান্নগদ্রা ?'' ঙাইহাক খল্লবা মতুংদা কোঙ্গোং হাংদোক্তুনা থৌজিল্লগা কোঙ্গোং মনুংদা থল্লম্মী । অদুগা মখোঙনা চঙলকই ।

খল্লল্লিবা মাগুব অদুনা হযেং লুহোংবা হায়বদুমদি চুল্লম্বা য়ারে । অদুবু, মীদি ইরৈ লৈবদি উদে । অসুম চঙশিনবনা চুরিতাফমদি য়ৌবে । মী কনাসু লৈবা উদ্রবদুদা কৃষ্ণকুমারনা কৌই, ''কনা কনা লৈগে ?''

''কনানো ?'' হোবে হোবে চেঙ্গোরক্তুনা খুম্মী রাধানা । অদুগা কৃষ্ণকুমার উবদুদা মখা শমথরকই, ''ঐসু দাদাগী মখোল মানবদুদা চেঙ্গোরকইনি । লাকও, কাখৎলকও ।''

''যারনিদা । ঐ শুমাঙদা শুম ফমগে । ঐদি ঙরাংতমক ইমানা হাযবদগী তাবতমক ঙায়রি ।''

''হোয় ইমাইবেম্মাদু ঙরাং হৈজিংপোৎ লাকলম্বনি । অদো সে চৌক্রিসিদা ফম্মো ।'' চৌক্রি অতেকপি অমা মাঙ্গোলদগী থাংথরগা য়াম্না হরাওনা থাই, ''লোইনা তেক্লবনি, তুজনি ।''

হায়রিদুগা ইতা তাদমখৈ শৎ ফমথৈ । তুগে তৌই । রাধানা চৌক্রদ ফায় । কৃষ্ণকুমারসু ঙাক্লবা হোৎনবদা অফিং অফায় ওইনা রাধাগী মখুৎতা পায়রুই । তপ্পা থাদোকই । রাধানা হায়রকই, ''মীনা তুনি হাযরমক্তদা ।''

"ঐদি ভাব ওইহৌদরে। লুহোংবসি হয়েংনি হায়বা?"

"হোয়, দাদা লাক্লোইদরো?"

"হুম লাক্লনিদা। হেক তাবগা ঙসিসু লাক্লিবসিদি? করি লমদনো? করি থবক তৌগে? মশক ফজবরো?"

"ঐখোয় স্বায়দনি অদুম... ইমাখোযনা শীনবীবনি। থোইদোকপা থবক তৌদেদা। মতম মতমগী চানবা লৌউ শিংউ তৌই হায় তারে।"

"অদো, মশক্তি?"

"আ, মশকপুদি অদুম ফজে।"

"অদো য়ানিংলবা নত্তবো?"

"যানিংদ্রবসু অদুম যাবা তাবনি।"

মী অতৈ লৈব্রা যেং লাকপা শংদে মানা হংনীংবা ৱাহংদু পন্থবা তৌদনা কৃষ্ণকুমারনা হংই। বাধাসু মানা খুমগদবা অদুম মখুন্মী। রাধানা চা লোল্লুগে হায। কৃষ্ণকুমারনা যাদ্রে। ঙাইহাক অসুম্না লৈমিন্নববা তুংদদি কৃষ্ণকুমাবদু লৈতানা ফম্না ঙম্লক্কবে। মিন্থন অদু মপান থোক্লগে মতাগুম য়াঙনা চোংবা হৌবকই। মী.বক নাবক য়েংবা হৌবকই। রাধাদা ইমাখোয় লৈতব্রা হংবদা থবক অতৈ অতৈ চৎখোক্লমগনি হাযনা খুল্লকই। মাঙহনবা যাদ্রবা তাঞ্জা লাক্লবা মতমসিদা থম্মোয়গী লমন তোন্দনবা ৱাহৈ অমতংদি হায়হৌরগে খল্লকই কৃষ্ণকুমার, রাধাগী মফমদা।

"অদো, নঙ ঐবু ৱাদি ৱাবৌনুকো। ঐ নঙোন্দা ৱা অমতংদি হায়হৌগে খন্দুনা লাকপনি। নত্রগদি পুক্নিংসে লান্না লান্না অসুম লৌনখিবা তারে।"

"কৈনো দাদা, হাযয়ু কৈদৌগে?"

"নোংমা ইমানা চৈখিবদো, ঐনা মরম ওইখিবনি। নুমিৎতুদা নঙনা ঐবু য়াম্না শাউনীংলমগনি।"

"দাদানা অদুদা ঙাঙদুনতা লৈ। ঐদি নহালনা কাউখরে। অদুবো ঐনা কৈদৌবগী শাউগদৌরিবনো?"

"ঐনা নঙবু ফার্মদা তোয়না পুখিবগী মরমদি খঙবরা?"

"খঙদে। করিগীনো দাদা?"

"নঙ ঐবু নুংদি নুংশিবরা?" তস কমদৌই, হায়দোকখ্রেদনা। নহালমখৈ কৈদৌদুনা লৈ? হুমাং ঙাইহাক কাংলবসু কৃষ্ণকুমার মশাদু ইয়াং য়াংই। অরুম্বা

পোৎলুম অমা খংথাং থাংথখ্রে। নুংঙাইমনখ্রদুনা তরঙ মালংদা তাউদুনা লৈখরে। বাধাগী "দাদা" হায়বা ব্রাহৈদুদা জ্ঞান খংলাক লাকই। অদুগা অমুক মখা তারকই, "ব্রাফম অসে ঐ নঙোন্দ হংগে হংগে খন্না শুকঙম ঙমখিদে।"

"অদুবু ঙসিদি হৌখরে দাদা।" মিৎলুদগী পিরাং খামজবা ঙমদে রাধা। মমায় লৈথোক্লুনা চৎকে তৌই। কৃষ্ণকুমারনা খুদাং পায়দুনা য়াল্লি। মী উখিনি খং দুনা অমুক থাদোকই।

"ঙাইখো, ঐগী পাউখুম পীবমখো।"

"দাদানা হাযবদা যাখিদবা কবি নুমিৎ লৈখিবগে? অদুবু ইতিক ইপা চাদবনা ব্রাখল অসির্মদি ঐ নোংমতসু খল্লুবা লৈতে। দাদাবু নুংশিজরবসু হন্দক মপোক্কীদি দাদাগী সেবা তৌজনবগী পাঙ্গল লৈজদবে। হয়েংমুক্কী মপোক্তা নীংজবা অসে থুংজবগে। হন্দকমুক্কী মপোক অসিমদি চন্নফম খঙদনা অসুম মাঙখ্রসনু।"

"মদু খক ওইবা য়ারোই। মদু খক ওইবা য়ারোই। হৌজিকমক চৎসি রাধা, হৌজিকমক।" রাধাগী মখুৎ পাযদুনা চিংই।

"ঐ কিজৈয়ে দাদা!" রাধানা য়ানবা হোৎনৈ।

মখোয অনী ঙাইহাক কোইচিং চিংনৈ। লাক্লা ফানা তৌই। কৃষ্ণকুমাব মিকপ খংথোক থোকই। বাধাবু নীংশিংলকই। বাধাবু কবি থোক্লিগবা খন্না খন্না হুমাংনা চোৎলবা মমায় মমিৎ কন্না তাথোকপা লাক্লবি।

থাংজ

২৬/০১/০৮

# ঈপাক তম্না

ফক্লাংদা যাল্লিবা ঘাড়িগী পুংভৌনা গোং গোং মবিবক খীংলকপদা খক্লিং নীংশংলকই ঙসাই ঐগা কোম্নীবৈনা লেকফেং তৌনা খরা ঙম্না হল্লকউ হাযরৌবদু। কবিনো ঙসিদি ইথা খাক্তদনা থনক চানমনখিদুনা ঙসাইমখে নীংবু নীংশিংলুদে। মাগা ঙবাং হাযবদ থোইনা লুবা বাসমবুদি নত্তে। ঐগা ইচানুপা সনাথোইবু মখোযগী মনাক্তা উনিংঙ তম্মক্ত পুবীনকউ হাযদুনা মীঙোন্দ পাউ চেল্লকই হাযবতনি। তৌবগীর্দি কোম্নীবৈস মপাম চত্তবা কুইবে, শোযদনা চৎনীংলমগনি। কৈনো অমদুম নীংশিংলক্লে। মানা শাউবস ফনদুম যেংবা নুঙাইবনি। মানা যাম্না থব্রায যাওহনা কানগুম্বা অমা শোযনসি মহাক যাম্না শাউগনবনি। মহাক ঙসিদি শোযদনা শাউবসু যাই।

নোংমা, মহাক্না লৈশানিঙৈদা মানা যেংনিংবা সিংমা অমা যেংহন্নি ঙাইবম্মু হাযবগা ঐনা থেঙনা চৎপদা মানা শাউঠবদো অদুম হাযনা শাউবদো অমুক্ত যেংনিংথ্রেদা। মিনাউ মঙা তবাদং থেংখিবগী চৎসি হাযবা যাদমখে পৈথোক্লুনা লৌখি। লৈকাইগী অউবা কনাগী মমাংদা ঐনা কযাদা ইকাযখিবা, হৈনখিদবা। তৌবগীবুদি ঐনা য়াম্না চম্না পুকচেল তিংনা মাবু নুংশিজবদুদা লৈকাইগী অহল অঙাং খাক্তনা ঐখোযনিবু নুংশিনা তৌবীখি। কনাগুম্বা অমতনা ঐখোযনিগী মবক্ত নোংমতা তাথী তাওইনা তৌবকপা য়াওখিদে। অদুম অদুম ওইনমক ঐনা ইকাযজবা হঙ্গোইবা অহল-লমনশিংবুদি ব্যবহার কাযনীংখদে। কুইনা 'সুম লেপতুনা লৈবদু নুংঙাইতদুনা ঐনা লাকও গাযদুনা মখুৎ পাযদুনা চিংলুবদা মানা খুৎতুমনা শুবক্লগা মমায লৈথোক্লগা মমাগনী সনাবৈখোযগী কোম্ফ্লাংদা ঙাদুনা মমায লুকথদুনা কপলগা লৈথোকখি। হৌজিক ফাওনা ৬ই থংবা পাম্মোম মক্ত অসি তঙদুনা লৈবিবোই নীংই।

সনাবৈনা মী লাক্লবর্দি চৎলোদনা হায়দুনা ফনা হাযজৈ। অদুব্ ময়াদে। ঐসু কযাদা ইকায়খি, কৈসু নত্তবদুদা। নোংমদি লমন খুমগে খনখিবনি। য়াদ্রবনিনা চৎলগে লৈহৌবো হাযবসু মমিৎত্ তক তক পৈনা যেংলকপদুদা চৎপা হেক্ত ঙমহন্দে।

ফনা কুইনা লেপখিমাল্লে, লৈকাইগী অউবা অঙাং অমা অনী ফাওবা চঙলক্লুনা ঐখোযগী ইনাক্ত লেপ্লবে। তান্দোন চঙলক্লুনা ঐগী ইনাক্ত লেপ্লবদুদা ঐসু খাজক্তং শাফখি। অঙাং ওইববসু ঐগী বাবী শাফম অমদি লৈখি। তোন্দোন্দ ঐনা ফাগী তৌদুনা মচে কোম্বীবৈবু ঐ নত্তবা নুপা অমতা থাবল চোংবদা পাযহল্লোই হাযকুচো হাযনা ইনশিন্দুনা লক্লহনখি। মদুদা মানা শাউদুনা তোন্দোনবু ফুগে হাযনা তান্নবকপদা তোন্দোন্না ঐগী তুংদা কোযলৈ লৈদুনা লোৎলৈ। ঐসু মসিদি কান্নববোই খন্দুনা অমুক মখুত্তু তাপ পাযদুনা য়াল্লে। মযাম্না বা নোকপদুদা মাসু ইকাযবমাল্লে ঐগী তুং অদুম ইল্লক্লে। হংবসু খুমদে ঙাঙবসু খুমদে। নুমিৎতুগী সিনেমাদো নুংঙাইফম খঙদনা অদুম হল্লকখি। হোটেল চঙই অচাপোৎ চাও যাদদুনা অদুম থোক্লকই। শাউদা শাউববোই খন্দুনা ঐনা থন্নায কযা বাক্তখিবা। মযুম যৌববা মতমদতা নোকফেৎ তৌবল্লগা চেনাশনখিৎদুদা থবায খবা নুংঙাইজহৌই।

ফৈ ঙসিসু মানা ঐবু মহৌশাগী অদুম্না বাহনবা ঙস্না যেংগে। অদুদ ঐ কবি তৌবা তাই? প্রাইহাক খল্লগা ঐনা নুংশিনা তৌজবা ঐগী ড্রাইভব মংলেমবু কৌবগা লুপা কুনখক পীদুনা অচেপ্পি অমা লৈহল্লুবে। মানা ঙক্লপ্পা কৈদৌনবনো হংজৈ। ঐনা মঙোন্দ হাইবপ যেংলগা নোকফেৎ তৌনা হাযখি, "হিদাক অমা তৌগে।" মাসু মখা তাবক্লে। মানা হংজবিবদুসু হংফম থোকপনি। ঐনা নোংমতা ঙসি ফাওবা অসিগুম্ব মখলগী নিশা অমফাওবা শিজন্নখিদ্রি। অদুগা, নোংমতা মঙোন্দসু অসিগুম্বা পোৎশক অসি লৈযুসু হাযখিদ্রি। ঐগী নুপীনা ঐঙোন্দগী খ্বাইদগী পামজবা মমান্নবগী মনাঙদা লৈকাইদা চাউথোকচবীবসু মসিগীনি। মাগী নুপানা যু থকপা নিশা চাবদা হবাওজবা তোপতোপ্পা মৈতৈ নুপী মখল অমসু লৈবমগদ্রা? লৈবম্বসু যাউ। অদুবু, ঐনা যু থক্লেকা হাযববদি ঐগী কোম্বীরৈনদি শিবগে হাযবা মখৈ শাউগদবা মাল্লি। অদু ওইববদি মহাক ঙসিদি অমা ওইবো অমা ওইবো শাউবা হাযবসির্মদি শোযদ্রে, মানা যাম্না চেকশিন্না হাযজবা থবক অমা শোযবগী নৎত্রগা ঐনসু তৌদবা মানাসু শুংপাম পামজদবা যু থকপগী। চহি অমা অনীসি মানা শাউবসে শুণ্ড উখদ্রবনি। ঙসিদি মাবু শাউহন্দবা যাদ্রে। তান যাম্না চাবে। নাঙ্খোকহনখিবা যাদে।

মংলেমবু গাড়ীদু মাগী ময়ুমলোমদা ওইনা থৌহল্লে। মাদি হায়জে ঙসাই মতৈমানা ঙন্ত হল্লকউ থবক অমা চৎতবা য়াদে হায়হৌবদো। হায়জে হায়বদুমঙায় ঐনা খুন্মী, "হয়েং চৎলবসু য়াই। ঙসিদি ঐগী থবক অমা লৈবে।"

অসুম্না ব্রাবী শা-শাদুনা চৎপনা মংলেমগী ময়ুমদু ফনদি থাপলবসু য়ৌখিবা খঙহৌদে। ঐনা হয়েং ঙন্ত লাকউ হায়বদু মাসু যারে। মহাক খবদি নুংঙাইবল্লবোই। মতৈমবুদি যাম্না লুনা তৌজবনি ওফিসাব অতৈগী নুপীগা মান্নদে হায়দুনা। অদুগী ব্রাবুদি লৈকাইগী মীনা মরুপ মপাংনা ঐবু নুপী অফবা ফংই হায়দুনা কল্লক্লবদো ঐসু নুংঙাইজবির্বানি। ঐনা পাখং ওইবিঙৈগী অশাসু অফবা মমা ওইবী অমতং থেংনজবা হায়বসিনি।

ঐনা মংলেমবু থল্লল্লগা গাডী থৌনা থৌনা তৌগদৌবিবা থবক্তো কবিনো হায়না খনবদি লেপতে। ঙসিদি ঐ মাবু শাউহনদবদি সুকযা য়াদবনি। হযেং হনুথংদা তৌকবা যাবা পোৎ নত্তে। ইচা ইশু মযামগী মমাঙদা ইকায়নদৌবির্বানি। অদুগী মথক্তা হনুথংদা পক্তে হায়দুনা মানসু ইকায়বা অমুক পীশিল্লক্কদৌবিবনি। পুন্সিগী ওইনা মানা শাউবদো অবোযবা ওইনা অমুক্তংদি যেংনির্ংলি।

ম্ম, ঐনা যুম চঙদৌবিবসি খবা ঙনমল্লি। মমদ্রবদি নাতৈ চাগদৌবা মান্দে। ইমাখোয অমুক উপ্রবদি চোপ্পনি ঐনা তৌগদৌববা থবকসে। তশেংবা যু ঙাওবা নাও নত্রবাননা শকযমদু হোংদোক হোংজিন তৌবর্বুদি থোইদোক্না অরুববুদি নত্তে। অদুবু কোম্বীবৈগী ব্রাখলর্দদি ঐবুদি পুন্সিগী ওইনা অমকপা খুদম অমা অদুম লৈখিবা যাই। যু ঙাওবা হায়বসি তশেংনা লম্বী শবক্ত অমদি লিলা সিনেমাদা উববনিনা মান্নবা তম্বদু থোইনা লুনা থোকলোই। খোঙ হাইফেৎ কাবল চন্নি, হকচাং থবেক থবেক হাইবপ তৌনি। মবক মবক্ত মিৎ-না চপ চপ যুংশিন্ননি। খোন খবা ফাইরপ কল্লপ কল্লপ ঙাঙলগা লোইবে। লুনিবদি যুম চঙবগী মতমসি খজিক্তং থেঙথহনবা পাম্মী। খবা মমলবদি তাঞ্জা অমা য়েংলগা ঐগী কা য়ৌনবা চঙহৌবা যাই। মহৌশানা অরুবা থবক লৈত্রবদি ঐনা নুমিদাংদা ব্রাবী শাবক্কনু হায়বদগী অহিংদদি অতৈ অমতা ঐগী কাদা কযা চংলক্তবান। দবকাব খবা লৈববসু কোম্বীবৈদা অদুম হায়বর্ম্বনি। অমা ওইবে অমা ওইবে মানখোযদা মতমসি ঙাইহাক্তং লেল্লুরগা তাঞ্জা অমা যেংবনা ফদৌমাল্লে।

ইথৌ ইবৈ লৈতনা মানখোয দুকান্দ চঙই। ফনা কুইনা ব্রাবী শাবে মানগা ইবানি। মাগী কাববাবদগী হৌদুনা লাক্কদৌবিবা ভোটকী মতাংদতা নত্তনা কনাগী

ইমং-মনুংগী ৱাফম ফাওবান। মাগী নুপীগা খৎনবগী ৱাৱী তৌথোবকপদা ঐসু ঙসি তৌদৌবিবা থবক্তুগী মবমদা কয়াদি তম্লিংলে। অদুবু, মদু তমথোকলুবগা মানা থীনা চৈনকপসু যাই নংত্রগা নোক্লখিবসু যাই খন্দুনা তম্লিং তম্লিংনা অদুম তমদনা তোকলে। মাসু থেঙলে দুকান লোল্লগে হায়বে। ঐসু চাক লাল্লক্লে। মাদি ঐবু ঙসাইনা চৎহন্নিংলম্লসু যাবিপোৎনি।

অসুম লাকপনা লৈবক হাইজিল্লমদাই ঘৌবে। গাড়ীদু খবা তপথদুনা কনা কনা লৈগে হায়দুনা যেংই। কনাসু লৈবা উদে। তাঞ্জাদু লৌদুনা ঐনা লিক্লি মখুমদু শৎ হাংদোকই। মনমদু ফুং কাবকই। চুহি অপুম্বা মনম ৱা লাকই। মী লাকপ্রা হায়দুনা কোযলৈ লৈদুনা হাইবপ সেংলম্লগা অযুক্ত মায তাবদৌনা মায মিৎ খঙদবমখৈ চাইশিল্লি। যাদা চংখিদনবদি ফনা বানা হোৎনৈ। ফি বোলদা খবদি চোংখ্রমাল্লে। অস, শ্বব ফুল্লি। মনমদু ইথন্ত খাঙবদা ফনা বানা থোকই। থক্ত থকথ্রবা ঙাওদা ঙা ওখ্রবা অমা খবা ফবমগদবা মাল্লি। কমাগ্ন মায-মিৎ তৈথোক্লে। অদুগা, গাড়ীদু থৌজিল্লক্লে। গাড়ী থমফমদা গাড়ী থৌজিনবতা মঙারযবি কোম্বীবৈদ্ ইমুংদগী শৎ থোক্লকই। শোযদ্রে তান ফনা চাবে। মা খর্বদি শাউদনা লৈবল্লবা ওইর্বিনি খল্লি। ঐ গাড়ীদগী কুমথদবদুদা মাস হাইবপ চিন্ননা চঙলকপা মাল্লি। তপ্লপ্পা হাযবকই, "থেঙলনি। হযেং ওইনা চৎলসি।"

ঐ খুমদে। খুৎ খত্তুনা মাবু কৌশিল্লি। চঙলক চঙলক্লা মানা অমুক হ জৈ, "কবি তৌবগে?"

"ইমাখোযদি?" ঐনা হংই।

"চাক লোইনা চাহৌবি। ফনা কুইনা ঙাইনরম্বনি। লাকমনদবদুদা থেঙলক্লনি ইমাখোয চাথোক্লো হাযদনা পাঁজথোক্লবনি। কবিগীনো ঙসিদি অসুক থেঙলক্লিবসিবো?"

ফনা তান চাবেহে হাযনা পৃক্লিন্দা খল্লি। গাড়ীদগী থুনা যাঙনা কুমথবে অদুগা ঐখোয়ানি চঙমিন্নবকই। ঐগী মহৌশাগী ফিভমদু খবা শেমদোক শেমজিন তৌদুনা হোংদোক হোংজিন তৌই। মঙোল্দ ঙাইহাক লৈতনা ঙাথু থেংথু তৌখিমাল্লে। অহোংবা ফিভমদু উবদা মমিত্তু ইতৎ তত্তনা ঐঙোনলোমদা য়েংলকই। খোন ফাইবপ তৌনা ঐনা হংই, "নঙদি চাদ্রিববা?"

"চাদ্রি। লাকপা ঙাইবিবানি। কদাযদগীনো মনমসিদি?"

"মপুবোইবা নীংবী নুপীনিনে?"

হন্দক্কী ৱাহৈদু মানা যাম্মা থাজবোইদবা ৱাহৈনি। মমিত্তু ঐঙোন্দ যেংলকই। মাঙ্গোলগী মৈঙালদুসু ঐঙোন্দ তান্না তান্না যেংহৌবি। তুবোই ঙাম্লোই তৌনা ঐনা ঐগী কা তম্মা চঙলকই। মাসু ঐগী তুংদা তান্নবকই। ঐ ফমুংদা খোঙ যাম্মুদুনা ফম্মী। সনাথোই তুম্লম্লে। কোম্মীবৈ চঙলকপদু ঐ যেংশিন্নদে। মায মখাদা ওন্থদুনা কোকসে ওইবোমদা অমুক যেংলোমদা অমুক লৈথোক লৈশিন তৌদুনা লৈ। যাম্মা চিংনবমাল্লে। চিংনফমসু থোকই। মদুতা থোক্লবা শেম শাবির্বান। কোম্মীবৈনা তপ্লপ্পা হংলকই, "ঙসিদি কদাযদা চৎপিকবগে? যাম্মা নমথীবা মনম অমসু নম্মী। য়ু হাযদুবু থক্লক্লববো?"

"হে নুপী, নবা লৌদে ভুমন লৈয়্। কুশিনি কুশি। থক্লিংলে থক্কনি চানীংলে চাগনি। নথৌ কবিসু লৈতে।"

"ইমাখোয অমুক তাখ্রনি। তুমিন্না খিৎ লৈবীবোসে। চাক চাথোক্লবদুম তৌকর্বসি। ফি বোলদো হোন্দোকপিবো।" মানা পাখৎলপ তৌনা হাযবকই। থোঙলোমদা চেম্ভোক্লুনসু যেংলুই। অমুক চঙশিল্লকই।

ইমাখোয তাখিনি হাযবদদা ঐসু খজিক্কং লকক চায। অদুবু, মাদি শাউদ্রি। ঐ তোকপা যাদ্রি। মসিদি থওইনা খৎনবা হৌদবা যাদ্রে খন্না হৌই, "কবি হৈবীবদা। চাক চাথোকলুবসিকা হাযদনা। চৎথোকখ্রো চৎলু নশক্তু যেংনিংদে। নঙনা থোন্বা চাক্কা অমত্তা চাবোই ঙসি। নঙ হযেং হেক নোংঙানবগা নপামদা চৎকদবনি। খঙলব্রা?"

"কাননো হাযবীবিবাসবো? ঐ ভাব অমতা তাবা ঙমদ্রে।"

"মীনা হাযবগা মসে মচীনকা খুম্মদনা বক লাউনা হেক থাজিল্লক্কনা। অদু অদা খঙদে ঐদি হার্যাবিসিনি।"

"ফবেসে হকচাংদু যাম্মা চেকখনা উবে। তুমিন্না পোখাবীবো।" অসি হাযদুনা মানা ঐগী খোঙউপ লৌথোকপীগে তৌই। ঐনা শাউবংলনা হায, "নঙ ঐঙোন্দ থেংলক্কনু। নঙোন্দ খোঙউপ লৌথোকপীয়ু হাযদে। লৌথোক্লবসু সে সে অদুম থাংগৎপা যাই।"

"অদো, ফিদুদি লোইনা মোৎলনি।"

"নথৌ কবিসু লৈতে। মোৎনীংলগা মোৎসনু।"

"কবিগীনো অসুক যাম্মা শাউবীববসিবো? ঐ ভাব তাব শুকঙম ঙমদ্রে। কনানা কবি হাযবক্লগে?"

"নঙ ভাব শুংতা তাদে?"

"হোয়"

"শুংতা তাদে? নপাম চৎলু হায়বনিনে।"

"ও, ও অদুগী ওইরবদি শুংচৎ হেক চৎলরোই। ইমানা সনাথোইবু অমুক্ত উনিংই হায়বদুদা চৎলুসিরা হায়বতনি। য়ানিংদ্রবদি করিসু কায়দে। ইমাখোয় চাক তোক্লুম্লনি। ব্রাইরম অমুক্ত শেংজিল্লুখিগে। কোন্না অমুক ঙাঙনরসি।"

"ঐ চাক চাররোই হায়রিসিনিকো।"

অস, ওন্নরেনে। মানা খল্লিবনা মানা ঙসাই মপাম চৎলুসি হায়বদুগী শাউরিবনি শীনি। মহাক থোকখ্রে। ইশাউ শাউবসু মানদে। ফাগীদুম তাথোক্লুল্লে। অমুক হল্লক্লগা অমুক হৌবগী তাঞ্জাবুদি লৈরি। অদুবু, হায়বা য়াবা মখৈদি লোইনা হায়দোকখ্রে। ঐনা ঙাঙলিবা ময়ামদুবু মাবু ইশাউ শাউনীংবা পোকখিদবরা? নত্রগা অশাউবা লোৎলিব্রা? মানা হল্লক্লগা করিনো অমুক হায়দৌরিসিবো? সনাথোই করিসু খঙজপোৎ নত্তে। ইশি শিনা তুল্লি। কাঙনকা চীক্তবজাৎলা? নুংশিত্খ্রবা ইচানি। মচীনকা থীখ্রপোৎনি। মমিৎকা অমুক পাঙথোরকপকসু য়ারিপোৎনি। ইসে, মাগী নোংমৈ অমা লৈরকউ হায়বদুদি ঐদি ইকাউ কাউরেদনা। হয়েং লৈবীবা হায়দুনি। ওফিসতগা চঙদ্রিঙৈদা মাগীদু হান্না হেক্ত লৈরুরদবনি। মীনা হায়ববু মমাসু মাল্লি মপাসু মাল্লি হায়। কদাযদা মাল্লিবনো খঙদে।

থবক লৈতনা তুমিন্না ফম্বসিসু ব্রাখ্রেদা। গুসিনা অমুক হেন্না ব্রায় ঙাইবা অমমুক য়াওবিবানিনা। অদুনা খল্লকই, "কয়াম কুইরক্তদৌবিজাৎনোনে কোম্বীবৈদুবো। মাপু চাক অমুক চাদুনা লৈখোক্লবা জাৎলা ঐনা চানিংদে হাযবদুদা! নত্রগা, ইমাখোযদা ব্রাবী অমুক শাদোক্লুনা লৈখ্রবরা? মা ইমাখোয়দা ব্রাবীদি শারম্লোইদা। মানা ইমাখোয় তাখিনি হায়দুনা হৌজিক্ত পাখৎচরম্বনি। মপুরোইবনা ফত্তবা লিচৎ চৎলগা লোৎশিন্দুনা ফুমজিন্দুনা থমনীংলিবা নুপীসিবু অফবা নুপী ওইগদৌরিব্রানে? নত্রগা, মাগীসিবু ঐবু কিদুনকা তৌরিবরা? মানা লাকপা নৌরিঙৈদা কাংথোল মখোঙদা খরা পুন, চাক খরা পীজদা য়াম্না তৌমনখ্রবরা ঐবো! অদো মাদি ইমানা অদু হায়বে ইবেম্মনা অদু হায়রে হায়দুনা করিগী অদুক য়াম্না তম্লির্গলি? ইবোতোম্বদি পৈশা থোকচদবানি খরা পীবীবা য়াবনি হায়দুনা ঙাঙনৈ হায়বনে করিনে খরা হেনমনবনি। মাগীসিবু তশেংনা ভাব তারবা হায়দুবা? মসি অমুক্তগা খৎনবা হৌদবা য়ারেইদৌবে। সনাথোইসিবু খুজিন্না শিক্তুনা

কপহল্লসিবা'? হুম, মরাল লৈজদবা ইচাবু কপহনবা হৌনদে। ময়ুম চৎকেবা চৎলোইবা হান্না হেক্তা হৌরগা লোইবেদা। চঙদা চঙলকখিসনু খঙনি। মানা খাঙবা যাপোৎ নত্তেদা। মবীল তেংগে।''

খাল্লবা রাখলসে ফল ইতা তাদেসে। ফবে, কাংখলসি খনজিল্লগা হিপ্লগে। চঙলক্কনু হেক্ত হাযবগা লোইবে। চাকসি লামদি লামখ্রেদা। অসুম হাযনা তৌনি খঙলল্লবদি ঙসাই র্মানগা ফল্লিঙেদা অচাপোৎ খবা চাবকহৌবল্লবসু ফগদৌবা। কদাযদগী ঙসাইদি ইনীংবু নীংশিংলুদে। ঙসি নুমিদাংসিবো ঐবু চবা অদুম হেল্লদদা তৌবিবসিবো? মসিদস্ খৎনবা হৌবা যাবে। চাক চানীংদে হাযদুনবু চাক হেক্ত খাক্তবা যাত্রা হংবা ভাবনি। লৈ হাযবগনা কমদৌবা? লৈনা লৈনা লোৎশিল্লগা থন্মী। চাববোই। অসি মঙাযনে। মবম লৈতনা খৎনবা হৌবর্বানিনা মহাক হন্দাক্ত শোযদনা শাউবনি।

হাইস মী অমা লাকপগী মখোল তায। কনা ওইবিগবা খল্লি। অতোপ্পা ওইবল্লবদি কৈদৌবগী হৌজিকপু ঙন্না তুমলিবনো হংলক্লবদি ফবক তানিসে। ফবে, থোক্লবা অমা লাক্লনি। ও, নাত্র নৎত্রেদনা। কোম্বীবৈ ওইবমাল্লে। হৈমা মাগীসিদি ঐনা খল্লুবদুগী পুবা ওন্না তৈনবদা চাক ওইনা পুদুনা চঙলক্লে। চাক্তো চাকুববদি খৎনবা হৌবা যাববোই। হোযদা ঙসি নোংমা চাব হেনববু শিবা যাবা হৌনদে। নোংমদা চবা অনী শুনা চাবা ফংদবা মীসু লমদমসিদা যাম্না লৈবিপোৎনি। মখোযফাও ঐঙোন্দগী হেন্না মশা ফৈ। কোম্বীবৈ চঙলক্লুনা কাঙখল হাইদোক্লবে। ঐ মায লৈথোকই।

''চাক ইংখ্রবদি অমুক চাবা হাউববোই। চাথোকপীববো লাকও।''

''ঐনা ঙসাইনা চাক চাববোই হাযখ্রবা নৎত্রা? নঙ যাম্না হেঞ্জিল্লকদৌবে। নঙ খঙবা নৎত্রা? ঐনা কৈদৌঙৈ কাসিদা চাক থার্গজিল্লগা লোন্না থুপ্লা চাবা যাওখ্রে। নঙ অবোনবসে যাম্না পাম্বা'? নঙ হযেং হেক নোঙানবগা নপাম চৎকদবনি। ঐদি হাযাবসিনা লোইববনি।''

মায লৈথোক্লগা ঙাঙবনিনা ঙাঙনিংবা মখৈ ঙাঙবা ঙন্মী। মাযযোক্লবল্লবদি ঙল্লল্লোইদবনি। মহাক কাঙখল হাইদোক্লুনা অদুম লেপলি। ঐসু যাম্না ত্বাম্নংবা শাদুনা অদুম লৈ। মানা কাখৎলক্লবগী খুদোংচাবদি ঐনা হিপচিন্দুনা লৈবর্বানিনা অদুম পীদ্রে।

র্কাব খল্লুবনো খঙদে ঙাইহাক তুমীন লৈকববগা অমুক মথন্ত মতৎ মতৎ ওইবা রাহৈ খবা হাযরকই, ''ঐনা নঙগী নফমদা থমজকবা আশাদো ঙসি নঙনা

লোইনা থুগাইবীখিবগুম তৌবে। চাওখৎপা পামজবা নুংঙাই যাইফবা পামজবা নঙগী পুকচেলনা অপঙবী ঐবু ভাব তাহনবীখিবা নুমিত্ত ঐনা নঙগীদমক কযাদা চাউথোকচখি। নঙগা লৈমিন্নবদা ঙসি ফাওবদা অকীবা অন্নাবা কবিসু লৈজদে। পুন্সিগী অন্না নুংঙাই অনীমক নঙগী অঙম্বা মতেং খজিত্তং ওইধবসু পাংজগে খন্দুনা লেপখ্রবনি। অদুবু নঙনা ঙসি মবম খঙদনা ঐবু ইষ্টোকপীবা অসিমদি ঐ য়াম্না পেন্দে। ঐগী ইফমদা পেন্দবা যানিংদবা কযা লৈববসু মহৈশাগুম তাকপী তন্বীবল্লগদি যাম্না নুংঙাইজবমগদবনি। কবিগুম্বা মবোল মবী অমতা তাকপীদনা ইপাম চৎলো হেক্ত হাযবীবসিমদি ঐ পুক্লিং য়াম্না নুংশি। হযেং মীনা হংলগা কবিনো ঐনা খুমগদবা ? নঙবু মীনা কবম্না ঙাওনবীগদগে ?'' ঐ শুংখুম খুমদে।

খংপ্রেক খংই চুবাদা ফোঙ ফোঙ শাবা ঈশিং মবিক অনী অহুমখক তপ তপ তাবকপদু। ইহে মাগীসি কপ্পমাল্লেনহে। ঐবু তশেংনা ব্রাবৌবমাল্লে ওষ্টোকপা হাযদুনি। কবম তৌনি ? তশেংনা ঐ যু থকপসু নত্তে। শাশিন্নবগী ব্রানি। যু থকপা যু ঙাওবগী থম্মোযসু পানবা নত্তে ঐদি। কবম্না মাবু থেমসিগে। কবিগুম্বা ফি-বোল হোংদোক্লুনা চার্কসি চাববদি মানা কপ্লিবসি তোকখিবদি যাই। অদুবু মঙোন্দ কবিগুম্বা ভাব তাদবা চযেৎনবা ব্রাখল অমদি অদুম লৈশ্রগান। অদুদি ঐ ঙসি তশেংনা যু থকলুবে হায়বা তাবব্রা ? অসুম্না অমুক তৌকওবাদ মীনম্না অসিনা মবম ওইদুনা পুন্সিদা নিশা চাদবা নুপা অমনি হাযবদা মীযাম্না য়াববসু এগী কোম্বীবৈনদি যাবা ঙম্লবোইদবনি। অযুক নুমিদাং লোয়নদুনা লৌববা ঐগী হকচাং তংখায ওইবিবা মানা ঐগী মবমদা লোইনা খঙফম থোকপানি অফবদগী ওইগেবা ফত্তবগী ওইগেবা। অদুদি ঐ মঙোন্দ তশেংনা ব্রাবীসি লীথোকপা তাবিব্রা ? ঐসে চোঙলমদি ওষ্টোক্লা চাখিদ্রেদকো। ঐনা হকচাংসি লৈথোকখিবগা মানা ফমথবকপগা মপা চপ হেক চানৈ। পিনা চোৎলবা মমাযদু ঐগী থবাক্ত থমদুনা পেন্না কপ্পগা মাগী মবাল হংলকই, "ঐগী ইবালদু অমুক্তদি হাযবীযু কৈদৌবগে ?"

চুম্না কপ্পতা নত্তনা হিক হিক লাউনা মখোল থোক্লা কপ্লক্লে। অঙাংমকসু নত্তবনিনা কযাদি নুংঙাইবক্তবে। ইমাখোয তাখিদ্রা খন্দুনা পাখৎনা ঐনা মাবু চেজেৎনা কোনশিনবী। তপ্পপ্না যাম্না ভাব তানা মাবু থেমজিনবীখি, "ইমাগোয তাখিনি তুমীন্না লৈবোসে। সে,কাঙখলদো হাইজিল্লো কাঙ চঙলক্লনি।"

নিংথৌকাবা

১৬/১০/১৯৮৯

# হূ ওল্লক্লিবা ঈচেল

অপ্তাং ওইবিঙে মচাগী কোযদানবা নুংশিবা চেংলৌ উবগা মমা মপানা নুংশিনা কৌজবা মিংর্নি ''থাজমানবী''। পুংকক চাউরকপা মমান্ননশিংগা চেন চোংদুনা শান্নবা ঙুম্লকপা মতমদনা লৈকাইগী মখুবা মাতোন, মচে মনেমশিংগী লক্লফম, পাম্ফম মিংগৌনি ''থাজমানবী''। লৈশাবী মপুং পুংকক ফাবকপা শমান লম্মান্নবা মাগী মঙালদা নোংইন ওইজর্নীবা কযাগী ''থাজ'' নি। মমান্নবীশিংগী খাযদনা, চান্নজবা, ফাগী হৈবী নোক্কনবী মহাক যাওদ্রবদি মখোয অনী অহুম পুনবদা ইচাঙদা হাঙখিবী ''থাজ'' নি।

ওপ্তাং ওঙাংনা ঙৌবা কুচুনি থাজমানবীগী। কনি গুম্বা ফি মপুং ফানা থোংদনা মতম ইনজবগা কাবকপা মতমদগা থেংনকববদি ফুগাযনা শাংকাযববা লৈবাংগুম শোযদনা উর্গনি। খজিক্তং থেংবদা কাযবগদবা মমুন ফাববা হৈবাংগুম শোয়দনা খনগনি। থোইনা মিংফম হোংবা যাদ্রিবদি লাই যেকপা হৈববা মী ওই অমনা ফনা হোংলদুনসু যৌবা ঙুম্লবাইদবা মাগী শাবানদুনি। পাতক তৌবী তোঙ্গনবী শাবান্দা থবাক্কা নীংদুগা যেংনবদা অমনা লোপতবী অমনা তাদবীনি। পুমবুম তাবা পাম্নোমগা লোইবোই তাবা খুবোমগা কনানা কনাগী মপান তাংবনো? কোযবাওনবী মিৎসনানি। তুমতক তাবী নাতোননি। তবা তবাবী চানবানান। ভূম ভূম তাবী নীংদু য়ৌবী শল্লাংনি। মাঙ্গোলদা লৈবে মাঙ্গোল থন, শুমাংদা লৈবে শুমাং থনবীনি।

মতম অমগী তবার্মানিনি পানবগী থাজমানবী ঙসিনা থাশি নংলৈবা কযানি পানবগী থাজনো থাজমানবী।

নুংশ মকাদা ব্রাইথুংজগে পাম্মু মকাদা মিকুপ অমতং ওইববসু লেনজগে খল্লুবা মিকুপনা ঙসিদি থাজমানবীগী লাইবক লেপ্লবে। অতোপ্পা কনাগীসু নত্তবা

মথন্তগী ওইবা বাখলদো অসুক যাম্না তমথীবক্কনি হায়বদি মানা থাজকদে। নোংমনা জিপসি, নোংমনা মোটোর সাইকল, নোংমনা মারুটি তোংদুনা লাকখিবা, ব্রাং চাউবা, মশা নানবা, মশক মতৌ ফজবা পাখং মাগী মফমদা মিংনা উবা ঈশ্বর অমগী শাইওন ওইনা উকবে। পাখং অদুগী ব্রাহৈ ব্রাতা, শাজংনা মাবু পুমশুম শুমখবে। পাখং অদুনা হায়বিমখৈ মানা যাথোকলুবে। পিয়ু হায়বা খুদিং পীথোকলূবে।

নুমিৎ অদো ইঙাগী নোংজুনা ফাদৎ যৈনা চুবা নোংজুনি। কনাগুম্বগী মফমদদি মহৌশাগী মহৌশানি। কনাগুম্বগী মফমদনা কাউবা যাবোইদবা নুমিৎ হায়বদুসু ওইবমগান। মদুমক থাজমানবীগী মফমদসু থোকখিদবা নত্তে। নুমিৎ অদুগী হাংবা হৈত্রবা নোংজু অদুগী মথক্ত অমম্ব মুশি মুশি ঙানবা মৈঙাল অদুগী খদোংচাবা লৌখিবদো অতৈ কনাসু নত্তে। থাজমানবীগী লংলা লংজিল পূনশ্রবা বাখল কযানা নৈশিন্দুনা লৈহনখিবা অমম্বা বেষ্টবেল্টকী কাদা নুপী ওইবীগী ইজৎপু তের্মশিংনবীখিবদু মতম কযাগী মমাংদগী শকখঙনদুনা লার্কখিশ মাগা তোমচানি। অসিগুম্বা মৈতৈগী চৎনবীনা যাদবা ফত্রখিদ্রবা মফমাশং অসে লমদম অসিদা অসুক্কী মতিক ফোংনা লৈখ্রে। ইনখৎলকপা, কবিসু খঙজদ্রিবা নুপামচাশিংগী নুপী ওইবীগী ইজৎ তের্মশিংনবিফম মফম ওইবিবা, ইজৎ তেমশংনবত্রা নত্তে পুক্সিগী মোংফম ওইবা মফমশি অসিদা ইফোং ফোংনা অদুম চঙনৈ। মফমশিং অসিদা চৎনৈ। অদুম ইফোং ফোংনা থোক্লবকই। মসিবু সমাজগী চৎনবী ওইবব্রানে? নত্ত্রেদা। অদুগা কবিগীনো সমাজ অসিনা অসিগুম্বা থবক অসিবু ইফোং ফোংনা তৌনির্ণলবনা? কবিগীনো হেংদুনা লৌনির্ণলবনা? শেল তান্নবা হোৎনবদা মশাগী জাতি অমা হৈশিংনা মাঙহন্নবা হোৎনবা হায়বসি চাউখৎপা সমাজ অমগী বাখল্লোল্লনে?

ফিভমনা যাদবনি, মতাংনা যাদবনি হায়দুনা থাজমানবীবু মযুমদা হনবা ঙমহনখিদবে নুমিৎ অদো। তশেংবদি ফিভমনা নৎত্রগা মতাংনা যাখিদবদি শুংনৎ নৎখিদে। যাহনবা যানা যানা যাহর্নখিদবনি। ইজৎপু লুনা খঞ্জবা জাতি অমনি মৈতৈ। ইজৎ লৌথোকপিশ্রবা থাজমানবী যুমদা লৈশাবী শাদুনা হল্লুবগী করিবু কান্নকখিনি খন্দুনা হল্লকর্খিদবনি। তাঞ্জা অদুবু অমুক্তং হায়দুনা খৌবাংনা শেন্নবক্লিবসু তোমচানি। মিকুপ অদো নুমিৎ অদো তোমচাগীদমক্তদি নীংবা থুংবা নুমিৎনি। অদুগা থাজমানবীগীনা নীংবা কাযবা নুমিৎনি হাযগদৌবিববা? নুংশিবনা শুগৎলবসু হেন্না মফজে, নুংশিবনা শাউববসু হেন্না মনুংশি হায়বদু থোর্কখিদববা?

মল্লবসু মম্লা কিববসু কিনা অনৌবা পুন্সিগী লম্বেলদা তোমচাগী খোঙফম ইনবা তাখি নুমিৎ অদুদগী।

থাজমানবীবু অঙাং ওইবি খনজবিবা মবুং মৌপ্পা, মমা মপাদি কমদৌখি, মানা হল্লকখিদবা অহিং অদো? ইঙাগী নোংলিক্লা যুমগী মপান্দ লমজাও শোবোক্তদা নত্তনা ইমুংদসু চুখি। অহিং চুপ্লা লেপখিদে। কংনখিদে মিংলু খুদিংদগী ইবা। চেনবা যাবা চেন্নকবে থিবা যাবা থিনকবে। অদুবু, ফংবা কৌবা লৈবক্ত্রবদা নোং ঙানবা ঙাইবা তাখি।

হাযদোকপা চংলুবদা কনাসু লৈবমদে। ।< দা খাবক্তে। নুংথিল পুং অহুমদা মচীন হংবা লাক্কনি হায়দুনা অহল অমনা খোঙ্গালদা হাযবকই। অসিনচিংবা কযা তম্লবে তোমচাগী মপানা। ফববসু ফংত্রবসু লৈবাক্লা শকখঙবিবীবা একজিক্যুতিব ইনজিনিযার্ন তোমচাগী মপা। মৈ হৌনা শাউবনা লোইবে। মথোঙ চাদ্রবা মচানা মমৌ পুবক্লবনিনা জ্ঞান খর্বাদ তাবনি খন্দুনা হবাওজবকপনি পাউ হেক তাবদগী। অবেম্বা তানা হল্লকপগীদি অবাযবনি। যাম্লা ইকাযনা হল্লকপদুনি মানা মমান্নবাশিংগী মম্লাঙদা খাঙবা ওনদ্রিবগে। কবি হাযবকপগে হাযবা মখা তাবা পাউ হংজবা নর্ণদ্রইঙ কোর্ট মেবিযেজ তৌনবা শেম শাকনবা পাউ থুংলবে তোমচাদা। তোমচা, থাজমানবী অনীদি ঙকপনা পনখৈ যৌখবে। অদুবু মপাগী যাগংগান। ইনদবা যাদবা? খোইনা হংনকবা তৌদে। কোর্ট মেবিযেজ তৌথোকলুবে।

পুং অহুম তাবে মচীন হংবা লাকএ। বা-ব্রা ঙাঙনবকই। লৈতাফম খঙদে থাজমানবী। কাব খোক্লগবা? কনা কনা যাওবর্কনিগদা? ব্রাহং কযাসিনা নুংবংনাবিইঙ লাঙবগী খেঞ্জেল হেনগৎনবকই। মওং অর্মানিনা খাল্ল থাজমানবী। অদুবু কনাদসু হংফম লৈতে। তোমচা লেবম্বদুসু মমান্নবাশিংনা মী লাকএ হাযদুনা কৌথোকখ্রে। উপাই লৈতে। খজিক্তং কাথোক্লিবা মীহুৎথোংদুদা যেংলুই। উবে পুলিসকী গাড়ী। পুলিস খবসু শুমাঙদা লেপ্লি। লোযননা উবে মমা, লৈকাইগী মনে মন্দোন, মকুবোক্কা লাউনবিবা মযাম্বুং। ইস! কনম তৌন?

কনম্বা বাখলদা কযাম কুইনা উংলুবলনো খঙদে থাজমানবী। মানা লৈবিবা কা অদুগী থোঙ হাংদোবকপদা খংপ্রেক খংই। অতৈ কনাসু ওইবমদে। মাগী মমানি। আশা তৌকদবা বাহং কয়া অমা নক্লে মাগী মকোক্ত মমাগী মাযকৈদগী। নুপাদুনা নঙবু ফাবীবা নত্তবা? নুপাদু নম্বব ফোব চাবনি হাযনা নঙ খঙনা নত্রবা? নোং অমা হেক ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা কোযচৎ চত্তনা লৈবা নুপাসি নঙনা

মতৌ কবম্না পামলুবিবনো অসিনচিংবা মানা খঙদবা থাকম কযাদা যুম্ফম ওইবা থাহং কযানি। কবম্না থাজকনি? কবম্নসু থাজবোই? হেক অপোকপী মমানা হায়বনি। লাকও, লাকও, ইমা লাক্লিভৈদা চৎলসি। মশা শাগন পাযদুনা চিংখৎলি। চৎশি কদায? চৎকুমসি কদায? কনখ্রেদা নুংশি মৈ। তাঞ্জাদুদা তোমচা চংলকই। হায়বৈ, "ইমা থাজমানবী পুবা যাবোই।" কদোমদগী কদাযদগী লাকখিবা খুৎপাক্কী চৈনানো খঙহৌদে, শেৎতং হাযখি। মমায মমিৎ পুংঙাও হেক্ত ঙাওই তোমচা। থাজমানবীগী মমানা মখা তাবকই, "নঙগুম্বনসু ঐগী ইচা পুবা যাবোইকা হাযদনা।"

চৈনাদ্গী হাযকব্বগদি তোমচা মখুৎ হননীংবানি। অদুবু মনেমবোক ওইগদৌবিবা মাগী মফমমক্তদা কবম্না? মহাক্না ফাথবগা তপ্না হাযবকই, "মহাক ঐগা লুহোংলবীনি।" মযাম মথং মথং চেনশিন্নবকই। পুলিস যাওনা খামদোকই। তান্নক্তুদা কোর্ট মোবযেজগী চে অমা তোমচাগী মপানা পুথোক্নুনা পুলিসতা উৎলি। পুলিসশিংদু চেদু উবদগা ভাব তাবকপগুম খৎনবিবাশিংদা শার্মাজিল্লবকই। অদুগা তনখিনবা শেম-শাখ।

থাজমানবীগী লুহোংবদু নুপা মযুমদা ওইন তোংলে। মযুমগী মবুং মৌপু কনাসু যা ওখিদে। মতম খর্বদি যান্না নুংঙাইনা লৈখি মনেম মকুগী মিৎযেং মখাদা। যুম পানবা তাযবদো অসি এইবমাল্লে। চানীংবা যেঞ্জাং তংদদতা কবি খুমগদবনো খঙদে।

মতম খরা লৈবর্গদি নোংমগী ঙাইহাক ঙাইহাক মাঙলুবা মাগী মপুবোইবা তোমচা মতম শাংনা শান্না মাংবা হৌবক্লে। নুমিদাং অথেংবা ফাওবা তনজিল্লক্তবা হৌবে। মনেম মকুদা কিনা হৌদোকচৈ মাগী মফমদা হোংলক্লিবা তোমচাগী লীচৎ। হান্নদা খঙলবা মনেম মকুনা পুন্নমক লোৎশিনদুনা থমখবে। অহোযননা তোমচাবু থেমদুনা নৌদুনা নৎত্রগা উপাই অমা তৌদুনা নঙনা ভাব তাহল্লু হাযদুনা অচৌবা পোৎলুম অমদুম থংগৎপীবে। থাজমানবীদি মনেম মকুনা হার্যাবিবা খুদিং মাগী ফনবীগীমক্লি খনজৈ।

থাজমানবীসু অসুম খাঙলম্বদগী ৬মলক্তদুনা হংবা হৌই মাগী নুপাদা। অশেংবা পাউখুম পীবগী মহুৎতা ওনশিন্দুনা খৎনবা হৌবকই তোমচানা। খৎনা খৎননা মাগী নুপানা হাযবনিনা কাযথোক্তবা যাদদুনা মনাদা চিনবা সনা ফাওবা কাযবা হৌবে। মতাংসিদদি মহাক খঙনা হৌবে মহাক্কী নুপা ড্রগ এদিক ওইবে। অদুবু

করমদি তৌনি ? কল্লক মমাং চাং তাই্ হাযবদুনি। মযুমসু চঙবা যাদে। লাইবক্ত তল্লল্লবানি ঐচ আই ভি পোজিটিব ওইববা নুপাদো মাগীদমক। খাঙবা হৌনবা মখৈ খাঙই। ঙল্লক্তবদগী নোংমদি মপামদা হল্লগে নীংলে। তাইবংসিদা ব্রাদা ব্রাবক্লবদা মমাগী মকাদা নত্তনা কনা লৈ নীঙোল ওইবীগী ? থীনা তৌবীব্রবা মমাদো ঙসিদি কয়াদা নুংশিবক্লবা। মসিবু য়ুম পাল্লবা নীঙোল খুদিংগী মফমদা থোক্লিগদবা ?

ফনা যাম্না শাউনীংলবসু মচাগী মশক হেক উবদা থাজমানবীগী মমানা মচাবু তবাম তবাম কৌই। অদুবু মহৌশাগীদুদি নত্তবে। পল অমদি লৈবমাল্লে। কনানসু লাকউ হাযবা তৌদনা মচানা লাক্লিবদুগী মবম থাজমানবীগী মমানা যাম্না থুনা শঙনীংলম্মী। মচাগী মনাদা যানখিবা লৈ উবা ফংদবে। ব্রাবী পুম্নমক তাববা তুংদা মচাবু হনখিদনবা শিল্লে। মচাগী লৈফম কা শেম্বীবে।

নুমিৎ কযা হৌখবে। তোমচাসু লাক্তে। তোমচাগী মমা মপাসু লাক্তে। অদুবু শোমদদি থা শুজিল্লক্লবা থাজমানবীদি কবম তৌনি ? নাখৈমক শেংনা কাযনবসু নত্তে। ফাগী ফাগীদগী যাম্না থাজদবা মওং অসিদা কাযনবা তাবব্রা ? থাজমানবী অমুক লৈতাফম খঙদ্রে। মমা মপাগী মনাক্ত লৈজববসু মহৌশাগুম নাউখি শাজবসু ঙমদবে। লৈকাইদা মচে মনেমশিংগা, মমান্নবীশিংগা লোযননা চবাও তবাম নোকচবসু ঙমদবে। মাকবা মিপাইবা কযানা লাঙ্গোই চনশিনখিবগুম হেক হেক ফাওবকই। থোঙ্গাল ব্রা'মা লানবা ঙমজদে। খঙনা চান্নখিবা কনা উবগা মমায থাংগৎচবা ঙমদে। কবির্গীনো মবাল লৈববা মী অমগুম অসুক য়াম্ন। অফা অপুন্নবিবা জেলসু নত্তনা।

মযুম পাল্লবী নীঙোলনা মপামদা কযামাদ কুইনা লেগান ? নাখৈ শেংনা খাইনবসু নত্তে। নোংমা নুমিদাংবাই অমদনি মাগী মমান্নবী উশানা, "তোমচা লাকহৌই। ঐখোযদা লৈহৌবি। মহাক চঙবা ঙমদ্রে। নঙবু লৌবা লাকইবনি হায।" হাযনা তল্লখি। থাজমানবী হুমহম খঙদে। হাসু হবাওই। শাউগু শাউনীংই। চৎসু চৎনীংই তোমচাগী মনাক্ত। চৎপসু ঙমদে। তাঙ্গাদুদা থাজমানবীগী মমাসু তাবমাল্লে "কনা লাকই হাযবা, উশা ?"

"তোমচা লাকহৌই ইমা। ঐখোযদা লৈহৌই।" উশানা খুম্মী।

"মাদি কৈদৌবা লাকইবা ?"

"থাজ কৌবা লাকইনি হায।"

"অদো সিদা লাকপদি কৈদৌই হায ?"

ঙাঙনা ঙাঙনা থাজমানবীগী মমানা মমাং থাবদুনা থোবকই। হোয় মাই হাযনদে। থাজসু মমাগী মতৌদুদা চেন্না চেন্না ইন্নবকই।

থাজমানবীগী মমানা ঙাঙবা যাবা ঙাঙলে তোমচাদো। হন্দকমুক্তি ঙাকপিযু হাযদুনা খুবমলে তোমচাসু মযাম্না হাযমনদনা। কযাদি যাম্লে মীযামদো। যুমলোন অনী অহুমগী মীনি তিল্লিবদো থাজমানবীবু নুংশিবদগী তোমচাবু অফবা মী অমুক্তং ওইহন্নীংবদগী।

তপ্না তপ্না খোঙ থাংদোবকই তোমচা থাজমানবীদো। থাজমানবীদো মর্চানদা কবি কাবনো ঙাঙবা লেপতে। তোমচানা অমুক তৌববোই হায়দুনতমক খুর্ম্মী। ঙাঙনা ঙাঙনা লাকপনা গাউগী খোঞ্জেলনিনা খঙহৌদে তোমচাগী থোঙ্গাল যৌবে। তোমচানা থাজমানবীব অনৌবা মীতোপ অমগুম কৌশিল্লি। থাজমানবীসু কবিগীনে খঙদে হাইবপ হংগোইবা ফাওই। মনেম মকুসু ঙাইদুনা লৈবর্ম্মী। মনেম মকুনা কৌশন্দুনা হবাও হবাও চঙমীন্নবে।

চাক থোংসুবসিবা খল্লিঙৈ মনেমনা চাক চাববো হাযনা কৌবকই। নহাল মখৈদি মানা হেক হেক থোংবনি। ঙসিদি কনানব থোংলিগবা? যাম্মা ঙন্না লোইবর্ম্মী। তোমচাগা মবানি তুংথা মাংথা চঙমিন্নবে। চানীংবা যেঞ্জাং ঙাক্তনি। পে বোং থোংলিবদুমক্তদা খজিং কাংহৌ, উকাবী অতাওবা, শোইবুমগা ঙক্লাগা থোংবা, পানগা থার্গজিংগা ইবোনবা। কবম্বা হান্না চানি, ঙাইহাক খনজানৈ। মসিদনু কদাযদগী লাযবা মচা খম্বতোন লংথোক্লমলোইদবগী মবম লৈববা' লাইখিকসু ফনা হৈশনু মবমসু ফনা মোকশনু। অসিগুম্বা চবা অমা চাবদি লাযবদনা পাউদব কৌতা অমগীদমক বক নোংজু থোক্লগদৌবিবনি। নুংশিবকা থোঙনাওদা পাইথোক্তনা চেনখিগদৌবিবনি।

মশ লুম্নবী থাজমানবীদো নো ঙানখিবা খঙহৌদে। ইপা পাখংনা হৌগংলি। ঙবাংদি শবা খেঙনা তুমখ্রববা খঙদে। তোমচাসু মাগী নাকলদা উতুপ তাবগুম তাদুনা লৈখি। হৌদোক্লমদে। তপ্না হৌগংতুনা অযুক্কী মশা মউ শেংদোক খোংতোক্কদবা শেংদোকলুবে চা কপ অমা পুদুনা চংলকই। তপ্না হৌদোকই তোমচাবু। তাদে। মশা নোমদুনা যেংই। খঙহৌদে শ্বাই লাউই। শ্বব হোনবগী খদম ফংদে। খঙলাউ লাউই থাজমানবী। লৈমাযদা লেকথদুনা তাখি।

জ্ঞান মাঙদুনা তাকববা থাজমানবী শিবমক্তি শিহৌদ্রে। শিব ঙমদবনিনা হিংবা তাবনি নাইতোম তাহৌববা পুন্সি নৌনা তাইবং ফাওবক্লিবা মচাগীদমক। নোংমা হৌখি। নিনি হৌখ। লোন্না কযা অমা কপচখি। ফোংনা কযা অমা

কপচখি। তোমচানা লৈখিদবা কুমওন ফাখবে। লৈকাইনা কযা অমা ঙাঙনবমগনি। অদুবু, তাকদবে থাজমানবীবু নুংশিবীবা কননা থেমজিনবীবকপদু নত্তনা। পুক্স হাথবাসদি অসিনি। চংখিবগীদি লোইবে। লৈহৌবিবশিংদি বাহৌখিগদবনি মতমদু যৌদ্রফাওবা।

পীক্লিবা মশুগীদমক খল্লগা থাজমানবীগী মনেম মকুনা থাজমানবীবু লৈথহন্নিংই। মনেম মকুনা ঙাঙলকপা ব্রাঙাং-শঙাংদগী থাজমানবীসু খঙই। থাজমানবীদি কবি হাযগদবনো শঙদবে। ফিবেপ লৌফম খঙদে তুমপক তুমপক লেপ্লা নত্তনা। মপামদা হল্লগে হাযবসু ঙমদে। মনেম মকৃগী যুমদা লৈববসু লৈতাফম খঙদে। মাগী অপাম্বতা তৌ হাযদনা ঙাস ফাওবাদ লৈবক্লি। অদুব ইমুংদুগী ই।ওইশিংদুগা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম লাপথোক্লবকপগুমদি তৌবকলি। মবাল ইবাল থিনবগীদি নত্তে। মাগী ঐগী অশোয অঙাম যেংনবগীসু নত্তে। মশল উদবা শক্তি অমনা নোংমা নোংমগী যৈখায থিনগাযবদৌনা তৌবক্লি।

নোংমতা মনীং তম্না থোঙ্গাল বাংমা লানবা ঙমজদে। চংপা যাবোই হাযদুনা থি না কনাসু লৈতে। থংফমসু থোক্তে নুম্মিৎ খুদিংগী মবম লৈতনা চংকে হাযবা নত্তবনা। চানীংবা যেঙ্গাং অমতা চাগে হাযজবা ঙমদবে। কনামনা চৈবকপগী নতে। কনামত্তনা হাযবক্কন্ হাযবসু লৈতে। নোংমা ফাদোক মনেম্না মকুনা নুংশিনা হাংলকপা ফাওবা যাওবিবনি। চানীংবা, থকনীংবা, তাবাম খৌবাংবা ফাওরোইদবা কনানো পুম্নমক খঙলিবা মনেম মকুনি। খঙগনবা ফমনদনা মচাশিং শোযবনি হাযদুনা লৈকাযনা ঙাঙনবিবনি।

মশবু ঈশ্বরগী নোংদম হাযবদুবা ? তৌকবা থবক্কী মহৈ হাযবদুবা ? পুক্সগী লম্বাদা খোঙদাবা নৌবিবা, মপুং ফাদ্রবা মাগী ব্রাখলদা লাম্বা ফংদে। খল্লুবা খুদিং ইমমতা মম্মী। মঙাল উবা ফংদে, লম্বী ফংবা ঙমদে। তুংগীদমক খনবদা মহাক অদুক্কী মতীক কিবকই। মাগী পুক্সিনা কবি ? মচাগী পুক্সিনা কবি ? ঐচ.আই ভি. না লাঙ্গেয চনখবে। মহাক মশা খঙই। চংনববদি যেংথোকপা চুম্মী। যেংথোক্লবসু ঐচ.আই.ভি লৈবা হাযবসিমদি শোযদ্রে। মসিমসু মহাক খঙই। অদুবু কবি তৌগনি ? হিংনিংবনা হিংনবগী লম্বী থিবদা ঙাওবা তৌবে থাজমানবী।

মীনা ব্রাবী কযা অমসু শাবকখবে। মানা মীঙোন্দসু পাউতাক কযা অমা পীখবে। ঈশা ইশাদা থোক্লবদি পঙশিল্লি হাযবদুনি। ইফক ফকচিল্লি। ব্রাখল থোক্তে। নোংমদি চংকে খল্লে ঐচ আই ভি টেষ্ট তৌবা মফম অমদা। অদুগা মখা তাবা থবক লৌখৎলগে লেপলে। নোংমা শিগদবা শিবগী লমন তোন্দুনা লৈববা

মীওইবনা শিববু কিকখিদ্রা? থৌনা লৈনা অশিববু শীংনবা তাবনি নুংঙাইনা হিংবা ঙম্মবা।

নুমিৎতুগী অঙনবা অযুক্তো নুমিৎনা তবং তবং থোকখিববা খল্লি। অশংবা অতিযা মকোইদা লৈচিন নোংফাই থাংখিদে। অদুবু কদোমদগীনো খঙহৌদে অমংবা নোংনা মাযকৈ খুদিংদগী খুমজিনখিদুনা অমম্বা মালেম অমা ওইহল্লে। মাগী মাগী নোংমগী তৌগদবা মথৌ লোইশিন্নবা হোৎনবি মীপুম খুদিং। অতোপ্পা মাগা যেংবা শংনদে। থাজমানবীসু নুংশা শাগদবা খন্দুনা শুকব্বা চোৎলি চোৎলিবা ফিবোল মযাম অমা লোকশিনবা লাক্লবি। তাঞ্জাসিদনি মাগী মবুংসু হোবে হোবে নংহৌববোই মতাগুম চঙলকলিবদু। চিল্লবসু চিন্না মতম ঙাইহাক কাইথোক্লুনা মবুংবু ফমহল্লি। মাগী মবুংসু ফমহৌবি। মাসু মথৌ লোইশিনবা অমুক থোকখি।

কনানা কবি তৌবিবা? থৌশাকবা তৌদনা পবপ পবপ চঙলকপদনি মবুংগা মনেম মকু মখোয অহুম্মা যাম্মা নুংঙাইতনা বাবী শাবম্বদো। মাসু তাথোকলুবে। মাগী মবমদনি শানবল্লিবা ব্রাবীদো। খোঙফম ফুকপা ঙমদে। চপ লেপ্পি'

উপাই কবিদি লৈবি' মনেমনা শৎ কৌশিল্লকই। মাসু চঙদবা যাদবে। মাসু মপামদা চৎলশিবা খনবদি কুইববনি। তাঞ্জা অমদি ফংলে। অদুবু. ঙক হংজিল্লক্লবদি পুক্লিংগী বাদু খুমদোকপা ঙমদে। লকক তৌই।

মবুংনা কন্না হাযবে। মনেম মকুনসু থিংবা উৎত্রে। মাসু মদু মঙাযবে খন্দুনা হোয হাযনা খমদোক্লে। মনেম মকুনা পীক্লিবা মশুবু ভোযনা পুবকই হাযনা পাউমেল্লি। মখোযসু সাক্কনি হাযদুনা নাকল অনীদা যানবা পুবক্লে। থাজমানবী, মানা থাংদোক্লদৌবিবা খোঙথান্দু চুমলিববা লাল্লিববা খনবা শংজদে। মানা পুগদবা মপোৎ মচৈ খবা তশিন যোমশিল্লি। মাগীদমক হাযদুনা মনেমনসু কবি কবিনো খবা হাপ্লিবে। যনা নুপশনদ্রবসু কাযনবমদাই মীকুপ যৌববদি হুই ফাওবা মাপ তাবমগদ্রা? মনেমগী ব্রাহৈ অমদা থাজমানবী মিৎলুদগী পিবাং মতুম অমা অনী নানথখিবা খঙহৌদে।

মবুংনা মাঙ থাদুনা থাংলিববা থাংদ্রববা খঙদবা খোঙথাংগা লোযননা থোবকপদদি অতিযা অদু নীংখাযগদৌবল্লে। নোং তাবকত্রিঙৈদা যুম যৌহৌসি হাযদুনা মবুংনা হাযবি। থাজমানবীগী বাখলনা কদাযদা? নীংখাযগদৌববা অতিযানা ননগদৌবিববা?

থাজ

২০/১১/০৪

# খোঙ্গোয়নবা

মহৌশাগী নীংথিবা অয়ুক্ত ঙ্গাঙানবা কোরৌগী অমেঙবা মচুনা তাইবং জীব খুদিংগী থম্মোয়দা অইংবা অতপ্পা হায়বদো অসি ওইরেকো হায়না তশ্বীরি। লৈচিন নোংফাই খাংদবা অতিযাসিনা তাম্মা শন্দোকখিদুনা মিৎয়েংগী অবোয়বসু নাইহন্দে। লিরি হুম্বা মালংগী ইপোমদা হৈবাং লৈবাং কয়ানা হরাও মথোয় কাদুনা জগোয শাজবিবোই। অহোংবা নাইবা হে মহৌশা হোংহননীংখিদ্রেদকো ঙসিগী শঙম আসির্মদি। মতম নঙনা চৎপদা ফজবা নীংথবা অয়ুকসে মচেৎ মখাক অমতা থম্লমদনা পুবীর্খিনি শোয়দনা। "থম্বালসনা, মতমসিদা নঙবু কবি তৌবিবগে মম্মা শুরুবা নঙগী কাখুনুংদুদা? অমুক্ত থোক্লকুনা ফজবা অয়ুকসে য়েংহৌববো লাউ পুক্লিং হকচাং ইঙনবা।" অসুম্মা থম্বালসনাধু নুংশিবীবা কনানা থম্বালসনাবু কৌখোকপীদুনা নীংথীবা ফজবা অয়ুঙ্গো শোয়দনা যেংহননীংগনি। অদুবু, থম্বালসনাদি মাগী কাখুনুংদুদা ব্রাখলগী ইরোলনুংদা ইবাক্লরিমাল্লে।

তামোচাদো লাক্তবা কুইরে। ইমা নাই হায়বসে মাদি তাদববা খঙদে। নহালখোযদি নীনি মরক হুমনি মরক্ত হেক্ত লাকপনি। ইমানা মাতবু শোল্লি। পাবাদা খবা কৌবীরুচো হায়বসু মীগী মমা মপাগী মমাঙদা ইকায় হায়দুনা চৎলু য়াদে। ঐসু করিগীনো খঙদে মখোয়দা চঙবসে হঙ্গোই। মানদি করিগুম্বা দরকাব লৈরবদি হেক্ত লাকউ হায়। মানসু নোংমতা পুবীবদি তৌদে। চৎলুসিরা হায়বদি কয়ারক খল্লে। অদুবু, মঙমদে। মসিবু ঐনা হেন্না খঞ্জিনবা তারবরা খঙদে। পাবানসু ঐনাসু ময়াদ্রবদুনরা করিননো খঙদে ইমাসু করে চৎলুরনু লাকপা ঙাইবা হায়দুনি হায়রে। ইমাগী ব্রাহৈদু ব্রারৌবা অমদি য়াওরে। অদুগা, কোচি থাংবসু মাল্লি। মদুগী অর্থনা করিনো? মীনা হায়নবতা নত্তনা ইমা ফাওবা ব্রাখলসি লান্না

খল্লেববা ? অস, ওন্থোকপা ব্রাখলনি তামোচান চমজবিব্রা খুৎচমদুগা। ঐদি তামোচা হাযবসিদগী হেন্না অমা খনবা ঙমজবোই। থেংনদবা তিন্নদবা কনানদি খঙলল্লোই। হেক যেংবদা মীদু নোকফেৎতমক তৌই। যেংবদা মীরু য়াম্না মাল্লি, বা কযা ঙাঙগনদে। মানা ঐখোযদা তোযনা লাক্লিবনা কবিগী ? মাগা ঐখোযগা কবি মবী থোক্লবগে ? মীযাম্না তোযনা হংনবা ব্রাহংনি। ঐসু শঙদে। অদুবু, পুল্সিসিদা হন্দক মপোক্কী ওইনদি মাগুম্না মীসি অনী সুনা থেংনগদবা মন্দে।

তামোচাগী ব্রাখলদা ঙাইহাক লুপলুববসু চাদ থক্তবদি যাদবনিনা চেঙ ব্রানবা চৎখিবা মপা অমুক নীংশিংলকই "ঙসাইনা লাকপা যাববান পাবাদসু চেঙনা ননশ্ত্রববা কাবনো অসুক কুইবিবসিবো ?"

ঙাইহাক্তংদুদা মপুক্লিংদা মওল মওল খল্লি। চৌক্রিদগী ফুক হৌগৎলি। টেবলদা কোক লাউনা থেংই থম্বালসনা। চিনশ্ত্রবা পিক্লবা কা মচাদুগী মনুংদা টেবল মচাদুগা চৌক্রিদুগা মোমোচানা থম্বালসনাগীদমক লাইবিক পানবনি হাযদুনা পুবীবকপনি। মোমোচানা হাংদোকপা টিযুসন মফম অমগী মতম খবা থম্বালসনাসু টিযুসন চৎলুই। মাগী লাইবিক্ত থবায যাওজবা মতৌদুদা মোমোচানা মাবু লুনা তৌবীখিববা খল্লি। মখোয অনী কবিসু থোক্লবা নত্তে। মোমোচানা কবি পাল্লিবা ? কনানা খঙবা মীওইবগী বাখল। অদুগুম্না টেবল চৌক্রিদু কুইনা শিজিন্নবক্তবনিনা মদুগী বাখল কাউথোকলুবনি। চৈনাখোল খাঙ্তবদা মথক্ত শাউজবা নত্তনা উপাই লৈতে। শাউজৈ, "তামোচাসিনা সিবো কদাযদগীনো পুশিল্লক্তনা লৈফমসু লৈতবা ইমুংসিদা। খোযদৌনা খোযদৌ শাওগৎপনে লোইনা থুদেক্তনা হৌজিক।"

ফমুংদা ব্রানা পোত্থবিবা মমানা মচাগী ইশৌদুদা তুমিন্না লৈবা যাদ্রমাল্লে। মচাবু থেমজিনবা ওইনা হাযবকই, "কবি অমুক তৌবগেনে ?"

থম্বালসনা খঙশাউ শাউনা খুন্নকই লৈজদ্রবসু কেনা যোকচবা মচানিনা "কবিসু তৌদে ইমা। লায়ববা ইমুংসিগী ব্রানি।"

মমানা মচাগী লাঙতক্লবদু খঙনীংলুবমাল্লে তপ্পপ্না হংজে, "কনানা নঙোন্দ লায়ববে হাযগেনে ?"

মমানা ঙমদদুনা হিপতুনা লৈবগী নুঙাইতবনে, মীনা পাউনিলখোল ওইনা নিনফুং নিনফুং ঙাঙনবা তাকবনে, মেনশিনবগী লোইবা নাইববোইদবা লাযববগী অহোবা মযাম অসিগী খনবনে থম্বালসনাদো খাঙবা ঙমদ্রমাল্লে শুৎ শুৎ কল্লী। মমাগী ফমুং মনাক্ত চঙলক্তুনা ফমমাংদা খুউ কুন্দুনা ফমলৈ। মপি তৈথোকপা

লোইরম লোইফাওনা, “ইমা নঙ তামোচা লাক্লবদি অদুম্না অদুম লৈবা তাবরা ? কৈদৌরবনো খঙদে হন্দক্তি লাক্কবা কুইবে। নাক্কবদগী ফবে হায়বদি তায। শুংউ উন্নখিদ্রে।”

“মশাদো খবা ফবমখিবোই। ফববকান্দ মবাযনা লাকচনিদ' খাকনুদা ইচাসির্দি। মানা নাবগা ঐনা নাবগা মপা হেক চানৈ হন্দক্তি। ঐনা কল্লন্নবদি ইচা নাবদু নোংমতা ওইববসু হংবা চংপীবম্বা যাবনি।”

“বাকনু হাযদুনবু নঙবু অদুম্না কযাম কুইনা লৈবা যাগ দৌবিবনো ?”

“ইমাসু চেসি ঙলাংসিদি খবা ফগৎলযাসদি ? লাইহৌশিদং ফববদি হেক্তা ফবদবনি।”

থম্বালসনানা মমানা হাযবীবদু যানীংদে। মমানা মাগী নুঙাইতবদু খবা ফনবা হাযজিনর্বান। নুমিৎ নীনি হুর্মনি শুজিল্লক্রবান চাক চাখোম অমা ফাওবা চাবক্তবা। ঈশিং খবা চিন যাওদবা চাঙাং খব' থক্লিন্দু মঙায়বে। মদু ফাওবা থকউ হায়বা ইযা যাশল্ল ক্রবান। ফমলম্বদগী কাবগুম্না অমা নীংাশংলকপ গুম হৌগৎতুনা মমাগী লবাক্ত পাংখুনা যেই। মা মবোল শর্মাজনবীদুনা হংই, “ইনবব ইমা ?”

“হৌজাক্ত থোইনা হংদেদা।”

“চা থক্লেব ?”

“হুম থকনাংদে।”

“ঐখোয় পাবানেনা মীঙান্দগী পৈশাকা খবা পুকন্সু হাযদে।”

“কৈদৌনবনোনে ? হনুববা থবকসু শুবা ঙমদ্রর্সদা শেল পুগে হাযকবদা কনানা পীনিংগদৌবিবনোনে ?”

“নংত্রগা ইমা এ সনাতোম্বীদগী খবা লৌকসিনা ?”

“হুম, লৌকনুদা। ঐখোযনা পূবগা নঙগী তামোচানা হেক তক শিংই।”

“তামোচানা তিংগদবগী তিংগদবা মবৈবে। হিদাক চাবগা হকচাংদো খবা থুনা ফবনা ফবরা ?”

“নঙ তামোচাগী লমনসে কনম্না মনমা। শিংবা ঙমগদবনো খঙদে। মাগী মতেংননি ঐখোযনা হৌজিক ফাওবা হিংদুনা লৈনা ঙল্লিবসে। মা লৈবমদ্রবদি নহালনা শিবগদবান। নংমা নিনাদংদ যেংখিদি। মসিদা ফগু ফক্তগা কাবনো তৌবা তাবেদনা।”

মতম অসুক কুইবসিগী মতুংদা মমাগা মোমোচাবু অতোপ্পা অমা ওইনা ঙাঙলকপসি ঙসিনা অহানবনি। মিং ফাওবা কৌদবনি। তামোচা হায়বদগী হেনদবনি। অসুক কুইবা অসে ঙাঙনীংবা কয়া ফুমজিন্দুনা থমজিল্লম্লিবরা ? নৎত্রগা, শোল্লকপদগী ব্রাখল চোইরক্তুনা চোইরোল লোল্লিবা হায়দুরা খনফম খঙদে। কুপথনা অমুক মমাদা হংসু হংলুদ্রে থম্বালসনাদো। মায়থোঙদা খঙহৌদনা মংশিল্লকপা নোংঙৌগুম্বগী মমি অমদি তাখিবা উই। মমাগী খুয়া ওইরপ চথরগা ফক্লাংদা ঙাদুনা ফম্লগা নুংশা শ্বর মপি অমা শাংনা হোল্লগা করি করিনো খরা খনগুম তবঙদা তাউদুনা লৈ। করিবু ওইনি হায়গে ? কনাগী মরমদবু ওইনি হায়গে ? মীওইবগী ব্রারক্লবা মতমদা নীংশিংবসি মাবু লুনা চান্না তৌবীবা মহাক অদুতবুনি। থম্বালসনাসু মাগী তামোচাগী মনাক্ত হেক্ত চৎলুরসিরনে খল্লিবা জাৎলা ? লৈশাবী অমা লৈবগী কে মৌনবা কিরিগুম্বা পোৎশক অমতসু লৈতামাল্লে থম্বালসনাগী কাদুদা মাগী পুক্লিংবু ঙাইহক্তং ওইববসু চোইথোকহল্লবা। মপান্দগী মঙাল মচেৎ অমতং চঙলক্কদবসু ফক্লাং মবিনা কোযথৎ থৎলি। খজিক্তং মযা কাবা থোঙনা ফাওদুনা চঙলক্লিবা লম হেনবা মুশি মুশিবা মঙাল অদু মঙায কুফেৎ কাফেৎ অমুক অমুক শান্নলিবা। অঙানবনা মচেৎ অমম্বনা মপুম্লি কা অদু। মুন্না য়েংলুববদি অমম্বা মরক্তুদা চৈতেক চৈরাংনা ফাওবা জগোয শাদুনা থম্বালসনাবু লক্লবমগদবা মাল্লি ! ব্রাহং চামা চামনা চযেৎনববা ঈবৈগুম্না উঙলবা কোক্তো পুবা ঙমদ্রমাল্লে মখুৎনা টেবলদা শৌদুনা থম্মী। মিকুপতুদা অমুক মাগী ব্রাখলদি লমফৈ চৎখিবগুম তৌরি।

তামোচা পাখঙনি। ঐনা লৈশাবীনি। তামোচাগী মমা মপা ইনাক খুল্লি। ঐগী ইমা ইপানা লায়রবনি। তামোচাগী মচীন মনাও খুৎকন পাঙ্গলবনি। নুপাতনা অহুমনি। ঐগীদি ইথম্তনি। অদুগীসু মথক্ত নুপীনি। মখোযগীদি শাগৈ য়াম্না চাউই হায়। ঐখোয়গীদি নোংমতা ইখুরা ইতোন অমতসু লাক্তে। নীঙোল চাক্লৌবা, শজিবু চৈরাওবদা ইমুং খুদিংগী হরাও তয়াম্বগী নুংঙাইবা মীনোক অদো ঐখোয়গী ইমুংগীদি শরুক খজিক্তং ফাওবা থুংবীদে। ইমারোমগীনা কদায়নো ইপারোমগীনা কদায়নো ? জিব অমতা উবা ফংদে। ইমানদি অহল লোইনা শিখিবননি মচা ধরা থল্লমদবনি হায়। মসিবু ঐসু থাজসিরা ? থাজরগনা করি তোংজবা ? থাজদ্রগনা করি মাঙজবা ? লৈতবগী লৈতবা অমতা লৈরমদবনা হেন্না ফরমগনি। মখোয়না হনুথংদা ইতোমতা পোকপীরম্বসিনা ঐবু অসুক ব্রাহল্লবনি। করিসু লৈতবা ইমুংসে করিসু লৈতবনা ফরেদা। খল্লুরগা খোয়দৌ শাউগৎনবনি খল্লরোই হায়বসে হেক্ত

ময়াদে। মখোয়গীদি লোইনা ফৈ। ওজা ওইবা য়াও, ডক্তর ওইবা য়াও, তামোচাসু ওফিসার মচা অমদি ওইরে হায়। ঐদি লাইবিকসু বি.এ. ফাওবা লোইদরি। অসি ফাওবা তামোচাগী মতেং নংলমদ্রবদি নহালনা তোক্লদর্বানি। মানা নুপানি। মানা লাকপাদি থোঙ্গালদগী নোকমি নোকমি তৌদুনা অচাপোৎ ময়োম অমা পুরক্লগা ঐবু কৌবগা হেক্তা চণ্ডলকপা ঙম্মী। মানা লাকপনা ইশম শম্মী। মানা লাকপনা ফৈ। মা লাকখিসনু খঙনি। অদুবু মানা লাক্ত্রিবসিবো করিগীনো? থবক কয়া য়াম্না চিল্লবা জাৎনো খঙদে। মীঙোন্দ হংবদদি ময়ুমদা ঙাইহাক্ত লৈতে হায। নৎত্রগা, ঐঙোন্দদি মীনা ঙাঙনবা তারুনু হায়। অদুগা, মানা তাপ্রবজাৎলা? হৌজিকপুদি সনাতোম্বীসু ভাব তারবনি। মানদি ফাগীনি হায় ঐর্নাদি মান্দে। নুমিত্তো তামোচানা ফুরিৎ লৈবীনি হায়দুনা চৎমিন্নরুবনি। হেক নোঙানবদনি ইথা থাজদনা সনাতোম্বীনা হংলকখিবদো, "ঙবার্ন্দি য়াম্না কোয়রুরে হায়। করি করি লাইফম য়ৌরকপগে? পঙ্গুং য়ৌনবা বরকা ধম্মদা নিথরক্লবা নত্তবো?"

মানা হায়রিবদু ঐ ভাব তাখিদে। কোইনদবদগী চুম্না সুম পংঙাঙ ঙাঙলিবোই নীংই। কোযসু কোযরুদর্বনিনা থোইনা খনথরুবা তৌদনা খুমদোকখি, "কনানা হার্যাবনো? কোযকদেদা। কনাগা কোয়রুদৌরিনো?"

সনাতোম্বীনা নোকফেৎ তৌনা মিৎচি অনী ফ্রং চোংদুনা হায়রকই, "নখোয় তামোচাগা।"

খংপ্রেক খংই। সনাতোম্বীনা অদুম্না হায়রক্লনি হায়বা থাজদে। ঐ খংশাউ শাউনীর্ংখি, "সনাতোম্বী, অদুবু ব্রানি হায়দনা। ঐখোয় তামোচানা ফুরিৎ লৈবীনি হায়দুনা চুম্না সুম চৎলুবনি। অদুম হায়না হায়নু।"

"ফাগী তৌনিদা মীনা সুম ঙাঙনৈ হায়দনা। শাউনীংব্রা?"

সনাতোম্বীসু ঐসু মায় ঙাওর্নাখি। নুমিত্তুদগী তামোচাবু উবদা ইকায়রুরবনি। ফাগীমক ওইরবসু মাগীদু মী শিবা য়াবা ফাগীনি। তামোচাগী মফমদা লানগে খন্না লার্নাখিবদি নত্তে। সনাতোম্বীগী ব্রাহৈদু হেনমনখিদুনা তৌবনি। তামোচাগী মর্চোদি লৈ। অদুবু মচন লৈতবদগী মচনগুম নুংশিনা কৌবা "সনা" হাযবা খোঞ্জেলদা অমংবা নোংবু অকনবা নুংশিৎকী শফুনা হুমদোকখিবগুম নত্তবা ব্রাখল ফনা খল্লল্লবসু মিকুপতা মাঙহনবীখি। ঐগীসু মাগুম্বা ইবুং অমতং লৈজরম্লবদিকো কয়াদা নুংঙাইজরমগদবা। ইমানদি লৈ হায়। অদুবু ঐনা জ্ঞান তারকপদগীদি নোংমতা য়ুমসিদা লাকপা উখিদে। হিংদুনা লৈরমগদববু মান্দে। করিগুম্বা লৈরম্বা

থোক্লবসু শিবমগদবা মাল্লি। হিংদুনা লৈরম্বা থোক্লবদি করি কান্নরিবা? শিখিবা থোক্লগনা করিগী অককুবা খঙদ্রিবা? ইমাগা পাবাগদি তশেংনা খঙলবা জাৎলা? মখোয়না খঙলগা ঐঙোন্দ লোৎলগা করি তোংজরিবা? পাবাগী ব্রাঙ্কুবী লায়না তৌবদা কুইনা কুইনা হোসপিতালদা লৈবদা মচেৎ মচেৎ য়োনখিবদা ইংখোলসিসু ঙসিদি শুমাঙ ফাওবা লৈত্রে। লম লৈরীবা মীশিংসিসু যুমদি অমা ফাওবা শারদে। মখোয় খরা লাক্কুনা লৈবরবদি লমহাং ওইদুনা লৈবসে খরদি ফগদবনি। অদুবু, মখোয়গী মথক্তা তামোচাদৌনা ফবদি যাওগদৌবা মান্দেদা। তামোচা লৈবমদ্রবদি নহালনা ইংখোল মচেৎ অসি ফাওবা য়োল্লম্লগদবনি। মচেৎসিদি মানা ঐগীনি হায়। তামোচাসে ফৈ খঙলমক্তদা ফৈ অদুম হায়নীংই। মাগীদমক অতোপ্পগা খৎনবসু কয়ামা য়াওখি। তমলুববদি চৈরক্কনি খনবদগী তমখিদবা কোঙ্গায়নি। থওইনা ইকায়বা পীগে খন্না পীরকখিবা মীওইসু য়াওখিদবা নত্তে। পুম্নমক্তো তামোচানা শাউবা খজিক্তুং হৈরম্লবদি তম্লম্বসু যাবনি। অদুবু মানা অমারোমদা ওম্বোক্লগা ফাগী তাহনখিগদবদু খনবদা তমগদবা তনখি। নোংমগী থৌদোক অমসু নীংশংলক্লে। নুমিত্তো ঐগী সাইকল য়াদ্রে হায়দুনা লৈরিঙৈদা তামোচা লাকপগা মপা চানখি। মানা থিনবীরম্লগে হায়দুনা কোলেজ গেৎ ফাওবা থিনবীরম্মী। মরম শুংলে লৈপোৎ নত্তে চাউবীনা খৎনবা হেক্ত হৌবকপনি। তশেংনা মদু ঐদি খৎনবা হৌরকপনি হায়না লৌই। তামোচাগী মতৌ তমগে খনর্বনি। অদুবু ঙমখিদে। নুমিত্তো য়ুম যৌরক্লগা কযা পেন্না কপখি। ঐনা চাউবীবুদি পুক্সিদা কাউবা ঙম্লরোইদবনি। মখোয় নুংঙাই যাইফবীনি হায়বসু খঙই। মীওইনা অমদা মীওইবা অমা ওইনা চৎলিবা মাগী লীচৎতুদি চংফম থোক্তে। তামোচানা হল্লকপদা ঙাইরমদে হায়দুনা যুমদা লাক্লগা চৈববদু ঐ থোইনা নুংঙাইতবা তৌরুদে। ব্রাফমদু তমসু তমনাংলুদে। অদুনা ঐ তমখিদ্রবনি। তুমিন্না পাউখুম অমতা পীদনা লৈবদুদা তামোচাদু নুঙাইরমগদ্রা নুংঙাইরমলোইদ্রা খঙদে। তশেংনা মানা হংবদুদা ঐ করি হায়না খুমগদবনো খঙখিদে। তামোচানা হংবদু খুমনীং খুমনীংনা খুম্বা ইকায়খি। লাযববী থম্বালসনানা ব্রাশকপদি নর্খিদে। অদুবু চাউবীবুদি অমুক্তংদি হায়দুনা থম্মোয়নুংদা শীংননীংবা ফাওখি।

থৌদোক অদু উহৌবা কনাগুম্বা খরাদা নুংঙাইবা ফাওবিগদ্রা? নৎত্রগা লাকচখিবগী নুংঙাইতবা অদুর্মদি শোয়দনা ফাওনবমগনি। থওইনা মীতা উশিত্তনা চাউবীনা তৌগে হায়বগী মতাগুম ইনাক্ত চঙশিল্লক্লগা তৌখিবনি, "তামোচানা অমুক লৌবা লাকখিনি হায়ব্রো?"

করিসু খল্লুদবনা ঐদি ইচম চম্না খুমখিবনি, ‘‘হোয় ।’’

চাউবীনা করেম্নবা মীনোক অমগা লোয়ননা অমুক হায়রকখি, ‘‘মীগী মচা লাইবক ফবা তায়বসি য়াবাপোৎ নত্তে । মণি মতুমদা খুদি দোক হেক থী ।’’

মকপ মপাঙ অনী অহুম ব্না নোকই । মবৌ লৈবা মাগী ব্নাহৈদু হান্না শবৌ শিন্নবা মাল্লি । হান্নদগী হৌনা কবেম কথায়নবগী মওংদা সুম লৈরকপনা ঐগী মিহুল কাঙলকই । অদুবু ঐ পংকন কন্না হায়বদি নত্তে, ‘‘চাউবী নঙগীদুদি হেনমল্লি ।’’

যাম্না কল্লক পেন্না হায়হৌরগে মতাগুম চাউবীনা হায়বকই, ‘‘নঙনা কোন্সম মচান । তামোচানা যুমখাম মচানি। নৎত্রানে ? অদুগী ব্নানিদা । মী লোইনা খঙনবদো ।’’

তৌফম খঙাখদবা থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইবা মতৌদো করম্বা মতমদা কাউবা ঙমগদগে ? ঙসিসু অদু মঙায় ঙবাংতা থোকাখিবা থৌদোক্কুম মিত্রা শং-শংনা উর্বা । চোংশিন্দুনা চাউবীগী মশমদু ফদৎ ফদৎ ফোয়দৎনীংখি । মঙক অদু ফৎ লৈথত্তুনা থুদেকপা ঙমগদবা মাল্লি । ভেরেন্দগী উখোংদা ঙাদুনা কোক অসে পাযদুনা কযাম কুইনা ফমখিবনো ঐ খঙহৌদে । জ্ঞান তারকপদা ইনাক্ত সনাতোম্বীনা লেপতুনা লৈবম্বদু ঙর্কাখ । মহাক্লদি থৌদোক্তু খঙদবনিনা ক্লাস য়াওখিসি হায়দুনা ফনা কন্না খামখি । অদুবু ঐদি ক্লাস য়াওরমদনা য়ুমদা অদুম হল্লকাখ । ঐগীবুদি মফবে লায়রবীনি । কনাসু লৈজদবীনি, অমহাগী অমহানি । নোংমা মফম খঙহৌদনা মখোঙ খঙদবা থৌদোক অমদা অদুম লোইবগা লোইরে । মীগী মচাদি পাখংনি মমল য়াম্বনি । মমা মপানা মণিগুম মুক্তগুম থমজরীবনি । ঐঙোন্দ থোক্লিবসিগুম তামোচাদসু থোক্লম্লবদি ফনা শাউগন্দে হাযবদু মঙায় অতেবা ষলনা শাউবকপগুম অফ ফত্ত খঙলক্তবা য়াই । হিংচা য়াইতম্বা ওল্লক্তুনা মীকা খৎনরুববদি কমদৌবা ? মাঙজরেদনা !

থোঙ গে লাউনা হাংদোরকপদা খংপ্রেক খংই থম্বালসনা । ফনা ব্নাংনা চোংখংলি ফমুংদগী । খুৎতগী তাখিবা মিংশেলনা লৈমায়দা মচেৎ মচেৎ তানা কাযবগুম হৌজিক ঙাইহাক্কী মমাঙদা মঙলম্বা মঙলান অদো কায়খবে । অঙাং অমা তফিং তফিং চেনশিল্লকই ।

‘‘ইচে সনা, ইচে সনা ।’’

‘‘তপ্না লাকউ য়াদ্রা তোম্বা । খংপ্রেক খংই ।’’

"ইচে সনা, ইচে, পুপুদো গাডীনা থেংহৌবে।"

"হা! কদায়দা? কবি গাডীননো? কযাম থীনা শোকহৌগে? নঙ উবকপবো?" থম্বালসনা মমা মচানা পাখৎনা হংনবকপা হ্বাহংশিংনি।

"আ... আ য়ুম্নামগী চুথেক্ত। ঈকা যাম্না থোকহৌবে।"

হৌগৎপদা মকোক ঙাওদুনা মকোক পাযদুনা মমানা থম্বালসনাদা পাখৎনা হংজৈ, "ইবেম্মা নঙ অমুক্ত চৎলুনহে।"

অঙাংদুনা মাঙ থাই থম্বালসনানা তুংদা চেনবোই চৎপোই চৎলি। মচা লৈশাবীনি। কোহ্নোং বাংমা লাহ্নোকহন্নিংদ্রবা বাবক বাতেমদুনা থমজবিবনি। অদুবু, মপানা শোক্নে তাবদা থম্বালসনাদো অঙাওবীগা পাংখক ওইখবে। শবক্ত চৎকদৌবিবনি শমচেৎ হাৎতোকখিগে মিংশেল অমুক্ত যেংখিগে হাযবগী ব্রাখল কাউখি। তেক য়েংবদা থম্বালসনাদো লৈশাবীবা নৎত্রগা লৈশাবী অঙাওবীবা হংনীংগনি অউবা, খঙদবা কনানা। তনৌ-তনৌনা লৈশাবীগী ফিভম মুর্তি কাযজদ্রিবী থম্বালসনাবু উবদা কনানা লৈশাবী নত্তোদি হাযগদৌবিবা? লৈকাইদা শক-চু চংখোনবদা খুৎ গেক্তুনা পানবদা যাওর্জাবননি। লমচৎ শাজৎতসুনি। তৌবতবু মচা কাযনববী ষনবীনা মমৈ থেক্লৎতুনা মঙক থাঙ্গৎতুনা চেনবা মতৌ গুম চেনবদুদি ফিভম অমা তৌখবে। লম্বীদুদা মহাক কনাবুসু উবা লৈতে। মীযাম তিল্লিবা মফমদু যৌনবা হোৎচিল্লি। মীবক্তুদা লিংশিন্দুনা মপাবু যেংই। মপাগী কোক্তগী তাবন্নিবা ঈযামদু উবদা থম্বালসনা কোকচাউবী ফুং কায। তন্দন পাই। মপাগী মশা পাযদুনা নোমদনা পাবা পাবা কৌই। তাদে। খুন্নক্তে। মীযাম্না যের্গলি।

লৈপাকপোকপা

২৬/০৯/১৯৮৯

# উমংগী ৱারী

নুপী অদুবু লৈবমখিগদ্রা। কবিগীনো ঙসি ফাওবা ঐনা মাবু নীংশিংদুনা লৈবিবা। ঐবু মাগী মফমদা কযা যাম্না লানখ্রবগে। ৎম অদুদা মহাক্না মতৌ কবম্না লৈবল্লিবা। মানা ঐবু উবগা কবিগী নোংফেৎ তৌবকাখিবা। মহাকপু ইতৈমা ওইবিদবনে। নংত্রগা, মশক মান্নবা ওইবিদবা।

নুমিৎ মনিনি ঐনা হোটেলদুদা লৈখিবা। মহাকপু ঐগী কাদকা চঙলকখিব্রনে। নীংশিংবা হাযবত্রু সুপ্নগী হোটেলদুদগী থোবকপা মীকুপ অদুখক্তনি মাগা ঐগা থেংনখিবা। ঐনা মেনেজবগা ঙাঙনবদু তাবগা মহাক নোক্তং নোক্লকখি। ৱাহে মচেৎ অমতসু ঙাঙলক্তে। নংত্রগা ঐনা যাম্না হৈবা শাদুনা মাগী মবোল ঙাঙলুবদুদা তৌববজাংলা। মফমদুদা মহাক্তি কবি তৌরম্লিবনো। ঐ হংলক্তবে। ঐদি মাবু কাউকঙ্ববনি। ঙসিতা মাবু মাম শাম নীংশিংলক্লি।

মানি ঐনা মাবু মন্ধ কোকহনখিবনি। লৈকাইগী মৈবা পায়বীনা মঙোন্দগী যু ফাবদগী মাগী মন্ধ কোকহনখি। মঙঙ লল্লি যান্দুনা যু যোনবীনি হাযদুনা মগন্ত লাউজহন্দুনা লমজাও শোবোক্ত চংহনখি। মীযাম্না মতুংদা ইন্নখি। মহাক্না মীযামগী অপাম্বগী মতুং ইন্না মীয়ামগী মমাঙ থাদুনা চংখি।

কুইববনি লৈকাইগী ইনেম ইন্দোনশিংনা হাকংলক্লিবা, "মানা শিন্দুনা লৈকাইগী হল্লকপী মৌ নহাশিংগা পাখঙ মচাশিংগা তোযনা তোযনা উনহল্লি। মহাক্কী লৈবিবা মচা অহুম মবিদুসু মপা অমতা তিন্নদে। ইকোন কোনবা নুপা অদুসু জেলদা লৈখ্রে হায়। নুমিদাং নুমিদাং মাগী ভাবাগী কাদা করিগুম্বা মতমদা নুপা অমা অনীগা শানৈ যুনৈ।" অসিনচিংবা কযা কয়ানি। লৈকাইগী অহল লমনশিংনা লৈকাইদগী তানখোক্লিংবা কুইববনি। প্রমান ফংদবদগী ৱানা খাঙনবকপনি। নুমিৎ অদু মহাক্কী নুমিৎ শুখিবনি।

লৈকাই মযাম হৌবক্লবনিনা মহাক নুমিৎ তবেৎনিগী মনুন্দা লৈকাই থাদোক্কুনা চৎপা তাখি। অসুম্না মতম খবা মানা শাইদাংদুনা লৈবম্বা ঐখোযগী লৈকাই থাদোক্কুনা চৎখি। নুমিৎ অদুদগী মহাকপু উখিদ্রবনি। মহাকপু চহি অহুম মরিগী মতম অসি নীংশিংলুদ্রবনি।

মহাকপু লৈকাই থাদোক্কুনা চৎনবা ব্রাবেপ ইখিবা ঐবু নোংমা মানা কৌবকখি। মাবু মতম খবা ঐনা কনখৎতুনা থমখিবগী থাগৎ ব্রাহে খবা হাযবমগদৌবিববা খন্দুনা ঐখোয অনী চৎলুবনি, ঐগী মকপ চন্দ্রমনিগা। মদুমাক্ত ওইবমদবে। মাগী হৌখিবা পুন্সিগী বাবী তাবীনবগীদমক কৌবা ওইবম্মী। অখণ্ডবা নৎত্রগা তানীংদবা কনাদসু মহাক লীনীংলম্লোই। মাবু খোঙগোযনদুনা চৎখিবা নুমিৎ অদুদা ঐনা চৌখিবা ঙাঙখিবা মযাম অদুগী শেংদোক্লিংবা ওইবর্মখি।

উপাই ফনা লৈত্রবসু মানা লৈকাইদা লাক্লগা তৌর্বাববা থবক মযামদু লৈকাই মীযাম্না যাম্না শাউনিংখি। ফত্তবা মযায কাবা চীঞাক যোন্দনবা কযাবক হন্না হার্যখি, থওইনা তাবা লৈখিদে। তৌগে হাযবগী মতাগুম তৌখ। শাউনীংবগী মযাযনা মীযাম্না ব্রাহং কযা অমা হর্খখি। মক কোক্লফাওবদা পাউখুম পীখিদে। নুমিৎতুদা পীখিদবা পাউখুম চন্দ্রমনিগা ঐগাগী ইফমদা পীবর্মখি।

মহাক্কী অহানবা নুপাদু বাজাবদা দুকান ফম্বা যাওই হায। মখোযনা মযম পানবা নৌবিঙৈদা নোংমা মযুম হল্লকপদা লৈখিদর্বনি। মহাক্কী নুপানা তোংলকপা বস অদুনা লম্বীদা ফুমদুনা লৈবম্বা বোম অমদা তকলুবদগী পোখাযবকর্পনি। বসতুদা তোংলকপা মীওই অযাম্বা মতৎ মতৎ তত্তুনা শিখি। হিংহৌবশিংদস অযাম্বনা শোইনাইহৌখি। পুলিসনা বোমদ টেবোনিষ্ট কাণ্ব অমনা ফুল্লম্বনি হায। অশেংবা অমা খঙদনা অদুম লোইশিনখি। এক্স গ্রেসিযানি হাযদুনা সবকাবনা পৈশা খর্বাদ পীবর্কখি। পৈশাদু মুন্নবদা ইমুংদু লাল অমা ওইর্নাখ।

লৌখিদ্রবা মপুবোইবগী শোবাৎ হেক লোইবগা মখৃৎতা শিকি অমা ফাওবা লৈহৌখিদে। ইমুংগী অহল লমন লৈববসু খবা ফগদবা। মচীন মনাও অহুম মবি শুজববসু অহল লমন লৈতবনা কনানসু বাবক ব্রাতেম তৌবীদ্রবা ইমুংনি। শোবাৎ লোইববা মতুং হপতা অমা ফানা ইমুংদুদা লেথবা ঙমদ্রে। মহাক মপামদা হল্লকপা তাখি। মপুবোইবা লৈত্রবা মতুং মহাক্লা যুমদুদা শাংথনা লৈনবগী হক লৈখিদে। মমা মপাগী যাথং ইন্দুনা মপামদা হল্লকখি।

মপুবোইববু ফনা নুংশিববসু নোংমা খবা কাউখি, নীনি খবা নীংশিংদা নোংমা নোংমা হৌখি। হপ্তা অমদগী অনী, অনীদগী অহুম ফাদোকখবে। কৈবোই লৈকাইগী মশুং মমান্নবীশিংগা চৎথোক খোৎতোকপা, হবাও কুম্মৈ যেংবা চৎপদা থোইনা চিংনবা লৈবক্তবে।

নোংমা লৈকাইগী মনেশিং অমখক্না ইখঙ খঙহৌদনা রাফম অমখক হৌদোবকখি হায়, "ইবেম্মা নঙ য়াদ লাক্তবা তৌনুকো। খুদোংচাবা হাযবসি অনীবক শুনা লাকপা হৌনদে।"

"করিব ওইববনো ইনে?"

"ইবেম্মা নঙবু বাবৈনা অমুক্ত খঙনসি হাযবিনে।"

"ইনে ঐদি যুম পাল্লুববীনি।"

"মদুসু মানা খঙই। মানা নঙবু লৈশাবিউদগী খঙই হায। নচা অমা যাওবকপসু নত্তে। কবি কাযগে অদুবো?"

"পাখঙনবো অমা লৈত্রবজাৎলো ইনে?"

"খঙদে খঙদে মানা কন্না হাযখ্রপোৎনি। অমুক্ত শেন্দোকনৌ।"

অসুম্না খঙনকব্বদগী নুপী ওইবীগী ইজৎ মাঙহনবীখি মশিং খঙখিদে। মাবোল্লকপা থা অহুম মবি ফাবল ফাওবদা থাজহনদুনা কোযপু পুবীখি। অদুবু থা মচা তকক শুনবদাদ তশেংনা মাঙাখ। অমুক্তং উননবা হায়দুনা থিবা যাবা থিখি। লৈকাইদুদা পৈশা পাযনদা মমং লৈবক নুপা অমগী মচা বাবৈদু থিবা খঙাখদে। হংনকবদদি নপান লমদা চংখ্রে হাযনবকই।

কবমদি ...ইীন? অপঙবা অপঙবী মমা মপাদা মীনশ্না তাখি। মাগী হান্নগী নুপাগী মচানি হাযনা খুমখি। অসুম্না অবোনবা মচানুপা অমা ফংখি। মৈবু ফিনা কযাম কুইনা কুপতুনা থম্না যাগদগে? অবোনবা, মীগী ফত্তবা রা ঙাঙনবদা হেন্না ...বায যাওবা মী ওইবনি। নিনফুং নিনফু ঙাঙনবকখি। মচা পোব্ল লবদি মযুম পানখবা যাদববা? মীগী পাউনিলখোল তাবা ঙম্লকএবা মমা মপানা শিনবীদুনা নুপী লৈখিদ্রবা নুপা অমদা অমুক থাজবরে।

হিংনবা হোৎনবদা মাগী নুপানা বিক্লো থৌগে হাযবে। মখোয় অনী যানাদুনা ইস্কালদা লাক্কে। ভাবাগী যুম অমদা লৈদুনা পুক্সিগী লালবু থেংনবা হৌরবে। পৈশা পাযদ্রবসু অনা অযেক যাওদনা মতম খবা মখোয অনী নুঙাইনা পানখি। লৈকাইগী মীশিংসু খঙনবে। ভাবাদা লৈমিন্নবাশিংসু মচীন মনাও ওইনা তিন্নবে। অবৈ লৈতা হংনদুনা চামীন থকামন্নবে। হৌখিবা পুক্সিগী অবাবা তংকক কয অকাওবগী লৈবোম্লুন্দা তপ্না তপ্না লৈবোন চনাশনখবি।

মখোয অনীগী মচানুপী অমগা ফংজদুনা অঙা, অনীগী মমা মপা হাযবদু ওইবে। মচা অনীগী কুম্মৈনা মখোয অনীগী অন্না পোত্থানফম ওইরবে

থগনবা কাদা লৈবা ইবোথেম্মা নোংমা তাল্লক অমদা ঈশিং থক্কে হাযদুনা চঙলকখি। কবম্না অচেংবা তাঞ্জাদা খুদোংচাবা অসি লৌখ্রিবনো খঙদে। মী অতৈ

লৈনদবা তাঞ্জা অদু ইবোথেম্মা লেম্মা মাঙহনৰিদে। মহৌশা মহৌশা ইতৈমা সিমানদি ইচম চম্মা খল্লুবনি। অদুবু নুমিৎতুসু ইবোথেমগী মখুৎ অমুক চনখরে। নানথোকপা ঙমখিদবে।

মতম খরা লৈবগা নোংমা ইবোথেম্মা য়েন পুবক্তুনা মখোয়দা চাক চামিম্মে। নুমিৎতু মাগী নুপানা খবা হেন্না থর্কাচনখ্রমাল্লে, চাক হেক তোকপগা ব্রানথখ্রে। কৌবগা তাদে। ইবোথেমসু হৌগৎপগা ঙমদনা লৈমায়দা তাদুনা লৈখি।

মানা থবক ইনখাং লোইশিন্দুনা তুল্লগে হায়দুনা ফমুংদা কাখৎপা মতমদদি ইবোথেমসু ফমুংদা কাখৎলকখি। মহাক তশেংনা পাখৎলি। হৌগৎতুনা ফমুংদা থাংগৎলল্লবা মাগী নুপাবু অমুক য়েংর্লানি। উতুপ তাগুম তাখ্রে। মচা লেঙখিদরে। নুপানা জ্ঞান মপুং ফানা মাঙখ্রবদুদদি মাগী থিংলম্লা নুংশা শ্বর মপুং ফানা হোনদোকখি।

লাইবক থীবদি ইবোথেম্মা মাগী ফমুংদা কয়াম কুইনা লৈখ্রবনো খঙদে। মাসু জ্ঞান অমুক লাক অমুক মাঙই তৌখিবদু অনীরক অহুমলক্তি শুখি। মহাক্কী নুপানা খঙলাউ লাউবকপদুদা মহাক খংপ্রেক খংখি। জ্ঞান খংলাক লাকখি। নোংঙাল্লমদাইগী আলা লাউদুনা লৈরম্মী। অদুবু খংনবা মীকুপ্তা জ্ঞান অমুক খংমাঙ মাঙখি। ইবোথেমবু মথক্তগী খংইন ইনথোকখি। ইচাই চাইরবা মফি মরোল খোমজিনবা লাক্লখি। মাগী নুপানা মকোক্ত মখুৎ পাযরদুনা লৈমাইদা তপ্লা ফমর্থখি। মাগী নুপাগী খোল্লাউ তাবদা থংনবদা লৈবা মীয়াম চেনশিন্নবকখি। ময়াম্মা ইবোথেমবু কোযথৎ থৎলি।

কয়ারক হন্না কপচৈ হাযজৈ হাযবদু মঙাই উপাই লৈখিদে। নুমিৎনা তবং তবং থোরকপা অঙনবা অশেংবা অযুক্তো মাংথোকপিখি। কৈন্যা কৎলবা তুং তুংথা মাঙথা থোরকপা তাখি ইবোথেমগা মখোয় অনী। পিক্লিবা মচা অনীদু মখোয় অনী অমমম পন্মী।

অসুম্মা থেক্লা খোয়না চেনথরক্লিবা ঈচেলনা অঙাওবগী মতৌগুম তাক-তারুবা মফমদা অকনবা শাফুগা লোয়ননা থেংলুবি। অঙকপা অকিবা অমম্বা মফমদা করম্মা কৈদৌঙে তারুগনি খঙদে। নোংদম্বা মাগী খুৎশেমগা অসুম্মা অসুক য়াম্মা খেন্ননা করিগী শেম্বীরিবা? অৱাবা খুদোংথীবা নংলবা মীদতা কবিগী হনজিন হনজিন অৱাবা তাহল্লিবনো?

শিগে হায়রবসু হেক শিঙমদবা মীওই মপোক্রি। নুংঙাইথোকপা হৈরগা অৱাবা কাউই হায়নৈ। ঙক্ত থৌবি কোঙ্গোয় হুকচীনবীদুনা উদা য়ানখৎতুনা থম্বীরবা মহাক্লা করম্মা নুংঙাইথোকপা পেছোকপা ঙমগদৌরিবনো?

চহি মবিরোম ইবোথেমগা লৈমিন্নখি। ইবোথেম্না কবি থবক শুবিবনো হায়বসু মযেক শেংনা তাক্তে। পৈশাদি অদুম মপুশিল্লকই। নীনি মবক হুমনি মবক চাবা থকপা কোন্নবা পী। কবিগুম্বা নুমিৎতা থেঙনা হনজিল্লক্লবসু হল্লক্তবা নুমিৎতি নোংমতা যাওখিদে।

নোংমদি ফনা থেঙনা চাদা থক্তনা ঙাইবফাওবা হল্লকখিদে। লৈমিন্নবিবা মীওই অমা অনীদা তাক্তুনা যেংই। মখোয়সু ঙাইহাক য়েংলম্লগা থেঙলবদুদদি নোংঙাল্লগা থিবা হায়দুনি হাযনবগা চৎনখি। খুদোংথিবা কযানা য়োমদুনা লাক্লবা পুক্সি ওইবনা মীকুপ অমা মিৎ উইশিনবা যাখিদে।

নোং ঙাল্লগা থিনক্ববদদি পুলিসতা লৈবগ্লে। মীগী গাড়ী হুবাল্লুবগীনি হায়। মযাম চঙদুনা ফুবগী মমায মমিৎ ইকায কাযদুনা লৈবম্মী। মশা পুল্লমক ঈপোপ পোপতুনা ঈহিং নাইহিং শাবম্মী। লৈবল্লিবা ফিভমদু উবদা পি তাখিবা খঙহৌদে। মশক উববদুদদি কবি থোকপ্লবগে খন্দুনা ৱাবম্লা থৱায অদুমদি খবা পোথবা ফংখি। থাদোকপীনবা ফনা ঙাঙনববসু যাদবে। চৈদুম চৈবকই পুলিসনা। খছুকববদি কনানা ইকাযবা ফাওবোইদগে?

উপাই লৈতে। কোর্টকী ৱাযেল ঙাইবা তাবে। কোর্টকী ৱাবেপ্তা জেল চঙবা তাবে। কোর্টকী ৱাবেপপু কনানা ককলুগনি? মীগী মপোৎ মবল শিংলুবদি লাযবদনা উকিলগী ফি পীনবা পৈশা ফাওবা লৈজদে।

নোং-ফাদোক হবাও মীনোক তমলুববসু থংনবা মীকুপতা কবি থোক্লগদগে খন্দুনতা লাক্লবা পুক্সিনি। অৱাবা খুদোংথীববু অদুক্কী মতিক পামজদ্রবসু শানথোকপদি ইঙম ঙমজদে। মাগী মশকক ওইনা তমদুনা লাক্লবা অৱাবদা অনৌবা মথেল অমা ওইনা অমুক হাপচীল্লবে।

মচা মবি থাক্লবা পোৎলুম অমা মাগী কোকথক্ত থোংগৎলবে। কনানা মতেং পাংবীগনি? পিশক পিক্লা লৈহৌবা মৌপ্পানুপা অতোনবনা চাউবক্লদুনা খবা খবা যেংবীবকপা নত্তনা মপামদসু খোঙ্গুল তাক্ববা ঙমদবে। কবি উপাই তৌদুনা মচাশিং থাক্কনি? নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাব ফাওবা হজিবা শুবা চৎতুনা হোৎনবদা কোন্নবা ঙমগদবা? পীক্লিবা মচাশিং কনানা যেংশিনবীগনি? চাদ থক্তবা যাবোই। পীক্লিবা থৱায মচাশিং পীজদবদি ঙম্লোই।

উপাই অমা থিদবদি যাবোই। উপাই থিবকপর্দনি মহাক্লা ঐখোযগী লৈকাই যৌবর্কখিবদু। উপাই লৈজদ্রবা মহাকপু তাথী তাওইনা তৌবদু ঐ তশেংনাদ পামখিদে। অদুবু কবিদি উপাই লৈ? কবম্না মতেং পাংলুগনি? ঐ মহাক্কী কনানো? ঐ ইতৈমাগী ৱাবী তাবদা থবাযসি খংশোন শোছুখিবোই নীংই। মতাং অমদা তাখিবা পি মহাক উখিনি খন্দুনা লোন্না তৈথোকখি।

ঐনা ঙস্না হাযববু মাগী ভাবাগী যুমগী দিপোজিৎ ফাওর্বাদ ঐনা ঙাঙনদুনা হনদোকহনবীখি। ঐনা অঙস্না মতেং ওইনা পৈশা খবাগা পাংবীখি। ঐনা তাখিবা বাবেপ নত্তে। ঐদি ইদবা যাদদুনা মযাম্না হাযবদু ইখিবনি। হাযহৌবা ফৈ খন্দুনা ঐসু হায্‌খ। মহাক তাখিববা তাখিদববা খঙদে। হাযববুদি ইতৈমসু হাযবম্মী, "ঐ কনাদসু কবিসু ব্রাবৌদে। নতৈমগী লাইবক্লনি।" ঐ খোঙ পাক হেক থাংদোবকপা ঙর্মখিদে। অদুবু, ঐ মফমদুদা কবি তৌবা লৈকখিনি?"

ইতৈমদু শিদি শিবমদবি। হৌখ্রবা থৌদোকসে ঙর্সিদি নৌহৌননা অমুক নী শিংলে। কবিগীসু নীংশিংলোই? কবিগীনো নুপী মহাক্না উমংদুদা লৈহৌবিবদুবো? কনাগা লৈবিবজাংনো? তাদা ইবোথেমদুবু জেলদগী থাদোক্লবজাংলা? নংত্রগা, নাম্ছোবক্লবাজাংলা? কবম্না উমন্দুদা মথন্ত লৈগনি?

নুমিৎ হুম্নিখক লৈবদু নুপা ঐ ফাওবা কিখি। উমং মনুংদুদা অতিযা পক্লা বাংলনা ফজববা ফুবা দল্লাল, যুম কৈ, মযাম অমা লৈবম্মী। অদুব কাবগীনো অযুক নংথিলদা ফাওবা মী অমতা শোবোক্ত মনাং তম্না চৎপা ঙম্‌দ্রবা? চৎকদনা লৈববসু শঙ্গু শঙ্গু চৎনকববগা মযুমদা শৎ শৎ চঙর্লখ। নাইতোম কনাসু চৎনবা উদে বাখল চোইববা অমা অনী নত্তনা।

মকুপ মপাং ওইনা নুংশি চান্ননা অমগা অমগা বাবী শানবা উদে। মতেং পাংনবা উদে। অযুক নুংথিল নুমিদা খাযদনা মীকপ মীবা ওখোলতনা পিক থাল্ল। যুম অমতা থোঙ হান্দুনা মীকুপ অমতা লৈবা ঙল্লদে। নুপী ওইবাগী হুজংপ ইকাযখুম্নবীবগী বাখল লৈতে। ইজৎ মাঙহনবীবগা হাংতোকপীবর্গা মখল মখা কযাগী ব্রাবীনি। কযাদা নুংঙাইনা হিংবা মান্না হিংলবা মতীংনো? অঙকপা তাইবংপাল অর্মন।

ঐদি উমং হৃদুগী নিংঙৌগী অযাবা যাওবগা চঙলবনি। মহাক্না ঐগীদমক চেকশিল হৌবাং লৌখৎপববসু মীকুপ খুদি গী মিপাইবদি হেনখি। লমদম অদুদা চৎনবিবা মী ওইবগী থবাযগী মমল লৈতবা চৎনবী অদু অদুক্কী মতিক তক্কচবকখি। অদুবু, লমদম অসিদা চংনবিবা চৎনবী অসিগদি কাবদা খেৎনবিবগে? মবম অমা নংত্রগা অমা ওইববসু ঐ মফমদুদা মতম শাংথনা লৈবা ঙল্লকখিদে। ঐ ইতৈমা সিমাদা বাহৈ অমতসু হাযবমদে। বাহৈ অমতসু হংলমদে। মহাক্লি খঙলম্লবদি হংলম্মসু যাবনি। খুদক্কুদদি নীংবফাওবা নীংশিংলুদে। মহাক্না ঐবু কবি ওইনা খল্লমগদগে? নত্তে, ঐবু উমন্দা লৈবা অঙম অঙস্না হাংতে ক্লবা শাহিং ঙাহিং চাবা....'

থাংজ

১৬/০৮/০৮

# পাউখোং অমা

ঙসিদি ছুটি নুমিৎনি, থবক খবা শংবগুমসু তৌই। নীঙাই চাউবা ইচা তোম্বীগা তম্বগসু পৈশা পীযু অচাপোৎ লৈনীযু হায়না যেৎলদ্রে। মথৌ মথৌদা পুক্রিং চঙখ্রমাল্লে। তৌবগীবুদ্দি মপাগী হাযবা ইনবা মচা ঙাক্তনি। মখোযগা মবক মবক্তা মবৈ যেৎনবসু অদুম নুংঙাই। অদুম, শাউনীংবা তৌফম খঙদবসু যাওবক্তবাদ লৈ। ঙসিদি কদাযদনো অমা ঙাইহাক চৎথোক্লীংই। স্কুলগী ওজা মচা অমা ওইকর্বানি হাযদুনা তৌকবদগী অঙাংতগা লোয়নদুনা লৈকবদগী ব্রাখলসি ইফক ফকটীনবগুম তৌখ্রে। নোং-ফাদোক ইমান্নবা অমা মনী উনদুনা ব্রাবী শান্নবদা মঙাওবা তাগে হেক হেক তৌবে। অসুক যাম্না পঙাখিদব্রা খল্লি অদুঙে ছাত্র ওইবিঙেদ্দি। দিবেটিং কমপিটিসন, এসে কমাপটিসন কযাদা মনা ফংখবনি। চাহি কুন কুম্থমুকসিদা যাই থাখ্রবা ঙাওগুম পুংপঙ পঙখ্রে। মসিদা চাদা থক্তবমখৈ অফংবা ৩লব খবা আস নুপীদা খবা পী খবা পীদা অঙাংশিংদা খবা উহন খবা উইনদা তৌদুনা স্কুটব অমা লৈদুনা তোংলিবনিকা হাযদুনা হাযফেৎ পোঙজবিপোৎনি। খল্লুবগা নোক্লীংবা ফাওবকই। ক্লাস টৈন ফাওবা পাস তৌখিদবা নোংযাইনা জিপসি অমা তোংদুনকা নহাল নোংমা লাকই। চোপ্লু চোপ্লম্লি। কবি ওফিসতা লৈবিবগে হংলমগদবা খজিক্ত মঙায। শেৎলক্লিবা ফিজোলদুগা ড্রাইভব অমবা হাযনা খল্লুবিবা ঐগী ব্রাখলসিসু খবদি লানখ্রমাল্লে। খঙহৌদনা অহোংবা মীকুপ অমদা খত্তোকখিবা লৈতোন অসিনা ঐবু ইকাযবা নংলমগদবদগী কলহৌখি। কুইনা উনকদবদুদা পুক্সিগী অবা নুংঙাই হংনবা হায়বসিসু হৌনশা ওইবমাল্লে।

"কমদৌবি, নুংঙাইবিদনা লোংযাই? অনা অযেক যাওদেদনা?" যাম্না কোইদনা হংলুই। তৌবগীদি ক্লাস টৈন ফাওর্বাদ যাম্না লুনা তিন্নবকখি। অপোকপা

অহলগা লৈখিদবগা মচীন মনাওনকা য়াম্বনে মখা তানা লাইরিক তমখিদ্রবনি। অঙকপা পুন্সিগী ব্রাখলগী ঈচেলদা ঐবু তাউথহল্লরে। কয়াদি কুইরে উনখিদবা? মতম অসুক শাংবসি নীংশিংনরুদ্রবনি। অদুবু অমুক নৌহৌনা উনহল্লে।

"নুংঙাইরি। উনদবসু কুইরে নোংমতসু লেঙথোকপীরকউদনা অশংবা অয়ুক অমদা।" য়াম্না তেনতক্না নোকফেৎ তৌনা খুল্লম্মী। মঙোন্দ অয়ুক্না খরদি খুদোংচামাল্লে অকক্লবা মতম অমদি থারম্মী।

"ঐ শোয়দনা লাকচগে। ইমাসু শোল্লম্লনি?"

মমাংঙৈ মখোয়গী য়ুমলৈ কৈলৈ মওংদু নীংশিংলুই। নুমিত্তুদা মহাক্না পোকহল্লিবা অঙকপা অদুমক্তুনা ঐ মখোয়দা কৈদৌঙৈনো য়াম্না থুনা শোয়দনমক্কী চৎনীংহনখি। খঞ্জানরিঙৈদা মহাক্না মখা তারকই, "য়ুমদি খঙলরোইদো?"

"করিগী নীংশিংদনি হায়গে?"

"হান্নগীদুদা লৈত্রে। ঐ পাউগসু অমতা তাকহৌদ্রে। লাকপীগে হায়রগাদি কাবো লম্পাক ফাওদং লাকপীবা তারে। অদুগা, লম্পাক্কী নাকলদা চঙলিবা লম্বীদুদা হাইজিনবীরকউ। থোঙ্গাল অমা অনীদং চঙলক্লগা হংবদা অদুম খঙলনি।

চীনবান্দদি থোক্কে। পুক্লিংদা খল্লুই, "কাবিগীনো অদুক লাপনা?" অদুবু, চত্তদি চৎলগে লেপলুই নোংমদি। অদুনা খুমদোকলুই, "হোয়, ঐ লাকচগনি।" মানা ব্যবহার অসুম তৌরকপদুদা ঐসু অকোনবদদি ইকাযরক্তুনা ব্যবহাব মতেক অমা তৌরুই।

অচীনবা থবক অমা লৈহৌরি হায়দুনা মহাক চা ফাওবা থর্কাসি য়াদনা চৎখীবনি। ঙসিদি মখোয়দা য়াম্না চৎনীংবগুম্বা অমদি তৌরে। অদুবু, থেঙদি থেঙখ্রেসে। হেরা থেংনদ্রবসু নোংমা অমুক চৎলবসু য়াই। মা থেংনদ্রবদি ইদি ইকায়নিংসে। অতৈদি কনা অমতবু খঙনররোই। ইমাদুসু অহল ওইরম্লনি। শোন্দুনকা লৈবল্লবদি ঐবু লাকশিনবা ঙম্লরোই। ঙসিদি নুপীসু ইশৌ লাংলক্লে। খরা থুনা অমুক্ত চৎহৌরুখিগে খন্দুনা গাড়ী তপ্না ইছোকই।

ঐবু নহালমখৈ অশং অমানসি অমুক্ত উখিদববানে? ঙসিগুম্না পুক্লিং নুংঙাইবসি অমুক্ত থেংনখিদে। পোন্দা ফাজিন্দুনা থম্বা চেক্লাশিংনা নোংমা পোং দগী নাছোক্তুনা পাইথোরকপদা অসুক য়াম্না নুংঙাইরম্লিকো খল্লুবদা মখোয়বু নুংশিরুই। ঐ ঙাওদি ঙাওদ্রিমাল্লে। পুক্লিংসি ফাথদুনা ঙাইহাক লাক্লে।

"ষন্নাউ মপী মচাসে গাড়ী মমাঙদা চেনশিল্লক্তনা তোক্লরনি। হোর্ন খোংববু তাদে তৌরিসে।" ঐ খরা তপথৈ। মখোয় করি অমতা নাচুংদে। (করিনোনে ষনবীসিনা য়েংলিবসিবো?) ঐসু য়েংনীংবা অমা পোকই মানা য়াম্না থব্রায় তানা য়েংবদুদা। গাড়ীদু তপথরে। হাইফেৎ নকশীন্দ্রনা য়েংই। করিগুম্বা অমতা লৈবা উদে। উরিবা হায়ববু মল্লবা য়ুমদগী ফকলাংদো ইশে শেগায়রম্বা অদুতনি। গাড়ী খাম্লগা ঐসু হাইরপ অমুক য়ুময়াদুদা চঙশিন্দুনা য়েংলুরে। ঐনা তৌরিবা মতৌদু নাকলদা চৎখিবা মী খরনদি শোয়দনা উরম্লনি। অদুবু, ষনদুনা শেগায়রবা ফক্লাংদুদা অদুক মুন্না য়েংলিবদু করিগীনো: এনা চপ য়ুংখৎলি। ঐনা মনাক্ত চঙবদু ফাওবা মমিত্তু ঐঙোন্দ খজিক্ত ফাওবা চোইথোরক্তে। মমৈ অদুতনি মাগী মশাদুদা লেঙহৌরিবা হায়ববু। মচাদুবুদি মচানি। মপীদুদা অমুক ঙাই, শজিক অমুক চায়, চোং ফন শান্দুনা জগোয় অমুক শাহৌই। মচাগী মতৌদুদা ফাওবা ষনবীদো ব্রাখল করিমত্তা কাযহৌদবা মাল্লি।

মানা য়েংলিবদুদা চপ য়ুংনা অদুম হেন্দুনা লৈ। করিগুম্বা মীকা ওইনা পোক্লবাদি অফাওবা বৈজ্ঞানিক অমা ওইরম্বসু কনানা খঙবা। কদোমদগীনো ঐনা ব্রাখল অমা লার্মশিল্লুবি। কবো লম্পাক হেক উবদা মঙফাওনবগুম তৌই। লম্পাক্কী নাকলদা লৈবা লপ্পী হায়বম্মী অসি ওইবতাই খল্লিঙৈদা নুপা মচা অমখক থোক্লকই। নোংযাইনা হাযগুম্মদনা মাগী যম হংবদা থোইনা ব্রাদে। থোঙ্গাল তরামুক চঙলগা চেক্কী মথোন অনী শাবা দলাল অমা লৈবনি হায়বম্মী নুপামচাদুনা।

অঙাংদুনা হায়বগী মতুং ইন্না হাইরপ মান্নবা য়ুম অমদি উবে। কৈদৌই হাযবগে হেক্ত চঙলগা লোইবে খন্দুনা থোঙ্গালদা শৎলৈশিল্ল। গেৎ লোল্লমদে। মী ইচিক চিকই। অমুক হংনীংঙাই কনাসু লৈতে। মুমসু থোইনা কুঙনা তাদে। ঙাইহাক অসুম লেপ্পী। নত্তে হাযবক্লগা অমুক থোরক্লবসু য়াই খন্দুনা অমুক চঙলে।

শুমাঙ মচী হেক যৌবদা ইমাদো মাঙ্গোলদগী শুমাঙদা কুমথরকই। শকফমবু ইকায কায়বমদ্রি। ঐনা খল্লুরিবদুগা এক্ষোক্রা খেৎনবম্মী। ঐনা যাম্না শঙনা যেংবদুদা ঐঙোন্দ মুম্না য়েন্দুনা লৈ। ঐনা ঐ মেবাজাউনি খঙলিবরা হংবদা নীর্ংশংলমাল্লে ইমানা হাইফেৎ নোকফেৎ তৌবদুনা, "হায়মা ইচাদি উদবা কুইবেদা। কান্ত্রিবু কাউরুরে।" হায়দুনা নোংয়াইবু কৌথোকই।

ইমানা, "নুংঙাইরিদনা ইচাদি?" হাযনা হংলকপদু ঐ খুমফম খঙাখদে। অতোপ্পনা লপ্পী লমখাঙদা হংলকপদদি নুংঙাইরি হায়না হেক্ত খুম্বনি ব্রায়

হায়নীংদদনা। অদুবু, ঐনা নুংঙাইহিরি হায়না খুল্লবদি মখোয়গী ইমুংদি করিবনি হায়নি? অৱা নুংঙাই হায়বসি য়ুমলৈ কৈলেনা খরসু তাকপা নত্রনে? অদু ওইরবদি মখোয়গীদুদি কোনুংমুক নুঙাই হায়বা তাবনি। অদুবু, মদুদি খরা হেনমনগদরা? কোনুং ফাওবদি য়ৌরম্লোইদা। ঙসাইমখৈদি থওইনবু য়েংলুদে। অসুম্না খল্লরুবা মতমদদি উরু উরু লৈদুনা য়েংনীংলক্লে। হৌজিক্তদা মপুং ফানা উরক্লে। য়ুম অদু অসুক য়াম্না চাউই হায়বদগী হেন্দোক্তুনা কোনুংদগী হেন্না ফজরম্লে। শঙ্গোয় অদু ফাওবা ঐনা পুম্নিগী শাবা ঙমগদবা মান্দে। ঐ খুমফম খঙদদুনা, "হিংনবা পংহোৎ হোৎনরি।" হায়দুনা অদুম খুমলে।

ইমানসু "হোয়, পংহোৎ হোৎনবা হায়দুনি। ঐখোয়গীসু নঙগী মরুপনা থীকানে হায়দনা মচা মশু খরা তৌদনা হোৎনবিবসিনি।" হায়না খুল্লকই।

ঐ মখা হায়ফম হংফম খঙদদুনা চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈখি। নোংযাইনা "কদায় কদায় য়ৌরুরবগে।" হায়দুনা ঐগী ইনাক য়ৌরকপদুদা ইমাসু কদাথদনো অমা চৎলুগে হায়রম্লগা গাড়ীদা কাখৎতুনা চৎখ্রে। নোংযাইনা ড্রাইভরদা গাড়ী তপ্না থৌ হায়দুনা শিন্নখি। ইমানসু করিনো খরদি হাযবম্বগুম তৌই নোংযাইদা। ঐ থোইনা তাহৌদ্রে ৱাখলসে করিনো অমদা ঙাইহাক্তং মফাং মফাং খল্লদনা। ঐনা নোংয়াইদা "নোংমা লাক্লে খনখিবদগী লাক্লিবনি।" হায়না খুম্মী।

ঐখোয় অনীদি ময়াম ফল্লিবা শঙ্গোযরেমদা চঙদ্রে। মানা ঐবু ময়ুমগী কা অমদা চিংদুনা পুশিল্লগা ফমহল্লম্মী। অদুগা চাক চারগা চৎখ্রো হাযরম্মী। ঐ ইকায়বোই করিবোই য়ুমদসু থোংহৌরে নোংমা চাসি হায়দুনা য়ানীংদর্বাদ উৎখি। খঙদে মমাংঙৈদি অদুগুম্বা ৱাহৈ ৱাতেসি মানসু হায়দবনি ঐনসু হাযদর্বনি। হায়বা হায়দবা হাযবা অমা লৈনখিদর্বনি। মাসসু মতমনা পুরকপা অহোংবশিংগী মনুংদা অমা ওইবা তাই। মহাক ময়ামগা ৱারী ঙাইহাক্তং শাকখিগে হায়দুনা ঐবু কা মনুংদুদা ইথস্ত থমলম্মী। মাগীদু ময়ামদু থাদোকখ্রগা ঐগা অমুক শাসি হায়বা ওইরম্বা তাই খন্দুনা শ্বর অশাংবা অমা হোন্দোক্লগা ফম্মী।

ফল্লম্বদগী হৌগৎতুনা কাদু ঙাইহাক্তং উরু-রু লৈদুনা অমুক্তং য়েংববু ফক্লাংদু মি ফজনা তাই। অদুগা লৈমায়দুসু অনানবা মার্বল ঙাক্তনি। ঐদি মহৌশাগুম করিসু খঙ্গহৌদরে। ঐগী মোৎলবা লৈখোম তৈবা খোঙউপতুগা শৎ হেক্ত কাখৎলে। ঐগী খোঙদা য়েংদুনা ঙাইহাক খঞ্জানৈ। তাঞ্জাদুদা অঙাং অনীখক পরপ পরপ গাড়ী নংহৌররোই মতাগুম থুনা য়াঙনা চঙলকই। অমনা নুপামচানি। খজিক্তং চাউবা হেনবা নুপীমচা অমগনি। মচীন মৌপ্না ওইরমাল্লে।

মখোয় অনী চঙলকপদুদা ঐসু ফমথরে। খঙনবা খঙনদবা ইনাক্ত হেক্ত চংলকই। অদুগা "কাকা সিনা ঐনা জগোয় শাবগী ফোটোনি, সিনা ঐখোয় ইবোক্লি, ইমানি, পাপানি, সিনা লাই খুরুম্বা চৎপগীনি।" হায়বনে করিনে মখুৎতা পাযরক্লিবা এলবমশিংদু উত্তুনা পঙাঙদা ঙাঙই। নে তানা য়েংবা অমতা হেক ফংদে পংফাক্ত ফাকই।

ঐ মখোয় অনীগা ৱারী ঙাইহাক শাগে খল্লে। ঐনা হংবা নর্গদ্রিঙৈদা মখোয়না ঐগী মিংগা হংজিল্লকই। পুংঙক ঙকখ্রে। ঐগী ইচাশিংসু মখোয়দৌনা ঐগী ইমান্নবা লাকপদা ঐ লৈতবা মতমদা অসুম হায়না তৌরমগদ্রা খল্লি। অদুবু, থাজদে। মতৌশিংদো নুংসু য়াম্না নুংশি। ঐখোয় য়ুম কয়াম লাপ্পী নোংমা লাক্কেকা হায়রি।

ঐনা মমাগা মপাগা কনানা হেন্না নুংশি হংলুবদা নুপীমচাদুনা "অদুবু ৱাহংনিকা হায়দুনা ইকায়দমাল্লে" হায়দুনা নোক্লরকই। অদুগা মানা ঐবু "নচানুপাগা নচানুপীগা কনানা নুংশি কাকাদি?" হায়দুনা হংলকই। ঐনা ঐদি ইচানুপা ঙাক্ত পোকই নুপী অমতা য়াওদে হায়কুরে। অদুদা মানা "নচানুপী পোক্লবদি নচানুপী নুংশিবা খঙলরোই" হায়না হায়রকই।

ইচানুপী ঙাক্ত অহুম যাওবীবনি। নুপাদি অমখক্তনি। নুপী য়ামন্দুনা তল্লপোৎনি। লাঙখিবনা মখোং অমা চাপোৎ নত্তে। মাগী ফরক তাবা ৱাহংদুগী মথক্ত ফরক তাবা অমমুক হংলক্কদবদু খনবদগী ইচানুপী য়াওদে হায়কবগী ৱানি। খবা ফগদ্রা হায়রগা হেন্না চোপ্পু হায়দুনি। তাঙ্গাদুদা নোংয়াইস শৎ চঙলকই। নুপীমচাদুনা "পাপা ঙসিদি স্কুল নঙনা থিনবীগদবনি। ইরুজথোকলূরগে।" হায়রল্লগা চেনথোকখ্রে। নুপামচাদুসু "ঐসু" হায়রল্লগা মচেগী মতুং ইন্নখি।

ঐনা নোংয়াইদা অঙাং অনীদুগী মরমদা ৱারী শাই। অদুদা মানা ইশি শিনা নোকই। মচেদু অঙাং পিশক ওইরিঙৈদগী য়াম্না শিংই। অদুনা নুপামচাদুসু মচেগী মতুং ইন্দুনা অদুম শিংলর্বানি শিনি। অঙাংশিংদুগী কা হেনবা মওংদু উবদুদা খরা ফজনা চেকশিন্না শেন্নবীদ্রবদি লমফৈ চৎপ্রর্বাদ নাতৈ চারোই হায়রুবা শাই। অদুদা নোংয়াইনা ইরায় লায়না "কদায়দগী ঐনাকা নত্তে। মমানা লোইনমক তম্বীবা ঙাক্তনি।" হায়না খুমদোরকই।

নোংয়াইগী নুপী ওইরমাল্লে করি করিনো অচা অথক ময়াম অমা পুদুনা চঙলকই। মাগী নুপীনা অচা অথক্তু টেবল মথক্ত শিন্দোক লাকথোক তৌরিঙৈদা মাগী নুপী থোইবীবু মশক তাকই। লুহোংবদা বার্তন তৌহৌদ্রে শাউবা য়াদে

মথংদা অমুক নীংশিংনবা হায়দুনী হায়না মানা ৱাদু তেনশিল্লকই। ঐবুসু থোইবীদা মাগী অঙাং ওইরিবঙৈগী লুনা তিন্নরকপা মরুপনি হায়দুনা তাকই।

থোইবীসু "অহোয়, ঐখোয় য়ুমদা নোংমতা লাকপা থেংনখিদ্রি।" হায়না খুম্মী।

"ইবেম্মখোয়সু নোং-ফাদোক শংবা নুমিৎ অমদা কোয়থোকপা ওইনা পুবীরকউদনা।" হায়দুনা নোংয়াইদা ওনশিন্দুনা হায়রুই। হংনীংনা হায়নীংনা হায়বদি নত্তে। মাগী অমাংশঙনা হেন্না ফজবা ঐগী য়ুম শক্তদুদা মখোয়বু কৈদৌনুংদসু শুংলাক লাকহল্লিংদে। অদুবু অমুকসু খল্লি "মাগী য়ুমলোন্নবশিংসিসু ঐগা অমহানি।"

থোইবীনা শঙ্গোম ইংথ্রনি হায়বদগী নোংয়াইগা ইবানী শঙ্গোম পায়বা হৌরে। থোইবীসু অঙাংশিং স্কুল চৎনবা অমুক্ত শেম শারুখিগে হায়রল্লগা থোকখি। ঐনা ঙসিদি ছুটি নত্ত্র হংবদা মখোয় অঙাংশিংগী স্কুলগী পেরেন্টস ডে লৈ হায়দুনা ঙসাইদগী ঈশৈ শকনি হায়দুনা ঈশৈ তল্লল্লিবনি হায়।

· ইহে ঐনা থুগাইবীরবোইরে হায়না ইপুক্লিংদা খনজহৌই; ফোঙদি ফোঙদোকলুদরে।

শঙ্গোম থক্লা থক্লা নোংয়াইনা অহাঙবা গ্লাস অনী য়াওরক্লিবদু লৌখত্তুনা নাকলদা লৈরিবা ফিলটরদগী তরু তরুবা ঈশিং গ্লাস অনীখক হৈদুনা টেবলদা থল্লকই।

চাবা থকপদা ঐদি ঈশিং কয়া থক্কন্দে। ঐগী হায়ববু হোরেল তাল্লক্ত য়াম্না থকল্লি। চারমদাইদদি খুৎ হাম্বনচিংবা শিজিন্নবা অদুতনি। ঙসিদি অচা অথকসু খুৎনা অমতা পায়দ্রে। চামসনা লোইনা শিজিন্নরে। শঙ্গোম থকপা হায়রা গ্লাসতনি। অদুনা মানা থল্লক্লিবা ঈশিংদু ঐ কদায়দা শিজিন্নগদগে? খুৎ হামসি হায়রা খুৎ হামদোকপা ফাওবা পামুবা ঈশিংনি। ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ। নিক নিক লাউবা ইমায়দু উবদা ঐ করিগুম্বা থৌদোক অমা খংনীং নীংশিংবগুম তৌই। পাউখোং অমা চনবগুমসু উই।

মমাংবঙে অঙাং ওইরিবঙৈগী ৱানি। স্কুল তমলিবঙৈগী ৱারীনি। নোংয়াইগা ঐখোয় অনী ক্লাস মান্নরকই। লুনাসু তিন্নরকই। নোংয়াইগা ঐখোয় অনীসি মখোয়দা হান্না লোইরে মখোয়দা ঐখোয়দা হান্না লোইরে ঐখোয়দা হেক হেক

চাক চামিন্নে। মতমদু মখুবাশিংগা লৈমিন্নে। চাখুমসু পুনদি পুনখি হাযববু মখোয কযা নুংঙাইনা লৈমিন্নবদি মানখিদে। শম্মা হাযববদা মহাক মেট্রিক পরিক্ষা ফাওবা থাদনা তোকখিবনি।

নোংমা চাক লোইরে হাযদুনা চাক চাখিসি হাযদুনা মানা চাক লৌথোকপা চঙাখ। চাকখুমদা মহাক কনাগনো খবা ঙাঙনবগুম লাউনবগুম তৌখি। অদুগা ঙাইহাক লৈবগা মাগী চাক শরুক্তু মাগী কাদা পুদুনা চঙলকই। ঐখোযনি চামিন্নবে। ব্রা লাং ইঙাং ঙাংনদে। পুথোবকপা ঈশিংদু ইবানী থর্কমিন্নবে। লোইথোকখ্রে। মহাক ঈশিংদু অমুক লৌবসু চঙদে। ঈশিংদু মানাসু অযান্বা থকতোকখিবনি। ঐদি কযা থক্কনদবনিনা ইথক থকহৌদে। শুংথক থকহৌদে হাযবসু যাই। ঈশিং লৌকখিসিবা হাযবসু ঐঙোন্দ হংদে। চাবা তোক্লে খুৎ হান্নবা ঈশিং লৈত্রে। সুপ্লগী গ্লাস অমতগী ঈশিংনি ঐনা মতমদুদা পাম্লিবদু। ঐনা ঈশিং লৌকচো হাযবদা মানা নযুমদা হামলুবো ঈশিং লৈত্রে হাযনা খুম্লকখি। নোংমা মানা ঐখোযদা চাক চানদা মঙোন্দ খুৎ হান্নবা ঈশিং পাখিদে হাযনা খুমলকই। ঐ পুমঙক ঙকখি। মহাকসু খুৎ হামদ্রে। নাকলদা লৈবা খুদৈ অমদা তৈথোকই। অদুগা ঐবুসু মদুদা তৈথোক্লগা চৎখ্রো হাযবকই। ঐ তৌফম খঙদদুনা ঙাইহাক লেপতুনা লৈ। মানা হাযবগী মতুং ইন্না এসু খুদৈদুদা খুৎ তৈথোক্লে। ঐ শাউনীংবা অমসু যাওই। ঙাইহাক লেপ্লল্লগা ঐ তুমিন্না অদুম থোবক্লে। নুমিৎ অদদগী ফনা যান্না চঙনীংলবসু এ মখোযদা অদুম চঙখিদ্রে। মানা সম কৌবকর্পানিনা কৌনদবদি যাদবাননা ঐখোযনি খৌদি কৌনাখ।

যমদা হল্লক্লবা মতংদা থৌদোক অদুগী মবমদা ঐ হনজিন হনজিন খনাখ। মাপাদুবু ফাগী তৌবীদ্র ১ নম্ভ্রগা, তৌগে হাযব অমা যাওনা তৌখিববা ২ নত্ত্রগা, ইমু মনুংগী নুংঙাইনদবা কবিশুম্বা অমা লৌখববা ৩ ফনা যান্না নুংঙাইতবা লৈববসু ঐ তশেংনা শাউনীংখি। মদুমক্তনা থৌদোক অদ ঐ গুসি ফাওব নীংশিন্দুনা লৌববা অসিন।

ঐনা সুম নীংশিংবদা মহাক মথন্ত নোংমা ঐখোযদা চাক চাবা যাওখি। নোংমা মযুমদা চাক চাদবা নুমিৎ নীনি হুমনি শুবে হাযদুনা লাকাখবা নুমিৎ অদুনি। নুমিত্তু ঐদি চাক তোক্লে। তাঞ্জা অমদগী চাক্ত লৈবক্সী ঐনা চাকশংদা চঙদুনা যেংলুবদা। অদুবু, যেঞ্জার্ণদ লৈবমদ্রে। অদুনা মাবু উশোয কাংশুগা চারো হাযনা পীজখি। মাসু যান্না হাউনা চাখির্বান। অতৈ নুমিৎশিংদদি ঐগা চামিন্নখিবা ঙাক্ত

ওইরমগনি হায়না খল্লি। চাক চাবা মতমদা ঈশিং কয়া থকলক্ত্রবসু চারমদাইদা খুৎ শেংনা হাম্বগী হৈনবী অমসিমদি মতম অদুদগীনি। অদুনা চাক চাবা মতমদা ঐগীদি গ্লাসতা ঈশিং হৈদে। চাইশেলদা ওইনা হৈরগা শীজিন্নে। মথন্ত চাক চাখিবা নুমিৎতুসু ঐদি মাগী মনাক্ত মানা তৌনীংবতা তৌবা য়ানবা গ্লাস অমগী ঈশিংদি লায়রদনা ঈশিং চাইশেল অচৌবা অমা হৈরগা থমখি। করিগীনো ঐনা ঙসি অচৌবা ফজখ্রবা গ্লাস অসিদা য়াওরিবা ঈশিং অসি উরুবগা লৈতনা ফম্বা ঙম্লক্ত্রিবা ? ঐবু চৎলগে হায়রসিরা ? মাবু কদোমদা অমুক চৎখ্রবজাৎনো ? কাবনো নীংশিংলক্লিবা ? কবিনো অমুক পুক্লিংসিদা ফাওবক্লিবা ?

লৈপাকপোকপা
১৭/১০/১৯৮৯

# ঈরৈ অমনা

ঙসি ইবোচাগী যুমদা লাক্লিবা জেনেবেল ইলেক্সনগা মরী লৈননা মীটিং তৌগনি হায়দুনা অয়ুক অঙনবদগী ইবোচানা লম তু শেংদোকপা লাক্লবি। খা-বাং কোয়চেন চেন্দুনা লৈকাইগী মী ওই অমা অনীসু কৌদুনা থবক মতেং পাংনবা হায়রকবি।

সোমদনা মাগী তেক পেকমিন্নবা মনাওনা মাগী ময়োক্ত তেক ফোংনা চেল্লকপদুদাদ ইবোচৌ হমিন্না ফমদুনা লৈবা ঙমদ্রে। মহাক তশেংনা ঙসি মনাওনুপানা শিল্লিবা মীটিংদু তোক্লনা হায়নীংলে। থীনথবা তৌদনা মহাক্না ইবোচাবু কৌদুনা হায "ইবোচা।"

"করি হায়রগে, তাচৌ?"

"নঙগা ঙসিগী মীটিংসে যাবগদি ইয়াম্লগী মায যেংদুনা মফম অসিদা শিনগনু। নঙনা শিন্দনা যাদে হায়রগসু কনাগীনো খূবা তোমচৌখোযদবা অমা শিল্লুবে।"

"তাচৌ, ঐ ঙবাং হোয হায়দাক্লম্লে।" যাম্না তপ্না খুম্লকই।

"অদো ঙবাং হায়দোক্লম্লবসু মফম হোংদোকপদি কৈসু কায়দে হায়বা।"

"মী খবা যাম্বদুদা ঐখোযগীদনা ফনি হায়নবকপদুদা.. ।"

"নঙগীসিদি ঐনু শীংনবগী বানিনে হা? কাসু কাবোযদবদা কৈসু কান্নদবদা।"

"অমা ওইবসু অমা ওইবসু তা বিবেনদি তার্ম অহুম্লক কাবক্লফাওবা। লৈকার্যসিগী কাবসু তৌবক্তে। ঐগী ত্রান্সফবদু ফাওবা তৌবিবা ঙমদে অদুনা মযাম্না তা জয়ন্তদা অমুক যেংগস হায়নবর্বান।"

"নঙগী হাপলেম্পদা তাবা মমি মানবা জয়ন্তদুনা ভোট কানিকা হায়দুদি নমঙদা ফাওবা মঙলুখিনু ইবুংঙো।"

"ভোটপু শক্লা ঙাক পুবা নত্তেদা।"

"নঙগীসি মতোয়না শীংনরেনে, হা?"

"তাচৌদা শীংনবগী ব্রা ঙাক নত্তেদা। তাচৌসু খরা খঙবীবা য়াবনি।"

" করিনো হা, খঙবা কা হায়দি?"

ইনোচৌনা খোন কন্না কন্না ঙাঙলকপদুদা ইবোচৌগী মমাদু তুমিন্না ফমদুনা লৈবা ঙমদ্রমাল্লে। হৌগৎলক্তুনা মচা অনীবু খাম্মী, "অচৌবা, নখোয় অনীনা তৌরিবদো ইর্মাদ মীগী মমাঙদা ইকায়খ্রেদা।"

"ইবোচানা তৌরিবসি ইমাসু খরা হায়বীবা য়াবনি। ইমাসু য়াওনা অদুম তোংশিল্লি।"

"তোংশিনবগী বা নত্তেনে। মী লোইনমক তৌনরিসিদি? সিবু মীনা তৌনদবা থবক্লো? নঙগীনা অমগী চেল্লগা মানা অমগীদা চেনবা কবিসু কায়দেনা। নঙগীনা কারসু যারে। মাগীনা কারসু য়ারে। অমহাগী অমহা নত্তরো? হয়েং খুদোংচানা অদুম ইফংদা ফংনবা।"

"ঐগীদি অদু যাদে হায়বা ইমা। পার্টি য়াওদবা মীনা অদুক পংতৌ তৌনবগী ব্রানি। ঐগীদি পার্টি য়াওরুরবনিনা মীগী মমাঙদা ঐদি শিদ্রিববো?"

"হৌজিক্তবো মদু করিসু খল্লুন। কেণ্ডিদিদেটকী ইমুংদা ফাওবা ভোৎ থাধদবা য়াওরমগদৌরিবনি। হৌজিক্কি মতমদবো কনানা করি মচুম্না চৎলিবগে? বাশক ফাওবা খোংবাল চোংলগা কোকই হায়নবিবনি।"

"অদু অদা খঙদে। কবি, ঙসিসি হেক মফমসিদা চাক শিল্লবা, শুমাঙসে সিগী ময়ায়সিমক্তদা শন্নল খাবা তাবনি।"

ইবোচৌবগী মমানা ফনা য়াম্না খাম্মী। মীগীদমক মচীন মনাও খৎনবা, শম্মল খানবা হাযবসি মমানা শুংপাম পাল্লমদে। মচীন মনাও অহুম মরি শুবসু নত্তে। মখোয় অনীখক্তনি। মপাগী ফিরোই লোইখিবতমক মঙায়রি। চহি ওন্দবি। অসিগুম্না থৌদোক ব্রাখোক অসি থোকহনবা অসুক্কী মতিক পামজদে। অদুবু অশাওবগী পংখৈ য়ৌথ্রবা ইবোচৌগী ব্রাখলদা খঙ্ঘনবগী মতম ফংখিদরে। মহাক্লা তৌগে খল্লিবদুমক তৌবগে হায়না চপ যুংনা লেপখরে। মনাও নুপা

ইবোচাসু ময়াম্বনা অদুম্মা শাউবক্কনি হায়বদি খল্লুদে। মমান্নবশিংগী মমাঙদা তৌগে হায়দোক্লম্বা থবক্লিনা কবম্মা তৌদনা তোক্কান? ময়াম্বনা মতম খরা শাউজরবসু খবা লৈবগা ফজখিগনি খল্লি। মীগী মমাংদা ইজ্জৎ হায়বা অমসু লৈবনিনা মাসু মানা নীংলিবদু অদুম পাঙথোক্কে খনখবে। অচাকপা মৈদা যি হৈবগুম ময়াম্বনা শাউজববসু মানা তৌগদবা সমিযানকা অদুম খনগৎপা হৌই। পুম্নমক্কু উবদা ইবোচৌদি মাগী নুপীনা ফনা খামজববসু যাখিদ্রে।

"মসি নঙগী নংগী নশিনা নংদ্রেকো। ঐনা হায়বীবদুদা লৌ। কদায় তোগ পুথোবকউ। সিংগীসাদ অবাথবনি কো। মশক উদবা থম্মোগী মবক্ক লৈ নবা শম্বলসে নঙ উবব্রা হা?"

"মাসু মানা খোকপা খবা তীজসনু কৈনো। ইমানা হার্যাবিদুনা ফত্তবো?"

"মসি মসি, চবেং চবেং যাম্না ঙাঙদৌবিদা। নঙ যাম্না খঙববা হা?"

"হায় হোয়, পুথোবক্লগে পুথোবক্লগে। নঙনা তৌনীংবতা হেক তৌবো ইমুংসে কায়না। অদুগ উদি পেল্লনি।"

"সে ঐনা থুগাইবা নংঙকো। নঙ যাম্না হৈ শিংলক্কনু। কৈসু কান্নদবদা চৈ লাক্কনি।"

"সসে খিৎ লৌবো।" মাগী নুপীনা তোগ পুথোবক্কনা পীবে।

"অদুগা অসিদগী শক্তোয় ননীংদগী রাশিংদু সিদা খবা চিংলম্মু।"

অসুম্মা কোক কোক যৈদুনা লুমিৎতুগী পাঙনা শানবা শম্বল খাজিল্লে শুমাং ময়াযদা। অদুগা মথন্তু শোঙৈ, "সি ওইবিনি হাযবা মখোযনা পমলিবসে। সে, সি ওইবরাদ সংবনিনি হায়বা।" কনাসু খেংত্রে মানা তৌরীবদুদা। হাইবপ হাইবপ যেংনবগা মানা মানা তৌগদবদু অদুম তৌনবি।

ময়ামদু নোংমা নীনি ভৌবগা শাউবা লেমখববা মতমদা মথন্তু শীদোকচখিন খন্দুনা তুমিন লৈনাখবা মাল্লি। তৌবগীদি ইবোচৌ পঙনা শাউগনদবা মীতানি। নোংমতা অসুম্মা মানা শাউবদু ইমুংদুনা থেংনখিদে।

মীনা খনবনা অমা লাইনা ওম্বনা অমা হাযদুনি। লাইবক থাবদি নোংমা চাক চাবা লোইবকানদা তুম্মা তিপ্পবসু খজিক্কং ভুল্লি খন্দুনা টি ভি. য়েংলিঙৈদ. ফোন অমা লাকই। ইবোচৌগী নুপী বীনানা ফোন পায়খৎলি, "হল্লো, কনা ওইবীববনে?"

"সোম ইবোচৌগী নুপীরা?" খোন খরা কন্না হংলকখি।

"হোয় মানি। করি হায়বীগদবনো?"

"নঙগী নুপানা ভোট কন্না চেল্লিবদো হন্দক্কীদি পোখরো হায়য়ু। মদুনা নখোয় পুম্নমক্কী য়াইফবা ওইগনি। নত্তবদি, মা কয়া খুদোং চাবোয় হায়য়ু। মাবু খরা খামজিল্লু। হায়বীদে হায়নি। কোন্না নীংঙমলক্লোই। ঙবাং নহালতা চেক্কোনদা মী অনী তৎখিবদু নীংশিংউ। থল্লগে।" ময়ায় ওইরপ কনবা খোল খরসি হায়রম্লগা থমখ্রে।

"হল্লো হল্লো।" বীনা ফনা কৌজে। অদুবু অমুক পায়খৎলক্ত্রে। ইবোচৌনা চিংনরপ তৌনা হংলকই, "কনানো?"

"কনানো খঙদে। মোয় বাবানা চেল্লিবা ভোটতু চেনগনু। খুদোংচারোয় হায়রকই।"

"তু, মদু ঐ নহালনা খঙলবনি। মখোয়গী পার্টিনা তৌবক্লিবনি।"

"কনানো মখোয়গী পার্টি হায়ববো?"

"কনানা ওইনি হায়গে? নখোয়গী ননাউনূপাখোয়গী পার্টিনা।"

"অদুবু, মাসু হেক যাওরমগদ্রনে?"

"য়াওবা যাওদবা, সিবু কনানা হায়নগে হায়বা? মখোয়না কাদবা য়াদে হায়দুনা খুৎনেক্ত মী ফাওবা থল্লর্বনি। অচুম্বা, অশেংবা তৌবা কাংবুনেসু হায় অশাবনিসু হায়। করিনো খঙদে মখোয়না তৌরিবসে? মমায়কসু ইকায়দরা খঙদে।"

"ভোটসিদা খিৎ য়াওবীরুরনুদা। সিবু য়াওদা য়াদে হায়বা লৈবরো? শিফম নাফমগা অমতা খঙলরোই। কৈনো লৈবাকসি মতা অমা তৌরেদা। নহালসু করি লমগীনো কেণ্ডিদেট অমগী যুমদা বোম লংশিল্লম্মীকা হায়নবদুনি।"

"ভোটসিবু নোংমৈ চীন্দোন্দ পুগে খল্লিবা মখোয়না হয়েং লৈবাক্কী করি অফ-নুংঙাই তৌরক্কদৌরিবনো? লৈবাকসি পুরা মাঙলদবনি।"

"মদু নঙনা উবীরুনু। লৈবাকসি নথন্তগী নত্তে। মাঙলবসু পুম্নমক্কীনি। ঐখোয়তগী নত্তেদনা! থব্রায় মাঙহৌদ্রগা লোইরে। নোংমা ফরকপা কান্দ অদুম মফজরক্কনি।"

"লৈবাকসিদা লৈরিবা মীশিংসে শিরবা ঙাক্তনি। ঐসু মখোয়গুম্বা অমা ওইরো সিনিনে নঙনা হায়রিসে, নত্ত্রা?"

"খিৎ তোকপিরো কৈদৌগে। ঐখোয়না ফনা চেনদুনা হোৎনরবসু করিসু কান্নবা ফংদবা ভোটসিবো, য়াওদবনসু হেন্না ফরবনিদা।"

"ও, ইবেম্মা নঙদৌনা জ্ঞান লোইনা তানরদি ফদৌবা। হয়েং নঙসু লুপা ১০০/২০০ অমা ফংলবদি নথুন থাঙ্গৎতুনা চেনখিনি। কৌবকা তারোই।"

"ও, হন্দক্তি লুপা ১০০০ পীগে হাযবসু সুংথা হেক থাধজররোই।"

"ফরে ফবে, নঙতা ঙম্মু।"

অসুম্না মথোঙ মরম খঙদনা মখোয় অনী ওনশিন্নদুনা লাউনরগা তুম্নখিবনি অহিংদো। নোং হেক ঙানবগা করি খল্লুরবনো খঙদে ইবোচৌদো মাগী শম্বলদো চেৎনা থিংজিল্লি। ব্রা-লাং কনাসু ঙাওনদে। অঙাংশিংনা খরা খরা লিৎথোক লিৎশিন শান্নরম্বদু ফাওবা হেক যাদনবা থিংজিল্লি।

নোংমা নোংমা হৌখি। মতমনা কনাসুবু ঙাইবীরমদে। ভোট লোইখরে। ভোট হায়দোক্লে হায়দুনা মযাম ব্রা ব্রা লাঙনরকই। ইবোচৌদু ভোট মশিং থীবা যাওকবা মাল্লি য়াম্না শাউনা লাকই। মাগী নুপীনা তপ্পপ্না হংলকই, "করিগীনো মদুক শাউনা চঙলকইদুবো? ভোট হায়দোক্লবো?"

"কর্বিসু তৌদে। হুরানবা কাঙবুদুনা হেনখ্রেদনা।"

"কনাননো হায়রিসিবো? তাবিরেন কাহৌদ্রনরো?"

"কাদ্রে কাদ্রে। ঐ তনদনা মখোযদকা চঙলমদ্রবনি। অদুম হল্লক্লবনি ভোট থীফমদগী। অঙাংশিংগা থারকপসু য়াই ঐ হল্লক্ত্রি হায়খো।"

"কৈনো মীনা পাখৎনরোইদরো?"

"পাখৎলোই পাখৎলোই। ঐ কোন্না চৎলগে। ঐ য়াম্না শাউনীংলক্লনি।"

"কয়াম হেল্লগা কাপ্রিবনো?"

"য়াম্নকা নত্তেদা, শুপ্নগী ১২ খক্তনি। অদুর্নানি ঐনা চৎলবোই হায়রিবসে খঙলব্রা?"

"অদো ঐখোয় স্বাইগীদি মঙোন্দ লোইনা পীখ্রিবদুদি?"

"ও, পীরমদবে পীরমদরে। নঙনা পী হায়রিবশিংদুনবু পীরম্নবদি ঐখোয়না শোয়দনা কারম্বসু য়াবনি। কনাসু পীরমদ্রে খঙলব্রো?"

"এ, অদুদি কবি ধর্ম্মনি হাযগে মখোযস্ু। থার্ধান থার্ধনি হায়দুনা পৈশা লোইনা লৌখ্রিবনি।"

"তুমিন লৈবো তোক্লসি কৈদৌগে বীনা নঙবো। ও, ঐখোযনা পীখিবদুদগী মখোযনা লূপা ১০০/২০০ হেন্না পীবল্লে। ঐ লোইনা তাববা মতুংদা লাক্লবনি।"

"মীশিংসিদি অমতা থাজবা যাদবোইবে।"

"অদুর্নানি এনা হাযবিবসে খঙলববা? ঐ চাক্ অমতা চাববোইদবনি। তুম্লদবনি। অমুক লাঙলক্লনুকো।"

"কবি মতৌনেগে তৌবসিদি?" বীনা মখা তাবমদনা তুমিন্না থোকখি।

ইবোচৌ ঙসিদি থন্নায় যাম্না নুংঙাইনা উই। অযুক অঙনবদা ইকজথোক্লগা মাফ মবোল শেৎচিল্লি। বীনাস্ু মাগী নুপাদা পাউ অমা তম্লিংবসি নুমিৎ নীনি হুম্নিদি শুববনি। তান অমা ইচা চাদবদুদা তম্লওবনি। ঙসিদি মাগী নুপানা যাম্না হবাউবদু উবদুদা খ্রা হৌদোবকই, "কদায চৎতোযনো অসুক ডন্না?"

"ঙসিদি তা বিবেনগীদা চৎলুগে। থবক অমা অনীদা তান্নবা যাব্রা যেংলুগে।"

"এ, ঙবার্গদি হাযদবা?"

"সিবু নঙোন্দ হাযবা হাযদবা অমতা নত্রো?"

"অদুদি চাক হাপ্লনু হার্থবিবো?"

"লোইবেহে ইবেম্ম নঙাসদি। ঐনা মখোযদা হেক চৎখিবসিদি চাক চানবা চৎখিবগা চপ মান্ননা খল্লেনে নঙদি?"

"মখোযদবু চৎশ্রবদি চাক্তবে পবাব অমা হেক হেক হোঁজল্লগা লাকপদুদা হাযজবান।"

ইবোচৌ মফি শেৎচন শেৎচিন্না অন্নাৎ অপা যেংই। কম্মান যাওবমদে। মাগী নুপীনা ঙবাং শুদোকপদা যাওবল্লানি হাযদুনা থিবা হোৎনবি। ফংদুনা পীববে। কম্মান পীনা পীনা ইবোচাগী ত্রান্সফব যাবগী পাউ তম্মী। ওহ্লোকপা হাযদুনি বীনানদি মনাওনুপাগী পাউনিনা কযাদা নুংঙাইনা তমলুবিবা। অদুবু, ইবোচৌদি তুমিন লৈ। খ্রাকা ঙাঙলক্তে। মম্মিৎ তমক যেংলকই। মাগী নুপীনা হাযবীবদু চুম্লা হাযবিববা? নত্রগা, হাযগে হাযবা অমা যাওনা হাযবীববা? ইবোচৌ বুধি মন্নি মন্নি তৌই। কযাদি কৃইবে ইবোচানা চীংদা তাবক্লিবা। বিবেনগী মতমদস্ু যানি যানি হাযদুনা তৌবীবমদ্রবনি। মযামসি মগং মথং থীথবকই বীনানা। ইবোচৌদি শাউনীংবা অমা থাওবক্লে। অকাউবা অমা যাওই হাযদুনা হাযফেৎ নীংশিংলম্লনি।

নীর্ংশংবা থোক্তুরে। বীনাদা ওইনা ওনশিল্লকই, "ওছোকপনিদা চৎলমদাইসিদা বীনা নঙসে। ঐনা অসুম হায়না তৌরক্কনু দাউ য়ারোই হায়বনি। অদুবু হেক্ত মতৌরকই। নঙ নুপী নঙকো।"

"মনাওনুপাসিবু মানা য়েক্লবদৌনা হেক খল্লি।"

"য়ানদ্রদি য়ানদ্রে, ইনাও ওইগেরা ইপা ওইগেরা? নঙসু খনদুনা য়েংউ। থবকপু সুম নুংঙাইবা মফমদা তৌগে হায়রদি লৈবাকসে কমাইনা চাওখৎতোইনো? থবকপু তমদদা অসুম তৌগে হায়রদি চীংদদি কনানা তৌবীদোইনো? চীংগা তমগা মতৌ কবম্না নুংশিনদোইবা?"

"থবক্তো চীংদা তাজে হায়বগী ৱানি নোংমতসু চৎতবসিবো। তলব তৌরমদাইদা অদুক চৎপগী ৱানি। অদুদি লৈবাক্কী ওইনদি সিনা হেন্না মাঙদ্রা?"

"তলব লৌবা চৎপদু ৱাবগী ৱানিনে। তলবতু ফাওবা য়ুমদা থিনবীরকউ হায়বনি হাযবা। সিদবু করম্না লৈবাক্কা চাওখৎকদৌরিবনো?"

"তোক ও সে। মসি মথন্তদি নত্তে হায়বা। লৈবাক পুম্নগীনি। য়ানদুনা তৌরিবা নওরো? আইনদো চৎনবা য়ানবা শেল্লবদি ফগদবা।"

"আইনদি লৈরির্বান। ঐখোয়না চৎনঔনদবগী বানি। সিদবু কবম্না চীংগা তমগা থোং মান্নহনবা ঙমদোইনো? করম্না নুংশি চান্নয়া লৌমিন্নদোইনো হাযবা?"

"হো লৈবাক নীংবা ইবুংঙো, নঙ মঙায়রে লৈবাক নীংলিবসে। নঙ হেক লৈকবো চীংদুদা।"

"ঐনা গোভর্নমেন্টকী থবকপু তৌরম্লবদি শোয়দনমক্কী লৈরমগদবনি।"

"লৈরম্মরনি থাজরেহে।" ফাগী ওইনা হায়রকই।

মাগী নুপীগী নোকফেৎ তৌবা মীনোক্কা লোয়নবা ৱাহৈদুগী অর্থ ইবোচৌ খঙই। ফাগী তারকপদুদা উপাই লৈত্রে, "ফবক তৌবক্লনু। গাড়ী শোদি? ঐবু ঙরাং স্বাইদা থমখিদাইনে?" হৈখ্রেদা। কয়াদা থুনা নেমথখ্রবনো চাক্লম্না মৈ।

"ও, ও সিদা লৈরে। সিদা। লিল ওইরদি ঙসাইনা উরনি।"

হন্নকা যেংলমদে গাড়ী শোদু তাপ লৌবগা পরপ পরপ থোর্কাখ। গাড়ী ষ্টার্ট তৌবা ফাওবদি বীনাসু য়েংলম্মী। অদুদগীদ মাসু মাগী য়ুমগী থবক লোইশিনবা চঙখরে।

চহি অনীবোম হৌখ্রবা তুংদা ইবোচৌনা হোবে হোবে থোবকপগা মপা অমা চাকুবদগী ইবোচৌগা মমাগা কোক থেংনকবে। শম্বল ব্রাংমা ব্রাংমর্দান। মমানা ইবোচৌদা খঙনীং নীংশিংলকপগুম খংকৌ কৌবকই, "অচৌবা।"

ইবোচৌ খুমদে। মানা তৌগদবদু অদুম তৌদুনা লৈ। মমানা মখা তাবকই, "শম্বলসি সিদোকসি ইবুংঙো। অঙাংশিংসিনা চঙনীংবনা শান্ননীংবনা অমুকতোইবা। নঙ উবদা কৈ উবদা কিবদৌনা কোইচেন চেন্নবসে ইমা যেংবা যাম্না নুংঙাইতে। হন্দক মবকসে মঙ হাসু যাম্না নুংঙাইতে। নচীন ননাওনা অসুম্না লৈহৌগদবসে খনবদা ইমা তুম্বা চাবা অমতা চঙদবে। নঙ ইমা শিপ্রগা নীংঙল্লক্লোইকো।"

হন্দক্কী অকোনবগী মমাগী ব্রাহৈদুদা তুমিন্না লৈবা যাদ্রমাল্লে মমাযদি ওনশিন্দনা ইবোচৌ খুল্লকই, "খনফম থোক্তবদা ইমানা পংখনদা খনবীকনু। মসে ঐনা খানীংদুনা খাখিবা নত্তে। খাদবা যাদদুনা খাখিবনি। ইমানা অদোমদা লৈবা নুংঙাইত্রগা শোমদা লাক্লগা লৈগে হাযবসু লৈকলাউ। কৈসু কাযদে। অদোমদা নুংঙাইবগা অদোমদা অদুম লৈগে হাযবসু তুমিন্না অদুম পংলৈ মবৈযু। যাম্না ঙাঙলক্কনু। কৈসু কান্নবোই।"

"ওহ্োকইদা নঙসে। নঙগীদমক ইমানা ফনবা হাযবসিবু নঙনা লান্না হেক লৌইদা। নঙ ভাব তামন্দেকো।"

"হো ভাব তাবা ইমাখোয় অদুম তাবীবো। ভাব তাদবা ঐঙোন্দ কৈদৌনবা হাযবীবাক্লিবনো?" অসি হাযবল্লগা ইমুংলোমদা চঙখি।

"ইমানা ঙসি হাযবিবসে নঙ নোংমদি খঙলর্কাখনিকো।" মমানা নুংঙাইতনা শোন্দুনা লৈহৌই।

অসুম্না খবা ঙাঙনা শক্লখ্রবা তুং মতম খবা লৈবগা নোংমা নুমিদাং অমদা বীনানা ইবোচাগী ইমুংদা কোযলাঙ লাঙবদু তাদুনা ইবোচৌদা হৌদোকই, "তাবীবিববা মোয বাবা?"

"কৈদৌবগে, তুমগেদি হাযদ্রদনা? নঙসে নুংঙাইখিদ্রেদা।"

"মী কনাসু তুম্নর্দাব। নঙনা ঙন্তনা ফমুং চঙখিবদুদা থেঙবা মানবগী ব্রানি। ইবোচাখোযগী ইমুংসিবো কোযচেন চেন্নবা মখোল তায। কবি কবি ফত্ত নুংদা থোকপা যাওববজাৎনো?"

"যাওনীং যাওজসনু। তাশীন্নকনু। তুমগদবা লৈবদি কোক মতুম্মু। অমুক কোযচৎ চৎতুনা লৈবনু।"

"ইমাদু মশা ঙমদবা হপতা অমরোম হেল্লক্লবনি।"

"হা!"

"নঙদি কদায়দগী খঙনি হায়গে। নুমিৎ চুপ্পগী পৈথোকপগা শুক্তোকপগা তৌদুনতা লৈরগা। ঙসাই ইনাওনা হায়রকপনি।"

"অদু ওইরগা নঙ অমুক্ত চঙলগা য়েংগে হায়বগা য়েংলুচোদনা। ফবক ওঙ্ছোক্লা তারকপ্লেদা।"

"অদো অম্বাইফাওদং লেপ্লীয়ু। মৈনা মৈ মশ্বসিদা কবি অমতা উদরে।"

"কৈসু নত্তবা লিলা য়েংবা চৎলু হায়বদি অদুম মচৎখিনি।"

"ও, অদুগা খেন্নে। অমুক্ত হৌগৎলকও। কৈনো অমা তৌবা মাল্লি লাঙবাস অসুম হেনগৎলকই হায়বনি।"

"চৎলো চৎলো। নঙগী চক্রিসিসু অঙকপনি।"

ফনা ব্রাংনা খাবা শন্বলনি। কারগা চৎখ্রিববা নত্রগা কাল্লগা চৎখিবরা জ্ঞান তাহৌদে। বীনাদো ইবোচাগী শুমাঙ য়ৌখ্রে। বীনানা হেক চঙখিবগা ইবোচানা খোবকপগা মপা চানদুনা কোক হেক থেংনরে। বীনা অফিং অফাই ওইনা হংই "কৈদৌনবা যাওবগে ইবুংঙো?"

"ইমাদু কৈনো অমা তৌখরে, ইতৈমা।"

"হা! অদুদি নঙ তাচৌদু খরা হাযরম্মুদনা। মাঙ্গোলদা লেপহৌবনি। খরা অমুক্ত লাউরম্মু ইবুংঙো।"

"হোয় হোয় ইতৈমা। ইতৈমসু অমুক্ত লৈবীরম্মু।"

"হোযনে ঐবুদি লৈরম্মগে। নঙ তাচৌদো অমুক্ত হায়বম্মু।"

মতৈমাগী য়াথংনি। ইন্দবা য়াদে। ডোক্তরগী মনাক্ত থুনা চৎনীংবনি। অদুবু, মাগী তাচৌদা পাউ পীবা চংলকই শন্বল ময়াদা। মানা তোর্চ হাইরপ কাপ্পদা মাগী তাচৌনা মাঙ্গোলদা হনগৎ হনদা চৎলিবদু উই। ইবোচানা কৌই, "তাচৌ ইমা কৈনো অমা তৌখরে। ঐ ডোক্তর অমতা কৌকখিগে।" অসি হায়বল্লগা গাড়ী থৌদোক্তুনা চৎখরে, মাগী তাচৌনা খুম্বা ঙাইবগা ঙমদরে।

ইবোচৌ ব্রাদি ঙাঙদে। ঙসাই বীনানা কানখিবা মপাদু হাইরপ য়েংলগা তপ্পা কান্নবা হোৎনরি। ঙসাই বীনাদি শোকখিদবরা খঙদে, ইবোচৌদি ফনা শাংনা খুবোমদা খেৎলমাল্লে। মতীন থাক্তুনা তৈথোকই। কবি ব্রাখলনা পুরিবনো খঙদে ইবোচৌ, চৎলিবা খোঙথাংদো মঙম ইশান শানদবগুম তৌই। উচিন নাচিন্না

মমানা হিপলিবা মফমদুদি যৌবে। চঙশিন্দুনা মমাবু কৌই, ''ইমা ইমা। মিৎ অমুক্ত পাঙথোবকও।''

উইশিনখ্রবা মমাগী মিৎ অমুক হন্না পাঙথোবকখিদবে। কবিদি উপাই লৈ কপ্পা নত্তনা ইবোচৌ, ''ইমা পঙলবা নচাশিংবু কনাদা শিন্নবন্নগে? নচাবু ব্রাবৌদুনা চৎলববো, ইমা?''

মৈতৈগী চৎনবী অসিবু কবিনো খঙদে। নোং ঙানবা ঙাইঙমদে লৈবু লৈত্রবদি। ঙল্লি ঙল্লি, পুং তবামথোই তার্দাব বাবো তাদবি হায়দুনা সংস্কাব তৌথোকখবে ইবোচৌগী মমা। কনাগুম্বা জাতিগীদি নুমিৎ হুমনি মবিনি ফাওবা পালি নাইনা যাবেক্তুনা শঙনবিবানি। লাপ্পা লৈখিব মকপ মপাং মবী মতা ঙাইনবিবনি। মৈতৈগীদি অপোকপা মমা মপা, পোকচবা মচা মশু ফাওবা হেক ঙাইঙমদে। মসিবু কবম্বা মতমদগী চৎনবা হৌখিবনো' কবম্বা মতম ফাওবা চৎনখিগনি খঙদে। মসিগী অফবসু লৈবমগনি। অদুবু, পন্নদবা কযা অমদ থেংনবিবনি। অসুম্না নোং ঙানবা ঙাইঙমদনা পাঙথোকখিবা সংস্কাবনা তুম্না যাহনদবে ইবোচৌগী ইমুং মনুংদি। মানা মানা থোকপা মচী মচীদা ঙাইহাক যমদনা ব্রাবী শানবিঙৈদা নোং ঙানখিবা খঙহৌদবে।

সংস্কাব যাওকবা মীওইশিংদু অহিং তুম্মদবা ওইবনা ঙাইহাক ফাওবা চঙনবমদবে। ময়ুম ময়ুমদা লোইনা হন্নখবে। ইবোচৌসু মথন্তু মাঙ্গোলদা ফি মচা অমা ইল্লগা তুমিন্না ফম্লি। ঙনমাল্লবনা লৈকাইগী অহল লমনসু লাক্লুদাব। তাপ্পাদদা বীনানা চঙশিল্লক্তুনা মাগী নুপাদা হায ''শম্বলসি শীদোক্কল্লবনা ফবোইদবা?''

ঙবাং নুমিদাং ময়াম চংথোক চৎশন তৌবদা তংখায অমবোমদি নানথববনি। অতেকপা মফম খবসু য়াওববনি। ইবোচৌ বা ঙাঙদে। শম্বলদা অমুক যেং বীনাদা অমুক যেং তৌদুনা লৈ। বীনানা মখা তাবকই, ''ঙবাং ময়াম চৎথোক চৎশিন তৌবদা তংখায অমসু তক্লে। হোবেল ময়াম লাকপদসু ফজবা নত্ত্রে অসে।''

''অস, ঙাঙশ্রেদা নঙসে। এনা ফম্লিবসে কবি অমতা খনদমখৈ তুমিন্না ফম্বা মানববো? ঐ শম্বলসিগী মবমদা খল্লিবনি খঙলবা?''

তাঞ্জাদুদা যেনখোং তন্নকলিবা যেন মচা অনী অমসু শম্বল ময়াদুদা কন্না কাওনবি।

থাংজ

০৪/০২/০৬

# নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লে

ঙাইহাক ওইবে ওজা শামুনা জেবি লাকাত্র হাযদুনা মাগী লনাই লাইবিক তম্বীবদু হৌদদুনা লৈবিবসি। ছাত্র অমা অনীসু মানা মানা থোকপা তৌদুনা লৈ। খবা অমনা লাই যেংবা যাও খবা অমনা মবৈ যেংনবা যাও তৌদুনা লৈ। ওজা শামুনসু মখোযদা কবিগুম্বা অমতা হাযব ৃ। লনাই ওইবমগদবা মানবা চে মচেৎ মচা অমা অনী কুবিৎখাউদগী লৌথোক্লুনা মদুদা ঙাইহাক পূক্লিং চঙনা যেংবগুম পানগুম উই। ওজা শামুনা খবা লুনা চান্না তৌজবসি মুনং তৌবী বাশি খবা লৈবী না খবা ঙাঙগনবী জোবান। ছাত্র অতেবু তাগী তাওইনা তৌবগী বাফমদি নত্তে। মযামগী মবক্ত মোৎ খজিক্তং চানবগুম উবগী ৱানি। চীংদদি নোংজু থা ওইবা ওইদবগী ৱাফম নত্তনা থা তবানিখোইগী মনুংদা থা তবেৎ নিপালদি নোং চুদুনতা লৈ হাযনা যাহ। থোইদোক হেন্দোকপা অমনা নোংচুপ খংবা চীংদোলদা নোং মংলকএ হাযবগা তাবকপনা হাল্লি। ফি অমা অনী ফৌবা ফাওবা লৌশিনবা নংহৌদবা যাওবিবনি। ঙসাইমখৈ নোং চিফেৎ চিফেৎ তৌদুনা লৈবকপনা ভেবিসু লাক্তবা ওইর্বনি। শ্বব থবেৎ থবেৎ তোন্দুনা লাইবিক্তু শেগ্রাক্ত যেপশিন্দুনা চেল্লকই। হেক যৌবকপগা মযাম্বা ৱা ঙাঙবা নংনদ্রিঙৈদা মানা হান্না নংহৌবরোই মতাগুম শ্বব হোন্দমখৈ হাযবকই, ''ইস ৱাবনা স্তান মান মাঙকথে।''

ওজা শামুনা মযেক শেংফাৎতনা তাহৌবা নাদুদ হাইফেৎ নোক্লিংবা ফাওকবমাল্লে। মোমোন্নবা মীনোক অমগা লোযননা লক্লরোই কবেম্মবোই তৌনা হংলকই, ''কবি হাযবা নওগী হৌজিক্কীদুবো জেবি?''

ইথৌ থৌশাদনা ইংখ্ৰবা নোংলক্তুদা চেল্লক্লগা খোযনা হুমাই অমুক হুমদুনা মাগী ফমফমদা ফন্নি। হংলিবদু মঙোন্দ নৎতগুম্মী মমাযক ইলৈ লৈথোক্তমখৈ খুম্লকই, ''কারিসু হাযদেদা।''

ওজা শামুনা করি নীংশিংলক্লবনো খঙদে ঙসাইদগীসু ঙাইরিবা অদুগা অদুক ৱানসু চেনজরক্লবদা ঙসিদি লাইরিক তম্বীবরোইদৌরমাল্লে। ময়াম ইকোয় কোয়শিন্দুনা মাগী মাগী ফমফমদা ফল্লবনি। অদুবু, ঙসিদি লাইরিক তৌবসি হায়দরে। মদুগী মহুৎতা জেরিদা ওনশিন্দুনা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই, "ঙসিদি লাইবিক তৌরগুমসি। ঐ নখোয়গা য়াম্না নুবা ৱারী অমা শানদবা য়াদরে।"

জেরিনা খুম্মী, "মীনা অসুক ৱানা চেল্লক্লগা। অদুদি চৎলনি।"

ওজা শামুনা খাম্মী, "ঙাইখো ঙাইখো। নঙনা নত্তবা, মীনা চেল্লকপা নত্ত্রো?"

জেরিনা খুম্মী, "চো নুংশিদে।"

ওজা শামুনা খজিক্তুং নুশিনবা মানবা মওংদা শকফম হনজিন্দুনা হায়রকই "ঙাইখো ফাগী নত্তে। ঙসিদি ৱাবী অমা শানগদবা লৈ। নঙগী থবক অচিনবকা লৈহৌবরো?" জেরিদা ওনশিন্দুনা হংবনি। জেবি থৌৱা শাদে। খুল্লক্তে।

ওজা শামুনা ৱারী শানশিকা হায়বকপদু থাজদবনি। ছাত্রশিংদু পুমঙক ঙকপজাৎনি। অসুক কুইবা থা অনী অহুমসি নোকপা ফাওবা নোংমতা মকা লাম্না নোক্তবনি। মানা নহালমখৈ তোযনা তৌবা হাযববু ধব তৌবা, ফুবা, চৈবা, লাইরিক তৌ হায়বর্তনি। মযামদগী খবা পংতক শুদক তৌবা হাউপুনা মানা কবি হায়রুরগা ওজানা কবি হায়বক্তদগে খঙদমখৈ পর্গলি পর্গলি কিথী কিরুম তৌদুনা হায়রকই "কবি ৱাবীরা সাব? ঙসিদি ঐখোয়সু শাবা যাইনা, নত্রনে?"

ওজা শামুনা ৱারীরা কবিনো খঙদবা ৱা অমা তৌরকই "ঐসে য়াম্না তনগল্লি। অদুগা অমুক্তসু লাইরিক তাকপীগে হায়বদা ছাত্রশিংনা তল্লবা ঐনা অমুক হেন্না তল্লি।"

নহালমখৈ মীকুপ য়াকাবা যাদমখৈ ফুগদবগী হোৎনবা চৈরাক কনবা ওজা শামুনা অদুম্না হায়দোরকপদুদা ময়ামদু ৱা নোকই কিবকা কাউনখি মীকুপতো। জেরিদি থুই হায়দুনা মতিনদুম শিংতোকই। মতৌদু উবদা ওজা শামুনা জেরিদা হায় "তিনবু ইমুংদা শিংনৱ্রা? মপান্দ চৎপা য়াদ্রা?"

জেরিনা মতিনদু মখোঙনা শৎ তৈথোকখি। লৈমায়দু লৈবাক্ত ওইবগা অদুম কংখ্রে। ইথৌ থৌশাদনা জেরিনা শৎ ওনশিন্দুনা খুল্লকই "সার, নখোয় স্কুলগী ওজানা অসুক য়াম্ন ফুগল্লিবসি করিগীনো? নখোয় স্কুলদা সুংতম তমনিংদে।"

"ঐ ইথন্ত নত্ত্রনে? কনা কনা ফুগল্লিবা?"

"নত্তেদা। সার থংবোইসু অদুগা মখাদা লৈবা মকোক ঙৌবা অহল্লদুসু য়াম্ন। ফুয হায়নৈ।"

ওজা শামুনা নোকফেৎ তৌদুনা হংই "মখোয়সু ঐদৌনা ফ্বজাৎলনে?"

"ইস সারদগী হেল্লি হায়।" জেরিনা মখুদোম্বীকা উৎতুনা হায।

"অদুদি, ঐদি ফুদেদনা।"

"নঙসু ফুয়, নুংশিদে।"

"নঙোন্দ নুংশিবীয় নুংশিবীদবা য়াদে হায়ব্রবরো?"

"অদু ওইরসু শুকনুং নুংশিদে।"

"নুংশিবীদ্রগা কৈদৌনা লাক্লিবা? হয়েংদগী লাকপীরনুদনা?"

"কিবগীনিনে।"

ওজা শামুদো জোবগী মতৌদুদা খংনোক নোক্লিংলমাল্লে। নোকথোক্লগা হায়বকই "হা... হা, কনা কিরিবা?"

"ইমা কিবগীনিনে।"

"অদুদি নঙদি ইমা কিবগী লাইরিক তম্বা তাবেনে। হৈননবগী নত্তবা? ফৈদা, অদুসু য়াম্না ফৈদা কো?"

"অদুগীসু নত্তেদা। মতম য়ৌবদা চৎনীংই। নহালমখৈ তম্বদি শুংচৎ চৎনীংদে।"

"নঙবু নহালমখৈসু তম্ব্রনে?"

ছাত্র অতৈদু শান্নরিবা ব্রারীদু ভার্বাতি তারমগনি হায়ববু ব্রা লাং ইঙাং ঙাঙলক্তে। মানা মানা থোকপা তুমীন তুমীন অদুম লৈনৈ। মবক মরক্ত নুংঙাইবা ব্রাবীগী মতাঙদা নোক্লদবগী ঙাইবসু মাল্লি। ভাব তাহৌদবা মতাঙদা মখোয় মশেল ওনশিন্নদুনা পাউ ফাওদোক্লবসু মানবা মরক মরক্ত উই। ঙাঙগনবী জেরিদি ওজানা ঙাঙবা লোইবা ঙাইঙমদে, "তম্মীনা, চহি চুপ্পা তম্মী।"

"অদুগা অসূক হৈত্তবা?"

"চৎতি চৎতনা।"

"নঙবু হৌজিক্ত তস্মী হায়াখিদায়নে"

ময়ুমদগী লাইব্রেরিক পুখোল্লুগা লম্বীদা থনল্লগা শান্নবা অদুম চৎপনি হায়না তস্মী। খাঙবা ঙমদ্রমাল্লে অমুকসু নোকথোকই ওজা শামুদো। থোইনা অঙকপদি ফাওরমগদবা মান্দে। জেরিগী পাউদমদুদা নোক্লিংবা ওইরিগদ্রা খল্লি। ওজা শামুনা পৈশাদি থা খুদিংগী পীব্রা হায়না খঙনীংনা হংই।

"থা হেক ফাবগা ইমানা অদুম পীবকই।" জেরিনা খুম্মী।

"নঙসু ওজাদা অদুম পীবা?"

"উম।"

"ওজানসু করিমত্তা হায়দনা অদুম লৌবা?"

"উম, অদুম লৌই।"

"ঐঙোন্দসু পীযুদনা চৎি অনীগুম্বদং? ঐদি তঙ্খায় তঙ্খাযদগীসু হেন্না লৌবীবোই।"

"হুম নঙোন্দদি পীবোই।"

"কাবগী? ঐবুদি নুংশিদব'?"

"নঙদি লৌ হায়বসু য়ারোই।"

"পীদা পীযু শোয়দনা যানি।"

"ফাগী তৌনু, সাব।" খংনাং নীংশিংবগুম জেরিনা মমাগী পাউ তস্মী। "আ সার নঙ ঐখোয়গী ইমানা অমুক্তং উনাস হায়বনি।"

"হোয়, নোংমা লাক্কে। ইমাদা হায়যুকো। ঐ শোয়দনা লাক্কনি মতম ফংবা কান্দ।"

ঙাইহাক তুমীন লৈনৈ। ওজা শামুসু কাবিগুম্বা অমা হায়গদবগী শেম শাবদি মাল্লি। তাঞ্জাদুদা ঙসাইমখৈ তুমিন্না ফমদুনা লৈরুবা হাউপুনা করি খল্লুবদগীনো খঙদে মতাং ইচা চান্নদবা বাহং অমা হংলকই "সার নখোয় মীতৈনা অসুক ফৎত্রিবসে করিগীনো?"

ওজা শামু খংপ্রেক খংমাল্লে মমিৎ মনা খংশিং শিংই। ব্রা অমা ঙাঙনবদা য়াওহৌদবদা নুঙাইজদবা জেরিসু ব্রাফম অদু হান্ননা খঙলবগুম ব্রাপাংশিল্লকই "অশেংবনি সার, নখোয় মীতৈসে যাম্না ফত্তবনিকো।"

"হা! কৈদৌগেনে ?"

জেরিনা তাঞ্জাদু হাউপুদগী অদুম মুনখ্রে। হান্না ফুমজিন্দুনা থল্লম্বা মালোম অমা মৈগী চীং পোকখায়বগুম পোকখায়রকই "নখোয় মীতৈনা চীংদা লাক্লগা ঐখোয় চীংমী নুপীবু হেক হেক লৌবীরগা কোন্না হুন্দোক্লগা হেক্ত চৎখি।"

"অদুগীরা ?"

"অদুতগীসু নত্তে। য়ু থকচীল্লগা মীবু খৎনবা হৌই। মবুকসু য়াম্না ফৎতে। ময়ুম য়ৌরগা অফাওবা য়াম্না শাবনে। ঐখোয় চীংমীবু থীনা থীনা তৌবনে।"

"ঐসু নখোয়দা য়াম্না থীনা তৌব্রনে ?"

"নঙ তৌই হায়বা নত্ত্রেদা। নঙগুম্বদি ঐখোয়গী সিদা লাকপদা য়াওদবনি। ঐখোয়দি নঙবু ঙকপনীনে। য়ুসু থক্তবা, ক্বা ফাওবা চাদবা অদুগা চাসু থক্তে, শাম্ব চাদে।"

জেরিনা হায়রিবদু লানদে। ওজা শামু য়ু থক্তে, ক্বা চাদে, শা চাদে, চা থক্তে। মী তিন্নবা য়াদে। থোইনা ফত্তবগীদি নত্তে। মরুপ মপাং লৈতে। অদুগা মাবু থাগৎতুনা হায়রবসু থোইনা হরাওবা মী নত্তে। অদুনা মরৈমক নত্ত্রবসু জেরিনা হায়রিবদু মহাক্লা য়াবা ঙমদে। ফত্তবা মী ওইবগী ফত্তবা তৌরম্বনি, অফবা ঙাক ওইরম্লবদি অফবা থবক তৌরমগদবনি হায়দুনা ওজা শামুনা হায়। ওজা শামুনা হায়রিবদু জেরিনদি থওইনা য়েৎনীংবা অমা ফাওরে। ওজাবুদি কিজর্বনি। লম্বী লমখাংদা থেংনবদা ওজা উখিনি হায়দুনা লোৎচবনি। মখোয়গী খুলদা অফবা ওফিসারনি হায়বা ময়াম অমা লাক্লম্মী হায়। জেরিনা থম্মোয় শোক্ল। তম্বদা মখোয়না মচাশিং পোক্লগা কৰিসু য়েংবীদনা হুন্দোক্লম্লগা চৎখি হায়।

ৱাফমদু তাবদা নুংশু নুংঙাইতে, ইশু ইকায়। ৱারৌবগা শাউনীংবগা লোয়নননা হায়রকপনি। মশামক্লা তৌরুবদি নত্তে। অদুবু, জাতি অসিবুদি করম্না হুন্দুনা ঙাঙলুগনি। মীতৈদি মশিং য়াম্বনিনা ফত্তবা কয়া অমা য়াওরমগনি। অদুবু, অফবা কয়া অমসু লৈরিবনি, মাগুম্বদি কৰিসু নত্তে হায়দুনা ওজা শামুনা হায়রে।

লৈরবসু মাদি থাজদে হায়দুনা জেরিনা হায়। মখা তানা "ঐবু লাইরিক তাকপীবা ঙম্বা কনাসু লৈতবনি। মীতৈদগী ওইরবসু ঐখোয় জাৎকী ওইরবসু। নহাক্ল হান্না তম্বীরম্লবদি ঐ নহান্না ফনা য়াম্না হৈরগদবনি। মাঙখিবা মতমদু পাম্মুবনা হৌজিক্ত নুংঙাইরক্তরে। ঐ হন্দক্কী হাফ ইয়ার একজামদা রেঙ্ক লাকপনিনে।" জেরিনা ইত্তক তকথনা হায়।

‘‘এ নঙবো? বেঙ্কতগা লাক্লবা? হৌজিক্ত লাইরিক তমনীংলবা? লাল লাক্কনিকো?’’ ওজা শামুনা ফাগী তৌই।

হাউপুনা ওজা শামুদা ইঙক ঙক্লা য়েংদুনা লৈ। ঙসাইমখৈ তুমিন্না লৈরম্বা ছাত্র অমনা হংলকই, ‘‘করিগীনো সার জেরিনা বেঙ্কতা লাক্লগা লাল লাক্কদৌরিবদি?’’

ওজা শামুনা মখোয়বু কবম্না ভাব তাহনশিগে খল্লিঙৈদা জেরিনা মখোয়গী মরোলদা করি করিনো খবা হায়খি। ময়ামদু ওজা শামুদা য়েংলগা ঙ্া নোকই। ওজা শামু মখোযনা নোকপদু যাওসু য়াওনীংই। করি হাযনরীবনো খঙদবনা য়াওবসু ঙমদে। ওজা শামুনা ছাত্র অমদা কাব হায়রীবনো হংই। ছাত্র অদুনা খুম্নবা শেম শারিঙৈদা কদোমদগীনো জেরিনা শৎ ওনথোক্তুনা ব্রাহং অমা হংজিল্লকই ‘‘সার কবিসু নত্তে। নঙ নুপী থিবে হায়বা নত্তবা?’’

‘‘থিরে। ইচা অনী শুরে।’’

‘‘হুম থাজদে।’’

‘‘করিগী?’’

‘‘নুপী থিরগবু অদুক নচীন থীবা?’’

‘‘কনানা হায়রীবা?’’

‘‘নঙদি নোংমতা নয়ুমদা চৎত্রিবদুদি?’’

‘‘ফাগী তৌবনিদা। ঐগীদি কনাসু লৈজদে ইথন্তনি।’’

‘‘নঙগী নুংশিবসু কনা অমতা লৈতবা?’’

‘‘লৈতেয়ে।’’

‘‘হুম থাজদে।’’ জেরিনা মঙক হাইদুনা হায়। করিগুম্বা অমা নীংশিংলকপগুম তৌনা জেরিনা মখা তারকই, ‘‘খুবাক ময়ি য়েংবীগে সার। ঐগী মঙতাক অমা লৈ।’’

হায়না হায়না জেবিগী থোৎ থোৎ লাউবা তনৌ তনৌবী খুৎশাশিংদুনা করিসু হঙ্গোইবা তৌদনা ওজা শামুগী মখুৎ ওইদু তাপ লাম্মী। ফংহৌররোই মতাগুম্মী। ওজা শামুনা করিসু ফিংগৎতনা ইথৌ থৌশাদনা হায়রকই, ‘‘নুপাগী খুবাক ময়িদি য়েংতা য়েংগদবনি।’’

"হোয়নহে।" অসি হায়দুনা ওজা শামুগী খুৎ য়েংতু জেরিনা তাপ অমুক লান্মী। ওইহাক মুন্না য়েংলগা "সার নঙ য়াম্না নচীন থীবা নুপানিকো।"

"অদুবু খুবাক ময়িদা য়াওব্রনে?"

"নঙগী য়াম্না নুংশিজবী অমা লৈরিবসিদি?"

"ঐদি য়ুমদা শুংচৎসু চৎতনা? মানতা নুংশিবা ওইবিনিদা।"

"অদু ওইরসু লৈ। ময়িদা য়াওরিসিদি?"

লৈশাবী ফারবা ক্লাস টেন তম্লবদু ফাওবা করিসু হঙ্গোয়বা তৌদনা ব্রাফমদুদা ওজা শামুদগী মানা ঙম্নবা মওংদা মরৈ য়েংনৈ। ওজা শামুনা ব্রাফমদু ফাগী তারক্লবা হোৎনৈ, "ঐসু খুবাক ময়ি য়েংবা হৈ। নঙগীসু য়েংবীগে।"

নোকমি নোকমি তৌরদুনা মখুৎ শৎ তিংথোরকই। ওজা শামুনা হায়রপ য়েংলগা হায়রকই "নঙগী... সিদি, লৈরে লৈবে। নঙগীসিদি পৃথিবীদা খ্বাইদগী তনগনবা নুপীশিংগী মনুংদা অমনি হায়না লৈনা!"

জেরিনা শাউদুনা মখুৎতু শৎ চিংশিনখি। ময়াম ব্রা লাউনা নোকই। মপাবুদি চান্নরুবাজাৎনি। মমা মপাগী অনীতা পোকচবা মচাগী কোকহল লাইহল ওইবনা খবা কেথোক মৌথোক্লা য়োকচবননি। ফুক হৌগৎতুনা ওজা শামুদা খুৎ থাগে তৌই। ওজা শামুনা ঙাকই। থাদি থাবক্তরে। চীংমীগীদি পাম য়ানবগুম্বা অব্রাবা থবক অয়াম্বা নুপীনা শূবনিনা নুপীনা তনবা হাযবসি ইচা চানদে। য়াম্না ইকায়নীংঙাই ওইরম্বসু যাই।

ওজা শামুনা হায়ফেৎ ফিভম শের্মজিন শাজিন্দুনা হায়রকই, "ঙাইখো ঙাইখো, ফাগী তৌবনিনে। অমুক্ত ফমখো সে, ঙসাইদগী শাউনরিবসি ঐখোযনা শাগদবা ব্রারীদি ব্রাৎহৌরি। শান্নরোইদৌবনা হান্না শাদোকখরে। ঐনা নখোয়দা হায়গে হায়বা ব্রাদুদি হায়দ্রিনে।"

জেবিদো ঙেক লাউনা ফমথৈ। মচীন্দা মুকম মুরুম শোল্লি। ময়াম মচীন খুমদুনা নোকই। ওজা শামুদি উশিন্নদে। তপ্পা ব্রা মখা শমথরকই "সে সে, নখোয় লোয়না পুক্লিং চঙনা তাওকো। নখোয় অস্বাইদদি ইংখোলকা অমতা কোইনখিদ্রেনে। পৈশা য়াম্না য়াম্না পায়নথ্রমাল্লে, নত্রা?"

"কোইনা। ঐখোয়না কোইদ্রবসু অতোপ্পা জাতিনা অসুক য়াম্না কোইরিসিদি?" জেরিনা শাউরংননা মচীনকা পৈথোক্তুনা খুল্লকপনি।

''ঙাইখো ঙাইখো, মসিগী মতাংদনি ঐনা হায়নীংলিবসে।''

মথাম তুমিন তুমিন ওজাগী যাকা যেংদুনা লৈ। ওজা শামুনা মখা তাবকই ''অতোপ্পা জাতিনা কোইনবিবা লমশিং অসি মখোযগী ঙাক্তবা ? নত্রগা, নখোযনা শান্দোক্লিব্রা ?''

ছাত্র অমনা খুন্নকই, ''অহানবদা ঐখোযগী খুলগী ঙাক্ত ওইবন্মী। হৌজিক্তি মখোযনা লৈখ্রে।''

''নখোযসু মদুদা যাবে। অদুবু মখোযদি নখোয ঐখোযগী লম অসিদা মৈহৌবোলদগী লৈমিন্নবকপা জাৎ নত্তেদনা। হৌজিক্তি মখোযনা নখোযগী লম লোইনা পাযখ্রবগুম উবে। যেঙ্গাং নাপী ফাওবা মখোযনা থাদ্রবদি নখোয চাবা ফংদ্রেনে হা ?''

''চুম্বনে সাব। মখোযাদ যাম্মা তনদবনিদা।'' হাউপুনা খুন্নকই।

ওজা শামু থোইদোক্লা মীওইবা মবক্ত ঐগী মাগী খাযগনবা মীাদ নত্তে। অদুবু, লমদম অসিদা অতোপ্পা লমদগী লাকপা ফুরুপ অতৈনা ঈশিং ঈচাওগুম হেনগৎলক্লিবা অসিমদি উদবা ঙমদে। মৈহৌবোলদগী লৈমিন্নবাক্লবা মীওই কাঙলুপশিংনা নোংমা নোংমগী ঈবোলনুংদা লুপখিবগুম লুপশিল্লক্লি। শুফম খঙদনা ককঙাওননা হিংবা পুক্সি মহিংগুম উর্বাক্লি। নোংমা নোংমগী শেল থুমগী ফিভম শোকচিল্লক্লি। লাযববা ইমুং মশিং হেনগৎলক্লি। মসিদগী হেন্দোক্তুনা মপা মপুনা থম্বীবম্বা লৌ ইংখোল কাযথোক্লবক্লি। নোংমগী খৎনা চৈনবা ওনজিল্লক্তুনা ইংনা তপ্পা লৈজবম্বা লমদম অসে ইবানা থল্লবা লমদম অমা ওইবক্তদ্রা হাযনা চিংনদবা ঙল্লক্তে। ছাত্র নহাবোলদা ইর্নাশন্দুনা লৈবাক ইবাং হৌহনবা পামলুবসু নত্তে। অদুবু শোকচিল্লক্লিবা শেল থুমগী ফিভম অমদি খুন্নাই অসিগী শক্তম অসির্বুদ মযেক শেংনা খঙহনবা পাল্লম্মী।

থোইদোক্লা লৌশিংগী মঙাল ব্রাৎলিবা ছাত্র নহাবোলশিং অদুনদি ওজানা হার্যবিবদু থোইনা লুনা খনগদগুম তৌনি। মখোয়না পামলকপা মতমদা তৌনীংবতা তৌবা য়াগদবগুম খল্লি। অতোপ্পা ফুরুপকী মীওইশিংবু মখোযনা চৎখ্রোকা হাযবগা হেক্ত যাগদবগুম খল্লি। মীনা লৈখ্রবা লমকাদু মখোযনা হন্দোক্লিংবা মতমদা হেক্ত হন্দোকপা যাগদবগুম খল্লি। খবা অমনা পৈশা য়াম্মা ফংবগী যোল্লর্বানি হাযনা খুন্নকপসু যাওব। মশিমদি তশেংনা চুম্লবান। অফবা ওইগেবা ফওবা ওইগেবা

মাশানা পান্নিবা অদুদগী হেন্না পীগে হায়বসিমদি মীপুম খুদিংমক হরাওগনি। মরম অসিদগীনি লমদম অসিগী মীওইশিংনা মশাগী ওইবা ফুরুপকী মীওইশিংদা লম য়োনবগী মহুৎতা অতোপ্পা ফুরুপকী মীওইশিংদা লম য়োনবগী চৎনবী অমা কন্না লাক্লিবসি। অসুম্না ওইরক্লিবা হোৎলক্লিবা ফিভম অদু খঙনবা, কলহৌনবা ওজা শামুনা কন্না তাক্লবা হোৎনরি। হায়নীংবা ঙাঙনীংবদি কয়ানি। অদুবু অঙাংশিংনা ভাব তাবা ঙম্লরোইদ্রসু খল্লি। অঙাংশিংনা খঙবা ঙমবা থাক্লা খন্দুনা খরামখৈদি হায়রে। মখোয়সু মখোয়গী অনীংবা, অপাম্বদু খরমখৈদি ফোঙদোরক্লি।

"খঙলবসু সার, মখোয়না পৈশা যাম্না পীবনিনা পৈশাদু পাম্বনিনে। অদুনা লমদু মখোয়দা অদুম যোনবা।" জেরিনা হায়রকই।

"অদুগীসু মথক্ত সাব, ঐখোয়না হায়বা য়াদবনিনে। মপু মপুনা অদুম পীবনি। ঐখোয়গীদি য়াওদবনিনে।" হাউপুনা উপাই লৈতবদু হায়রকই।

"য়েংউ অদু ওইরবদি মখোয়গী মশিংদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্কনি। ভারাদা লৈরবসু লম লৈদুনা লৈববসু মখোয়গী মশিং য়াম্লবা হোৎনবক্কনি। ঐখোয়না পৈশা খরা পাম্নগী মখোয়বু ভারাদা ওইববসু থমগনি। খরা লৈবগদি ঐখোয়না মশিং য়ামদবা হায়বদু ওইবনি। ঐখোয়না মখোয়গী মখাদা লৈরক্লগনি। হৌজিক লৈবিবা মওং অসিদা ঐখোয়না অসুম লৈথোক্লবদি ইরৈপাক ইরমদম অসিদা ঐখোয় লৈবা ফংলক্তবা তাবনি।"

হোয় মাই হায়নদে। কনাসু খুন্নক্তে। চেক-মোক লাউদে। তুমিন তুমিন লৈনৈ। ওজা শামুনা মখা তারকই, "ঐখোয় খুদোং থীবা মায়কৈ অমরোমদা চঙশিনবা হৌরবনি। মসিদি কনাসু খন্নদে। মসিগী মহুৎতা মরন্নাই খরা পেন্নদবগী খৎনা চৈনদুনা বন্দ ব্রোকেট তৌদুনা লৈরে। পাখং লৈশাশিংনা মরল তানবগী মহুৎতা ইরাং তৌদুনা লৈরে। পাখং লৈশাগী লন হায়রিবসে করিনো খঙব্রা?"

"খঙদে সার।" জেরিনা খুম্মী।

"মীওইবগী খ্বাইদগী মমল য়াম্বা লনসি করিনো? অদুগা মসি করম্না মতমদা তানগনি খঙব্রা?" কনাসু খুন্নক্তে। ওজানা মখা তাবকই, "মীওইবগী খ্বাইদগী মমল য়াম্বা লনদি মহৈনি। মসি পাখং লৈশা ওইরিঙৈদা তানদ্রবদি হনুরগা যা তেক্লবা মতমদা তানবগী করি কান্নগনি হা? হাউপু নখোয়গী ইপুদু হৌজিক চরাকা ব্রালহল্লগা লাইরিক খাউকা য়ালহল্লগা স্কুলদা লাইরিক তম্বা চৎলু হায়বা

যাগদ্রা ? ময়াকদু ইতেক তেক্রূদনা মশমদু ভৌরোক ভৌবগা মখ্বাংগদো ইকোন কোন, ওই জেরি স্কুল চৎসে হায়নকা কৌবদো ফনা ফজনিকো ?”

ময়াম ব্রা লাউনা নোকই। নুমিৎসু ময়ুম চঙখবে। ভাল্লম্বা মঙালসু তপ্না তপ্না মমশিল্লক্লি। নুমিদাংব্রাইরম ওইবক্লে হায়বল্লগা ওজা শামুদি থব্রায় ব্রানা নোকপা যাওবি।

যুমশকৈশা
২৮/০২/১৯৯০

# য়োকচবীরা মীহাৎপীরা

ঙরাং হায়নখিবগী মতুং ইন্না ঐগী মরুপ জয়গা ঐগা থবক চৎকদবনি ঙ্সি অয়ুকসি। অদুবু, ঐ করিগীনো খঙদে ঙসিদি ইতন তনবদৌনা তৌই। ঐনা তল্লি হায়দুনা লোইশিন্দ্রবস্ মাদি শোয়দনা ফোন তৌরক্লগনি। মানা চৎলুসি হায়রিবা মফম অসিগুম্বা কয়া অমা হান্নসু চৎখরে। ঙরাংসু হোয় হায়দোক্লম্লবনি ইশানা য়ানা। অদুবু করিগীনো খঙদে ঙসি য়াহৌরকপদদি তনবা হৌনবা মখৈ তল্লে হায়বর্দুনি। তন্না তন্না লোইশিল্লিঙৈ, খন্না খন্না লৈরিঙৈ ফোন রিং তৌরকপদা খংপ্রেক খংই। অদুবু মাদি ওইরমদরে। শ্বব মতেক অমতং ঙাইহাক্তং হোনদোকই। ঐ খঙদবদি নত্তে, য়ুমদা কুইনা ফমদুনা লৈথোকপদি যারবোই। অদুনা ঐ লোইশিনবা হোৎনৈ। হায়নখিবা মতম তাশিল্লক্লে, ঐ চৎতবা য়াদরে। হায়নখিবা মতম চানা চৎহৌদবা, মীনা ঙাইহ্নবা হায়বসি ঐনা য়াম্না ইকায়জবা থবক অমনি। য়াম্না চাওখৎপা জাতি অমগী মনুং চন্না পোকলুদ্রগসু মীনা য়াম্না চাওখৎতনা খর্নাখিগদবা মাল্লি মতম ঙাক্লা চৎতবা হায়বসে। তশেংনমক্কীদি মণিপুরদদি মতম ঙাক্লা চৎপা হায়বসে মতম লৈবা খিবিক্ত অঙাওবদি তারিবনি। অসুম্না অসুম খন্না খন্না গাড়ী থৌবদা ইম্ফাল সহরগী লম্বীনি হায়বা কাউরুরে। কোমগী কোম ঙাক্ত ঙায়বা লম্বীসিদা এক্সিদেন্টপু থোক্লমগদৌই। উফুলনা উফুল থাংলিবা, মনমনা মনম নমথীরিবা, সুম খল্লুরগদি য়াম্না ইকায়নীঙাইনদা। ঐ খনবা তোক্লে। এক্সিদেন্ট থোকতৌ শরুক লম্বীগী লৈমায়দা মীৎ কুপ্তমখৈ য়েংলগা থৌবনা ফৈ।

ঐনা ওফিসতা হেক থুংবগা মাসু থুংলে। ঐখোয়নি হেক উনবগা হাইরপ নোক্লে। অর্থদি মান্নরমগদরা খণ্ডে। ঐগী ব্রাখলদদি ঐখোয়নি মতম ঙাক্লরেকো, অসিনি।

ঙাইহাক ফস্মীন্নরিঙৈদা ঐনা হায়, "ঙসিদি ঐ য়াম্না চোকথবগুম্বা অমা তৌই।"

মানা খুল্লকই, "চা অশাবা অমমমতং থকসিবা খরা ফনবা।"

ঐনা খুম্মী "হুং, অদুগী নত্তে। ঙসিদি ঐগী ব্রাখলদা মখোযসে যাম্না হঙ্গোইবকপা, তুকাচরকপদৌনা তৌই। কদোমদগী কদায়দগী লাক্লিবা নোংলৈনো খণ্ডে।"

মাগীদু ঐবু কবেম্লবীবরা নত্রগা খঙনীংবদগীরা খঙদে অসুম্না হাযরকই, "নঙবু নহালমখৈদি মখোযবু য়াম্না নুংশিনা তৌদাইনে? মখোয়গীদমক খনবদা নঙবু যাম্না ব্রাজবদায়নে? চোকথরবো?"

ঐ খুমফম খঙদদুনা শ্বব শাংনা অমুত্তং হোন্দোকই। মানা মখা তাবকই, "কান্নদে চংনবা তৌস। ঐখোয়না তৌবিবা থবকসে কান্নদে হায়বা য়াবোই। নোংমা মসিগী মহৈ শোযদনা লাকখিনি।"

ঐখোয়গী ওফিসতগী পংলাপ লাপ্পা মফম নত্তে। মানা গাড়ী থৌরগা ঐনা তোংই। থোইদোকপা ব্রাবী ইশা শান্নবা নংহৌদনা য়ৌবে, ঐখোয় অনীগী পচুং। হোটেলদুগী নাকলদা গাড়ী খাল্লগা ঐখোয অনী অখুবা, অমম্বা গাল্ল মচাদুদা চঙশীল্লি। উহৌবা কন্নানা করিবু খল্লমগদবনো খণ্ডে। তৌবগীবুদি ঐখোয়বু খঙবীবা মীশিংনদি করিসু খল্লম্লোই। থোইনদুম খৌরাংনা হয়েংগী চেফোংদা করি ইরকদৌরিবনো হায়দুনা ঙাইনবীগনি।

ঙসিদি ঐগী মরুপ জয় থৌনা য়াম্না ফৈ। করি থোক্লগবা? মানা মাঙ থাদুনা পরপ পরপ চঙশিনখিবদা মীয়ায় ওইবপ তৌরবী নুপী অমা থেংনরে। মহাক নোকফেৎ তৌরকই হান্না খঙনরবগুম। মহাক্কী আশা করি ওইরিগবা? ঐদি খঙদে। অদুবু, ঐসু নোকফেৎ তৌকই মুশি মুশি উবা মঙালগী মরক্তুদা। ঐগী মরুপ জয়সু ঐগুম্না নোক্লমগদ্রা মদুর্মদি ঐ উকদ্রে। তাল্লত্তুদা থংনবা কাদুদগী ঐনা হান্না য়াম্না তোয়না তাত্রবা খোঞ্জেল অমা হৌনা নোক্লকপগুম তৌই। ঐ খংপ্রেক খংই। ঐখোয়গী ইনাক্ত লেপ্পালবা নুপীদু ব্রা পাক ঙাঙলক্তে। ঐখোযবু

চঙহল্লিংবসু মাল্লি থৎপসু মাল্লি। লম্বী ময়ায় চবুকমক্তদা লেপলি। ঐ অতৈ হংবা নংদে। চিংনরিবদু হান্না শৎ হংলুরে, "হৌজিক নোর্কাখিবদু বীমোলা নত্তরা?"

"নত্তে, পুর্ণিমানি।" নুপীদুনা খুল্লকই।

"ও, য়াম্মা মান্নরুরে খোঞ্জেলদো।"

অসুম্না হায়দোকপ্পগসু ঐগী থম্মোয়র্দদি চিংনরিবদু কোকপা ভমদে। তাঞ্জাসিদা ঐগী মরুপনা হায়রকই, "ঐখোয় প্রেসকী মীওইশিংনি। ময়ামগী অব্রা-নুংঙাই ব্রাফম খজিক্তং খঙজনীংদুনা লাকচবনি। য়াগনিকো"

"ও, ইবুংঙোখোয় প্রেসকী মীশিংলা?"

নুপী অদুগী মায়থোং ময়েক শেংনা উহৌদ্রবসু খরমখৈদ্দি হোংলমগদ্রা? থোরক্লিবা খোনথোক্তুনা চিংনরুর্বান। মরমবুদি থোইদোকপা লৈবা নত্তে।

"য়াম্মা নুংঙাইরবোইদ্রা?" জয়না মখা তাই।

"য়ানি য়ানি।" নুপীদুনা খুম্বনি।

ঐদি চীনবানসি কবিগুম্বা অমনা পুনখিবগুম ব্রা মচেৎ অমতা ঙাঙনীংখিদরে। ঐখোয়গা মায়য়োক্লনা লেপ্লম্বা নুপীদু মমায় লৈথোকখিদুনা ঐখোয়বু মায়কৈ অমবোমদা লর্মাজিংদুনা চৎলি। মানা হায়বকই খুদোনবী থিন্দুনা, "ইবুংঙো, অসিদা ফম্লম্মু। ঐ মখোয়বু কৌথোবক্কে।"

অসি হায়রল্লগা নুপীদু কাদুদা পাল্লিবা থোঙদু ফাওদোক্লগা মথংগী কাদা চঙখি। তাঞ্জদুদা ঐনা জয়দা হায় শোম্ভাংননা, "ভায় নঙনা থোকপা তৌরো। ঐ মপান্দ লৈগে।"

"কৈদৌরগে?"

"হুম, কৈসু তৌদে। ঐ মপান্দ লৈবনা ফগদবা মাল্লি।"

"ফরে ফরে।"

মাসু থোইদোকপা য়েৎলকপা তৌদবে। ঐ মপান্দ থোরকই তপলপ্পা। থবাক্কী মিহুলদি কন্না চোংখৎলক্লি কন্না থৌরিবা হব্রা গাড়ীগী পিষ্টোলগুম। করিগীনো খঙদে। ঐ মপান্দ থোরক্লগা থোঙজিল মরুম ওইরপনা লেপলি।

ঙাইহাক লৈরগা মখোয় মরী মবী কাদুদা চঙলকপা মাল্লি মখোল তায়। হৌজিক্কী নুপীদু শোয়দনা ওইগনি। মানা ঐগী মরুপতা হংই "অমদি?"

"মপান্দা।"

"করিগীনো?"

ঐবু চেলহৌরসিবা? নত্ত্রগা, চঙহৌরসিরা কাসিদা? মণ্ডল মণ্ডল খল্লি। ঐ হুবানবদি নত্তে। অদুবু কবিগীনো অশুক চমম্নরিবা?

"মা নুংঙাইত্রমাল্লে।" ঐগী মকপনা খুমখি।

তুমিন্না লৈখ্রদবোই নীংই। থোঙ গে লাউনা হাংদোবকপদুদা ঐ খংপ্রেক খংই। তপ্না হাযবকই, "ইবুংঙো সিদা ফম্মু সে।" চৌক্রি অমা থাংদোবকই। ঐখোয়গা হান্না উনখিবা নুপীদু ওইবামাল্লে। ঐ শ্বব খংহোন হোনদোকই, "যানি।"

ঐনা চৌক্রিদু লৌদুনা ফম্মী। মহাক থোঙ খজিক্তুং ঙাশিনখি লোনদি লোনশিন্দে। ঐবু খজিক্তুং চংশিন্দুনা যেংশিরা? অমুকসু খল্লি - মনুংদগীদি উবোইদবা ঐনা যেংবদুবো? অসুম খল্লিঙৈদা জয়না হংলকই, "মিংসিবু অমুক্ত হায়বীবা যাগদবা?" মযামদুগী মনুংদা অমদা হংবনি, ঐ খঙই।

"পূর্ণিমা।"

মানি। শোয়দ্রে খোঞ্জেলসে। খঙহৌদনা থোঙ অহোবদুদা ঐ খংয়েং যেংশিল্লি। মখোয ঐঙোন্দ থোইনা পুক্রিং ইচঙ চঙনদবগুম ফম্নবম্না উই। ঐনা চিংনরম্বদু শোয়দ্রে, চুপ্লে। মানি বিমোলানি। উবে, মাগী মতম অমগী ঈ থাংনা ঙৌরবা অউবা খুদিং শুমহৎখিবা মাযথোঙ। ঙসিনা কবম তৌরিবা? ঐ, ঐ মখা তানা য়েংনীংলক্লে উখিদবা কুইববা মাগী শক্তম। করিনো মানা ঙসি তৌবমলির্বাসিবো? মঙলা তাইবংলা? ঐবু থাজসিবা? নত্ত্রগা, মতৌ করম্না? ঐবু হেক্ত চঙলগা হংলুসিবা? হুং! ঐ চঙবা য়াদে।

ঐবু ঙাইহাক জ্ঞান মাঙলুববরা? মানা হাইরপ নোক্লকপদুদা মঙাল অমা খকঙাল ঙাল্লকপগুম তৌই। তাঞ্জদুদা জয়না মখা তারকই, "শিনফমসিদা মতৌ করম্না?"

"ঐ য়ুম পাল্লে। ইচা অনী লৈবে। ঐসু ইথন্ত ঙকই, মতৌ করম্না শিনফমসিদা চঙখিবনো? অসুম্না থোক্কনি হায়বা পুক্সিদা থাজবা লৈখিদে। ঐ তশেংনদি রাফমসি হায়দোকচনীংদবনি।"

"নুপাদি লৈরিকো?" জয়না হংবনি।

"লৈখিদরে।"

"মতৌ করম্না?"

"এক্সিদেন্ট অমদা।"

"ও, অদুদি য়াম্না নুংঙাইতবা থৌদোক অমনি। তাবদা তশেংনা নুংঙাইতে। হিংনবগী লম্বীসিদা ইমুং মনুংগী মীওইশিংনদি করিগুম্বা মতেং অমতা পাংবীখিদবরা নুপা লৈখিদ্রবা তুংদা?"

"পাংই হায়গদ্রা পাংদে হায়গদ্রা, য়াম্না থোইনা লৈনবা নত্তবনা কা হেন্না য়েংনবা, হংনবা ঙমনদে। মহাক লৈরিঙৈদদি থোইদোক্লা অৱাৎ অপাসি লৈখিদরা খল্লি। অদুবু, মা লৈখিদ্রবা তুং চহি খরগী তুংদগীদি অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্ত ঙায়রকখি। য়ুমগী অৱাৎপা, অহোবা মেনবা ঙমশিল্লক্তে।"

"অদুদগী শিনফম অসিদা?"

"নত্তে, অসিগুম্বা শিনফম অসিদি মঙদা ফাওবা মঙখিবা লৈতে।"

"অদুদি মতৌ করম্না?"

"ঐগী লৈজবা সনা লুপা খরা কায়থোক্লগা কারবার খরা খরা তৌগে খনখি। লৈকাইদগী অদুগা থংনবা খুনশিংদগী পোৎ চৈ য়েঞ্জাং নাপী খরা খরা তিক্লুনা খ্বাইরম্বল কৈথেলদা পুখৎতুনা য়োনবা হৌখি। য়াম্না কান্নখি। হিংবা ঙম্লদরা খনজখি, মতম খরদি ৱারবসু ৱানা। অদুবু..."

"করি তৌখ্রবা?"

শ্বর অশাঙবা অমা হোন্দোক্লগা পুর্ণিমানা মখা চৎথরকই। ঐনা খঙবদদি মহাক বিমোলানি। মহাক্কী ৱারী য়াম্না থুনা মখা তাহন্নীংখি। খঙনীংবনা ঈখৌ লাংলবা থম্মোয়না মাগী ৱারীদুবু মতৌ করম্না তাবা ঙমখিবগে? নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ত্রাফিক পুলিস লাক্লুনা সরক্কী মতাইদা ফমদুনা লম্বী চিলহল্লে হায়দুনা মানা য়োনজরিবা পোৎ চৈ লোইনা চাইখাইবীখি করি অমতা য়োনবা নংদ্রিঙৈদা। উপাই লৈতদুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরিঙৈদা নুপা অমখক চঙলকখি। অদুগা মানা য়াম্না খঙনবদৌনা করি তৌরগে হায়না হংলখি।

শাউনীংবনা খছ্বা নংহৌদনা নুপাদুদা হিংচাবশিংনা মাগী পোৎ-চৈ লোইনা লংথোকপিখবে হায়না তমলুই। নুপাদুনা মাবু য়াম্না নুংশিহৈবা মওংদা ৱাকবনু হায়না থেমজিনবীখি।

নুংশিদুনা লৈবক্লবা পুক্রিং থোইনা হেন্না নুংশিবকই। মাগী লৈজবা অমতা খাক্তনা তমথোকলুবে। মতা চাবে হায়দুনা অবৈবা পৈশা মখৈসু লোইনা পোৎ তিকথোবক্লবনি। শোৎলগা পুবকপা পোৎসু তংখায় অমা যাওবিবনি। নুমিৎতু মমা মচা চবা হেনবা তাখি। কদায়দগী হায়দোকলুবিবনো খঙদে। মদুগী খুদোংচবা অদু নুপা অদুনা ফজনা লৌখি। মানা ঙস্না মতেং পাংগে হায়দুনা থাজহল্লে। অদুগা মাগীসু পোৎ অমতং থাংবীবম্মু হায়বকখি। মতেং পাংনবগী মওন্দনি। ঙাইহাক খল্লবা তুংদা হৌগৎতুনা চৎমিন্নবে। খবা চৎলগা পোৎ মযোম অনীশক লৈবম্মী। খল্লা চাউবদুনা নুপাদুনা পায়খ্রে। খবা পীকপদুনা মানা পায়রে। অদগা চৎমিন্নবে।

জয়না হংলকই, "শুকখঙ খঙনদবদুগা?"

ঐসু ঙকই। জয়না হুর্লিবদুমক হংনীংলম্বনি। ইচাগী মৈ হায়বসিসু কনগ্রেদা। মচাশিং চবা হেল্লনি খনবখক্তদগী তৌকবনি। চবা অমতংবু ফংলবদি পোৎ মযোম মচা অমখক্তং থাংবীযু হায়ববু কৈদৌই হায়বগে? অদুদগী হোটেল মিবেকলদা থুংলে। ঙাইহাক ফম্মিন্নবে। চা থর্কামিন্নবে। ঙাইহাক লৈবগা নুপাদুনা লুপা চমা চৎপি অমা পীবকই। যাম্মল্লি হায়বসু অৱাবদা মতেং পাংববু হেন্নদুম পীবা য়ার্বনি হায়না খুল্লকখি। মথংগী নুমিৎতসু মতেং খবা পাংবীনবা হায়বকখি।

অসুম্না অসুম লোয়নবকপনা খবা লৈবক্লগদি তৌবিবা থবক্তু কবিনো হায়বা খঙলকখি। নম্বব ফোব কোয়পু পুদুনা মফম অমদগী অমদা কোয়চৎ চৎপা ওইবল্লে। মতাং অসি যৌবকপদা মহাক শ্বব চনীং চমাং শম্নখিদবগুম তৌই। নুংহিক্লবা খোঞ্জেলনা হায়বকই, "ঐবু নোংমা পোৎতু ঐনা মাঙহনখিবনি হায়। তশেংনা ঐদি শুকখঙ খঙখিদবনি। নুমিৎ নীনি হুমনি ঈশিং মবিক অমা ফাওবা পিথক্তনা কা অমদা ফাজিন্দুনা থমখি। শ্বব হোনবা ফাওবা ঙমলকখিদে। ঐ শিবদবোই খনখি। তাঞ্জাদুদা অথেংবা অহিংদা নুপা অনী অহুম থাজিল্লকখি। অচা অথক মযাম অমা পুশিল্লকখি। মখোয়না নমদুনা ঐঙোন্দ য়ু পীথকখি। মখোয়না পুশিল্লকপা য়েন থোংবা পীজখি। ঐ হিংলদবোই খনখি। ঐ পাঙ্গল কনখৎলকখি।

অদুবু, ঙাইহাক লৈরগদি মখোয়না ঐবু শান্নরনীংবা মওংদা শান্নখি। ঐনা থিংবা ঙমখিদে।"

"থৌদোকসি থোকখ্রবা তুং মরক্তগদি পুলিসতা তাক্কে খনখিবগা লৈতেকো?" জয়না লাঙতক্লনা হংবনি।

"পুলিসতা তাকলুদুনা করিবু কান্ননি? মরক মবক্ত লাক্লগা অথীবা ব্রাহৈনা ঐখোয়বু চৈবীবা, থীনা ফুবীবা, অদুগা ইশানা য়াদনা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ তেমশীংনবীবা নত্তনা মখোযনা করিসু তৌদে।"

মাগী ব্রাবীদু তাবদা ঐগী ইশাসি থক থক নীকখি। পি তাখি। খান্না য়াখিদে। ঐগী মকুপ জয়না উশা লোইনা ককখ্রবা উপালগুম তুমিন্না মক লুকথনা ফম্লিবদুসু ঐনা উই। মহাকসু থম্মোয়নুংদা তেংথাবিববা খঙদে। ব্রাবী লীবিবী বীমোলাসু হৌখিবা থৌদোকপু নীংশিংদুনা কপখিদববা?

উন ব্রাইমুক চীকলুববা কাদু র্তনক তনিক্লবা বীমোলাগী খোঞ্জেলনা থুগাইরকই "থৌদোক অদুদগী ঐ য়ুমদা হনবা কিদুনা অদুম হনখিদবে। ঐ মফম অদুদা লেমহৌবিবা পুলিসে মতম খবদা ওইরবসু হিংবা ঙম্নবা সেক্স বার্কর ওইনা লৈবা তাখি। হৌজিক্ত কৈসু খনদবে। অহানবর্দাদি যাম্না কিবম্মী। সমাজগী মীনোক মৈশা খাঙব তাবি তিংলিঙ্গে ফাওবদি।"

জয়না তপ্না হংই "ইচাশিং, ইমুং মনুংগীদি করিসু খনদ্রবনা?"

"করিগা খন্দনি। য়ুম অমগী মতিক চাবী মৌ অমাকা ওইবা ফংজদো নুপী ওইবীগীদি মপোক মহৈ য়ানবনি। অদুবু, হৌজিক্তি মদুগী অশাদুম্দি লাপথ্রে।"

"ইচাশিংদি?"

"ইচাশিংদি ইবুংনা যোকপীখ্রে হাযনা পাউ তায়। মখোযগীদমক্তি ঐনা অহিং খুদিং শীঞ্জরিবা পিরাংসে। মখোয়বু য়াম্না উনিংই। ঐনা মখোয়গী মমাঙদা মমানি হায়দুনা লেপশুবদা মখোয়না সমাজসিগী মমাঙদা ইকায় ফিকক খুমগদবদো, অদুগী খনবদা ঐ মখোযগা অমুক হন্না উনররোই খল্লে। মখোয়না ঐবু খন্নীংবা খল্লসনু। হিংচাবীন হায়বসনু। শাপ কয়া তৌরসনু। ঐ মখোয়দা ব্রাবৌবা লৈববোই।"

"ঙম্নদবা?" জয়না হংর্বন।

বীমোলা হন্দক্কী ব্রাহংসিমদি থোইনা পুক্রিং নুংশিখিবা মাল্ল। কপ্প কপ্পা খুল্লকই, "কুম অমগী নীংঙোল চাক্কৌবা লাকপা, যাউশং লাকপা, কুম্মৈ-হরাও অমা

লাকপা খুদিং মখোয়না মমা ঐগী মায়কৈ য়েংদুনা শোযদনা ঙাইরমগনি। অদুবু, মখোয়গী তরু তরুরিবা পুক্তিদা ঐগী অমোৎপা ঈচেলসিনা অমুক হন্না তিলহন্নিংদরে। ঐ, ঙর্ল্লানি খল্লে।"

অসি হাযবল্লগা মহাক মথংগী কাদা চঙখ্রে। মরুপ জযগী অবোয়বগী ব্রাহং অদুনা তশেংনমক মহাক্কী থম্মোয় থুগাইবীখ্রবরা নত্রগা, চানমক্কী শাউহনখ্রবরা ?

জয়না মথংগী নুপী অমদা অমুক হংই "ব্রারৌবীবা য়াদেকো।"

নুপীদুগী পাউখুম ঐ ঙাইবা নংখিদ্রমাল্লে, নুপীদুনা করি খুমখিবা ঐ তশেংনা নীংশিংবা থোকতরে। ঐ তশেংনা ত্তান মাঙখ্রবা হায়দু ওইবমাল্লে বীমোলাগীদমক।

মাঙলমদরি মহাক্কী মহৌশাগী ফজবা, শুপ্পগী থবাক অর্মাদ নীংজোলগী ফীভম খবা কায়বস্না নত্তনা। মাগা ঐগা নক্লনা তিন্নবিঙে মতমদো কবম্নবু নীংশিংলোইদগে মীকুপ অসিদা। মাবু উকবা থেংনরুবা কযানা মাগী ফজববু কল্লঙবা, মীহৌদনা কনা যাওখিদবগে? ঐসু ঙাওখি মাগী ফজবদা। মনা ঐঙোন্দ উৎখিবা লমচৎ ব্যবহাব অদুনা ঐ তশেংনা ফোঙদোকপা ঙমখিদে। মাযগীখি ঐনী নর্ণশবা। মহাক্ত া ঐঙোন্দা ঙাঙখিবা ব্রাঙাং শঙাং খুদিংমক মচীন মৌপ্পা ওইবগী ব্রাঙাং শঙাংদুমাক্ত। মহাক্কী অৱা নুংঙাই ব্রাবী কযা তমখি ঐঙোন্দ চিংনবা লৈতনা।

মহাক্কী কোয়বাওনবী মিৎস্রা, পবেং চূম্না চাং মান্নবী যাতোন, তবা তববা চীনবান, তঙাং তঙাংবী তনান তনানবী মায়থোঙদা ঐগী মীৎয়েংফম ওইখি কযাবক হন্না। পেনবা নাইখিদে যেংলিমখৈ। কবিগুল্লদা মহাক্ত খঙদলসু মাল্লি। কবিগুল্লদা ইমিৎ পেন্না যেংজবসনু মতাগুম য়েংহনখিবসু মাল্লি। অদুবু, কবিগুল্লা মিৎচানকবা মীকুপতদি অসুম্না হায়বকখিবসু য়াওই যাম্না তাঙনা "অদুমাইনা য়েংলক্কনু। য়াম্ন া কিজৈ।"

করিগুল্লা মতমদা মাবু ঐগীনিকা খনখিবা য়াওবরা ? হুং! মদুদি তৌখিদমাল্লে। করিগুল্লা খল্লল্লগদি ঐবু ফোঙদোক্লল্লোইদ্রনে থম্মোয়নুংগী ব্রা অমতসু। কোলেজগী প্রাক্তিকেল, অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়নিতা তৌমিন্নে। অহাঙবা মতমদা চৎমিন্নখি, ফম্মীন্নখি কেনটিন্দা, লাইব্রেরিদা, গার্ডেনদা। হংখি য়াম্না তোয়না ময়াম্না ঐখোয়নি মরী লৈনবরা ? ঐনা খুমখি "লৈনদে।"

মরক মরক্ত ক্লাস লোইবদা থেঙখিদুনা কিজৈ হায়দুনা ঐনা মখোযগী থোঙ্গাল ময়া ফাওবা থিনবীবসু য়াওই। অচম্বা ব্রাবী ঙাক্ত শানৈ, বারীদি। মতমদুদা মাদি

কবি খল্লমগনি ? হৌজিক্ত খল্লকপা রাখলনি। নোংমা লাক্ত, নীনি লাক্ত মশীং যামশিল্লক্লে কোলেজ কাবক্তবা। মতমদুদতা কবিগীনো থম্মোয়দা চিংনবগী চৈনা ফাওরক্লিবা? চিংনবা অসুম হেনজিল্লক্লনা মমান্নবশিংদা হংলুবদ্দি চেনখবে হায়বকই। মহাক পবিক্ষা থাখিদবে। ঐঙোন্দ নুংঙাইতবা, নীংঙমদবগী চৈনা কযানা মথং মথং যৈবখি। অদুবু, কবিদি উপাই লৈ? ঐ মহাক্কী কনানো? ঐ মাগী লুহোংবদি চৎখি বার্তন ফংদুনা। ৬মজবা খুদোল মচা অমতা ওইববসু তমখি। মহাকসু পামজনা লৌখি। পাউ লৌবদদি মহাক যাম্না নুঙাই যাইফনা পাল্লি হায়গা তাখি।

নোংমা নোংমা হৌখি। নোংমা নোংমা কাউখি। মতম অসুক কুইবসে মহাকপু নীংশংলুদ্রবনি। ঐ ওসিন মঙলা তাইবংলা খঙদবে। ঐ কবি তৌনি মহাক্কীদমক? কবিগুম্না অমা হেক্ত তৌবা ঙমগদরা ঐবো? ঐবু ঙাওববা? মহাক হিংলিববা? ঐ হিংলববা? মহাক শিববা? মহাকপু হাৎতোকপিববা? মহাকপু যোকাপিবিববা চে, ইম্ফাল সহব?

ঐ মঙলান অমদা তাউকব্রা? নত্রগা, মঙলাক্লকবব্রা? ঐ খংপ্রেক খংই, ঐগী মকপ্পা ঐগী লেংবান্দা পায়বকপদো। বা মচেৎ অমতা ঙাঙনদে, ঐখোয অনী পবপ পবপ থোবক্লে। মহাকসু মঙ মঙলগা থোবকলিববা? নত্রগা, মঙলাক্ল বগ থোবাক্লিববা খঙদে। লম্বী যৌবখক্তনি ঐখোয অনীনা লমজেল তান্নবিবা।

ঙসাই অঙানবদগী অমম্বদা চঙখিবদদি ফনা ঙানবগুম তৌখি। হৌজিক অমম্বদগী অঙানবদা থোবকপসিদি ফনা নীংথিজনা মমখবে। ফত্তনা তাযওন্নবে। মঙলান্দ চৎপগা চপ মান্নবে। ফনা যাংনা চৎপগুমদি তৌই। অদুবু, খোঙফম খুদিং খোঙফম চানা নেৎপা ঙমদবগুম তৌই। খুদি অমা দোক লাউনা থীকই। তুগে তৌই। জয়না হংলকই, "কৈদৌবে?"

ঐনা খুম্মী, "কৈসু তৌদে, খুদি থীবনিদা।"

ডিরালি/ঈরাই

০৯/১১/০৭

# নওবু কনানো

করিগীনো তাজুরিবৌ নওনা ইমুংদা লৈরে চপ চপ লেপ্লিবা মপান্দ লৈরে চপ চপ লেপ্লিবা ? নিংথম উলেনগী চৈনা খাঙবদা ৱারবা উপাল ৱাপাল খুদিংসু মক লুক্না তুমিন তুমিন চপ চপ লেপ্লিমাল্লে। নিংথম পাউজেল পুবিবী লৈচিন মপৈ মাসু উনা ৱানা মরক্ত শুমাং থেলোং মযাদা চপ চপ লেপকুম উবি। অয়ুক অদো ফনদি থেঙলম্লনি। অদুবু, কোবৌহনবা মাসু মথৌ লেপখ্রবগুম মশক উবা ইফং ফংদে। অমম্বা অহিংগী মতম লোইখিবসি ফর্নদি কুইবে। অদুনা কুইনা লেপতুনা লৈথোকপা য়ারক্তবে। মাগী নুপীনা মশা ঙমদবা হেন্নজিল্লক্লে হায়বক্লির্বাস অহিং নোংয়াই চবুক অদুৱাইদগীনি। মহাক অতোপ্পা মী হৌরবোই খন্দুনা মনাও নুপা অমদি মচল অনীবু পুরগে খল্লে। মাগী নুপীনা মবক মরক নাহেবা হৌবকপদু মহাক তাবা ঙমলক্তরে। মাগী নুপীনা অসুম্না তৌরকর্পাস নাতৈ চাবা অমদি নত্তবর্নি। মরম অদুনা চাক থোংলিবা মচীন মৌপ্পা অনীবু কৌদুনা হংই, "ওই অৱাংপুই।"

"করি ওইপ্রানে ইপুং ?"

"নখোয় অনীকী চাক্তুবু লোইখ্রিপরানে ?"

"লোইকতৌরে লোইকতৌরে।"

"খরা থুরোনে। নওকা নওকী নপুংকা ঐখোয় অহুম ওইনা চৎতবা য়াতরে। মী অমুক হৌরকুমসিদা মাকী মাকী থপক চিন্নপসিদা।"

"শকাইতি শাপা লোইরপ্রা ইপুং ?"

"এ, শকাইতি শাপা লোইপা কুইরেতা। ঙসাইনা শাখরে।"

"কনা কনানা পুপা তারে?"

"এ, নপুংকা ঐকানা অতুম পুরকে। মী হৌরকুমসিদা। পোখ্বা পোখ্বা অদুম চৎলসি। থুনা য়োনীংবগী হায়রদি বিকামবৌখোয়সু পুনিংপনে। অতুপু তোক্লসে।"

"তুদি ৱাকনিতা।"

"ৱারপসু চৎত্রবদি নঙকী ননম্মদি শিবা তাপনিনে। লোইশিল্লো লোইশিল্লো। চাকয়োমসু খরা য়ামহল্লু। নঙকী নপুংতি মথিপোং চাউপনিনে।"

"হোয় ইপুং, চাক হান্না চাথোক্লসি লাক্লো। অসুম ঙাঙদুনা লৈরপদি থেঙত্ত্রনি।"

"ওই লোইরপ্রানে?"

চাক চাবা লোইবদুনা হোসপিতাল চৎননবা শেম শাবা হৌরক্লে। মাগী নুপীবু কৌথোক্তুনা শগাইদা হিপ্পনবা হায়কুরে। মাগী নুপীনা য়াম্না ৱানা হৌগৎলকপদু উকুবদা মাদি খংবু খংলুরে। নহালমখৈ মাদি থোইনা য়েংলুদে। মাগী নুপীনা চৎপা ঙমদবে হায়দুনা হিপতুনদা লৈখিবসি হুপতামুক্তি ফাবল্লগনি। অদুবু মবুক্তু অদুম্না কংলমগনি হাযবদি থাজরুদবনি। ফুট মরিমুক্তং ৱাংবা মাগী নুপীদুদি শামু মচাগা চপ মান্ননা লৈরল্লে। মানা তপ্না শৌরগা থোকমিন্নরক্লে, "খোঙ অসে থাংপা ঙমতে। যাম্না ৱায়যে।"

"ওই তপ্না তপ্না থাঙগুনে। হোসপিতাল য়ৌরপদি ফারকদপনিনে। নহালমখৈ হোসপিতাল য়ৌরগা ফপতুদি?"

"ঐদি অসি থোক্কনি তোক্লসি হায়পনি। নঙনা য়াতপা।"

"ওই অঙাংশিংকী মমাংতা ইকাইতরা? ফরে ফরে তপ্না হিপলো।"

"আ, ৱাখ্রেদা।"

"ওই ঐখোয়সু ৱাগদৌরিবনিনে নঙপু থাংতুনা পুপসে। ওই অৱাংপুই নখোয়পু লোইত্রিপরো? নপুংসু লাক্লো হায়রোনে, থেঙত্ত্রনিনে।"

"হোয় হোয় লাকএ ইপুং।" অৱাংপুইনা ইমুংদগী খুল্লকপনি।

"হৌচিক্তগী চৎপসিনা ঐখোয় হোরেল নুমিতাং থুংলুকতৌরিপনে। সাংসিবৌ নঙনা মমাঙদা পায়বো। ঐনা তুংতা পায়রকে। পায়রো পায়রো চৎপা হৌরসে।"

হোই হা হৌ, হোই হা হৌ হায়দুনা নীংথিনা শেম্বীদ্রবা অঙম্বা চীংমাযগী লম্বীদা চৎপা হৌরকই হোসপিতাল যৌনবা। কবিগুম্বা খোঙফম অমা শোযবদা নানথখিদুনা অমম্বা অশুকপা, লুববা লোকখা যৌখিবা য়াবা মফমসু যাওদনা নত্তে। হৈনা শিংনা উবীদা ৱাবিদা পাযদুনা যান্দুনা ফনা শাংনদি লাক্লবোই মনীংই। অদুবু যৌবা খম্বা ইনাযদি নাইদে। চীংগী লম ওইবনা নুংশাগী মৈশন্দি ইকন কনদে। অদুবু, খুদোং থীববা চীংগী লম্বী অদুদা মশা ৱাই শংদ্রবী অমবু মখোয অনীখক্তনা থাংলকপনে অনাবনা নাহেশিল্লকপনে থোইনা হেন্না ৱাখ্রে তাজুব্রিবৌ। ঙাইহাক অমুক পোৎথা ঙাইহাক অমুক চৎ লাকপনা মী অনী থৈনবা যাবা খজিক্তং চাউবা লম্বী যৌবকপদদি নুমিৎ তাথোকখ্রে। ঙাইহাক লৈববদি শা কৈ লমহুইনচিংবা শোযদনা থোবক্লগনি। লম্বী অচৌবতদি যৌহৌসি হাযদুনা তুবোই ঙমলোই চেনবোই লাকপোই চৎপা হৌবক্লে। অনাবসু চৈনা ফাওবা হেনগৎলক্লি। তপ্পা নাহেবম্বদগী লাউবা খোংবা অমা যাওশিল্লক্লে। অঙানবদা ওইবল্লগদি মখোঙ লোইনা পুনশিনবীরবা ওক্লা ওন্না থোইনা খোংবগুম শগাই মথক্ত ওল্লিবী অনাবীদু উবা ফংলমগদবনি। উপাইদি লৈতে ওনখিবা তাবি। তপ্পা চৎপা যাবা মতম নৎলক্লে। লম্বী অচৌবা যৌবকপা খুন খবা খবা কুঙনা তাবকপা উবদা শ্বব খবা হোন্দোক্লে। অসুম্না পোত্থবা যাদ্রে খন্না লাকপনা নুমিদাংগী পুং মাপলগা অদুৱাইদা তমেংলোং ডিষ্ট্রিক হোসপিতালদা থুংলে। হিংলনি খন্দুনা হোসপিতাল তম্না চেনশিল্লে। হোসপিতালগী মীশিং থোকলক্তনা মতেং পাংবীববে। খবা অমনা অনকপা কাটবদগী ডোক্তব কৌবা চেন্নখ্রে।

নিংথমথাগী মতম ওইবনা নৃমিদাংগী পুং মাপল তবা তাবা মতম হায়বসি তুম্না হিপনবগী মতম ওইববনি। অদুবু, তৌদবা যাদবা থৌদাং ওইবনা তুমথগে তৌকবদগী হৌগৎলক্তনা হোবে হোবে চেল্লকই ডোক্তব। থবো মাবো ওন্দুনা লাউ খোংদুনা লৈবন্নদু উবদা পছুবা তৌদনা ডোক্তব পবপ পবপ চংশিন্দুনা যেংই। তাজুব্রিবৌনা ডোক্তব উবদা মখুৎ লোন্নদুনা খুবল্লগা হাযজবকই, "ডোক্তব, য়াববদি হৌজিকমক খবা থুনা তৌপীবো।"

"য়ারোইনে। সিদদি ওপবেসনগী খুদোংচাবসু অমতা লৈতে। ওপবেসন থিয়েটব লৈ হায়বদুমঙায নঙসু চঙদুনা য়েংউ। শিজিন্নবা যাদ্রবা নোং যুববা মফমনি। খুজু খুৎলায়সু অমতা লৈতে। কবম্না তৌগনি ?"

"হান্নতি অতুম তৌপনিনে। অহুম্লক তৌখ্রপনিনে।"

"হা ! করম্না ! ডোক্তর কনাননো ?"

"ডোক্তর মমিংতি খঙতে। অদুপু অদুম তৌপীপনিনে।"

"করম্না তৌগ্রিবা ?"

"খঙদে, মখোয়দি মকক মকক কক্লগা অদুম পুথোকপীপনিনে।"

"হা !"

"অশেংপনি ডোক্তর। মখোয়সু অতু নত্ত্রবদি উপাই লৈতে হাযপীপনে।"

"অস ! নখোয়না হায়রিবসি য়াম্না লুবে। ঐ ঙাইহাক্তং খনখিগেকো।"

"মাতি ব্লাপনা লোইবপনিনে।"

"ব্লাবগী ব্লাবা ঙাইহাক্তি ব্লারসনু। ঐ অমুক্ত খনখিগেকো।"

অসি হায়রম্লগা ডোক্তরদো মরূ লুকথবগা থোকখি। লাকপবা লাক্তে, লাকপরা লাক্তে শোমদদি নর্সনা পোত্থনবা হিদাক কাপ্পী হায়বদুমঙায় লাউ খোংবা লেপতে। মিনিট অমা লেপলুরবসু অমুক অমুক লাউবকপদা হোসপিটাল অদু পুমনিল নিল্লি। তার্জুব্রিবৌ ফমদুনা লৈথোকপা ঙমদরে। অদুনা ডোক্তরদি কদায়দা লৈগদগে হায়দুনা হংলগা ডোক্তর উন্নবা চৎখ্রে। মানা ডোক্তবগী মনাক য়ৌবা মতমদদি ডোক্তরদু মকোক পায়দুনা ফমদুনা লৈরম্মী, "চঙলকউ। ফমলু লাউ।"

"ডোক্তব, ঐদি ফম্বা ঙমদর্বনিনে মানা কন্না কন্না লাউবদা।"

"করিসু তৌরোই, ঐনা য়েংলম্লবনি। খরা লাউসনু। মদুনা মা শিবদি শিরোইকো।"

"অদো ডক্তর চানপীতুনা খরা তৌপীরোনে।"

"অদো নখোয়বু ঙশাইনা ঙল্লৈঙৈদা পুরকপা য়াদরো ? ঐ ইথক্তনা তৌবা য়াবসু নত্তে। অসুক থেঙনা লাক্লিবসে করিগীনো ? তৌজিক্তি লোইনা তুম্না হিপনখরে।"

"ঙসাই অয়ুক পুং মাপলগা অদুব্রাইদগী লাকপনিনে, ডোক্তর।"

"হা ! য়াম্না লাপ্পরা ?"

"য়াম্না লাপ্পতি নত্তেদা। গাড়ী চেল্লপতি পুং অমতগী হেন্না চংলোই। শকাই শারকা খোঙনা পুরকপতা থেঙপনি। লমপীসু য়াম্না ফত্তবা কন্না চৎপসু য়াতপা।"

“নখোয়না হায়রিবা পুক মনুংদা অঙাং ককথংলগা লৌথোকপা হায়বদুদি ঐদি তৌবা ঙম্লোইনে। মাদু পাপনি। হা, নত্ত্রানে? ফরে, অদো নখোয়বো অঙাংদি পামদবরা?”

“পাম্লপসু উপাই লৈতপনিনে। মানা অঙাং পোকপা ঙম্লপদি ফকতবা।”

“ঐ ব্রা হায়গে। নখোয় ইম্ফালদা চংলো।”

“করম্না চংকতরা ডোক্তর? হৌজিক্তি গাড়ী থিবসু ফংলোই। ফংলবসু ঐখোয়দি গাডী ব্রায়নপকী পৈশাসু য়াওরক্তে ঐখোয়তি লাযবপা মীনিনে।”

“হোসপিতালগীসু গাড়ী লৈতে। অদুবু সি.এম.ও. গীদি মহাক মশাগী গাডী লৈর্বনি। ঐ চে অমা ইবীরগে। অদুগা নখোয়না মাগীদা অমক্তং চংলগা হায়রু। অদুগা য়াই যাদে হায়বদো ঐঙোন্দ তম্বা অমুক লাকউকো। ঐদি ক্লাটবদা লৈবম্লগে।”

“ফকনি ডোক্তর। ঐ চংপীরুগে।”

অসি হায়দুনা ডোক্তবনা পীবা চে মচেংতু পায়দুনা ডোক্তবনা তাকপগী মতং ইন্না সি.এম.ও. উনাবা লাক্লে। কৌবদা পাক তাদে। লোইনা তুম্না হিপ্পখ্রবা ওইবমাল্লে। অদুবু, হন্না হন্না কৌবদগী উচিন নাচিন্না থোঙদু হাংদোরক্লে। ঈশ্বরনা চানবীদুনা সি.এম.ও. উন্নগে হায়রুবদসু যাবীরক্লে। তুমলুরবা সি.এম.ও. দু মমিৎ ফাক্লি ফাক্লি তৌদুনা হৌগংলকই। চেদু পীশিন্দুনা পাহল্লে। সি.এম.ও. না মাগী গাড়ীদু য়াম্না হরাও হরাওনা পীবীবক্লে। পবপ পরপ চেল্লক্তুনা মাগীদমক চে ইবীখিবা ডোক্তবদা তমলুবে, “ডোক্তব, ডোক্তব।”

“য়ারক্লুব্রা, কমদৌবে?”

“য়াপীরক্লে ডোক্তর।”

“ফরে ফরে। অদুদি নখোয় হৌজিকমক চংলু। নখোয়গীদমক খরা ফনবা ঐ চে অমসু ইবীগেকো।”

“হৌজিক্তি চংপা য়াবোইনে ডোক্তর। ঐখোয়না কোংলেগু ফাওতুনা চংপতা ঐখোয়পু শোয়তনা হাংপীখির্কনি।”

“ইস! অদুদি কমদৌনি?”

“হয়েং অযুক ঙন্না চংলকে। অতুতি যাকতরা ডোক্তব?”

"ফরে অদুম্না তৌরো। য়াবরা য়েংলসিকো।"

"অদুবু লুরিবদি ডোক্তর ..."

"করিনো হায়য়ুনে ?"

"পৈশা কয়া চঙকনি ? ঐখোয়তি পৈশাসু অমতা য়াওতপনিনে। হান্নসু হায়চপতুনে ঐখোয়তি য়াম্না লায়রবা মীনে। আততি কনাতকী হংলুনি। কনানা ঐখোয়পু মতেং পাংপীকনি ?"

হায়নীংদ্রবসু মানা ইম্ফাল য়ৌরুরগা থেংনগদবা অব্রাবা ময়ামদু খল্লুবদা য়ারবাদি চংলরোই খন্দনা হায়রবনি। য়াবর্বাদ মাদি মফমদুদা মতমদুমক্তদা মাগী নুপীগী অব্রাবদু কোকহন্নিংলবনি। হান্নসু মফমদুদা অঙাং অহুম চপথংতুনা লৌথোকশ্রবনি। মহাক্না পাল্লিবাদি হন্দকসু মদুমক্লি। অদুবু, ডোক্তরনা ঙাইহাক্তং খল্লগা হংলকই, "ফরে, নখোয়গী এম.এল.এ দি কনানো ?"

"ডোক্তব, সামুয়েলনি।"

"হা ! অদু ওইরদি মঙোন্দ হায়রো।"

"ইস, ইকায়পনিতা ডোক্তর। মানা করম্না পীরক্কদরা ?"

"পীরক্কনি পীরক্কনি। অব্রাবদা মতেং পাংনবা হায়বসিদি হৌনশানি। ঙসাইগী অদুগুম্না ঐ মঙোন্দ চিঠি ইবীগে। মদু মঙোন্দ পীযু। নঙগী ব্রা পুম্নমক পন্দুনা ইগদৌরিবনি। হয়েং নখোয়না চংলমদাইদা পীরগে। অদুগা নঙগী থবক অদুগীদমক ঐগী ইমান্নবা ডোক্তর অমদসু চিঠি ইবীগে। মহাকপুসু মতেং পাংহনগে। নঙ কবি ব্রারুনুকো। চিঠিদু পীযদা মাসু অদুম খঙগনিকো। নঙ চিঠিশিংদু পীবদি কাউগনুকো।"

"কাউচরোই ডোক্তর। ডোক্তরনা ঐখোয়গীদমক য়াম্না ব্রাপীরে।"

"ব্রাদেদা। মসিদি ঐগী তৌফম থোকপনি। ঙসি অহিংদি মা খরা লাউ খোংবা য়াই। অদুবু কৈসু তৌরোই। মনুঙদগী অঙাংদুনা লেঙবগীনি। অঙাংদু খরা চাউই। অদুননি। কৈসু তৌরোই পাখংলুনুকো। করিগুম্বা য়াম্না হেন্দ হেনজিল্লক্রবদি কৌবা লাকউকো। চংলো চংলো নঙসু তুমজরুরো।"

"ফকনি ডোক্তর।"

ফনা য়াম্না থেঙলম্নগনি, ডোক্তরগী মনাক্তগী থোরকপদা পূং বারোদি তারম্নগনি। লমশাং লাকপগী ব্রাবনে অহিং থেঙজিল্লকপগী ব্রাবনে তপ তারে মশাদো। অদুবু খোঙথাং লেপ্লা য়াদে। থুনা য়াঙনা লাক্তুনা হোসপিতাল য়ৌরে। অনাবসু লাউ খোংবা খরা হুম্বুরম্বগুম তৌই। নাহেবদি লেপ্লমদরি। কয়া ব্রানা খাঙলবা অহিংদো। যুগ অমা মমদুনা লৈরবরা খন্নরুই। অদুবু মতমগী খোঙচৎনা লেপ্তবনিনা অমম অঙানদি শিন্নরক্লে। চৎননবা মমায় মমিৎ তাথোক্তুনা শেম শাবা লাক্লরিঙৈদা ডোক্তরদি য়ৌশিল্লক্লে। মখোয়না হান্না চৎলগা পাউ পীরুবকা নংহৌদরে।

"নখোয়বু লোইদ্রিবরানে? থেঙপ্রনি, চৎনবা তৌরোদনা?"

"লোইজরে ডোক্তর।"

"গাড়ীদি লাক্তুনা লৈরেনে। সে সে, চিঠিশিংসিসু হাপচিল্লো ঐনা ফজনা ইবীরবনিকো।"

"অহোয় ডক্তর। পোৎ চৈশু হাপচিনপা হৌচরপনি।"

"ফরে ফরে, নপোৎ নচৈ কাউনি। চিৎথা নাহ্নবা মুন্না য়েংঙউ।"

"থোইতোকপতি য়াওতরে।"

"তপ্পা থাংগৎলু। তপ্পা তৌ। নখোয় কনা কনানো খরা পায়বীয়ু। হৌজিক শোক পলহনবা য়াদেকো। মশাদু য়াম্না লেং-ওৎ তৌদনবা নখোয় অমা অনীনা মাবু পায়বীয়ুকো। হো হো অদুমহায়না নাকলদা ফমলো। য়ারে য়ারে।"

"অতুতি ডোক্তর, ঐখোয় অমুক চৎচরুখিকে।"

"চৎলুরো চৎলুরো। নুংঙাইনা চৎলুকো।"

"নুংঙাইনা চৎলকে ডোক্তর।"

তমেংলোংদগী ইম্ফাল য়ৌবা লম্বী অদু খোঙনা চৎলম্বা থোক্লবদি হুপ্তা অমদি চঙলমগনি। অদুবু, গাড়ীনা চৎপনিনা পূং অনী অহুমগী মনুংদা ইম্ফাল য়ৌরে। হোসপিতাল হেক য়ৌবগা কেজুয়েলটিদা পুশিল্লে। অদুবু ডোক্তরশিংনা য়েংবদা ও.পি.দি দা মিং চনশিল্লগা ওপরেসন তৌরসি হায়রে। তমেংলোংদগী ডোক্তরনা পীরকপা চিঠিদু পুথোক্তুনা পাহনবদা ডোক্তরগী মরুপ ডোক্তরদুসু লাক্কনি হায়রে পারিবশিং অদুনা। পূং অমা অনীদি ঙাইখিনি মিং চনশিল্লুরো হায়রক্লে।

মিং চন্নবগী মফম নুংফম লোইনা তাকপীরে। মচন্না মনম্মবু শঙহল্লগা মনাউনুপা সাংসিবৌবুনা টিকেৎ ককপা থারে। অদুগা তাজুব্রিবৌ মশানা এম.এল.এ উন্নবা চৎলে। মানা এম.এল.এ গী কাটর হং হন্দুনা মথ্বায় ব্রানা চৎপদা খরা থেংদোকখ্রবসু এম.এল.এ গা চপ চানা থেংনরুরে। এম.এল.এ না মাবু থিনথবা তৌহনদনা লুপা লিশিং অনী পীরকপগা লোয়ননা মাবু হোসপিতাল ফাওবা থিলহল্লে। অচঙবা খুদিং পীবীগনি হায়দুনা তাকপীরক্লে। মানা খল্লুবগী ব্রাংমদা লোইনমক লৈবন্দুদা ঙমখে লৈতনা হরাওখরে তাজুব্রিবৌ। চীংনবনা পিক থল্লব্রা মাগী পীক্রবা থম্মোযদা শাফু কল্লবা মীনুংশিগী ঈচেলনা থন্না চেনশিল্লক্লে। মায়থোং মকা লাম্না হোসপিতাল য়ৌরকই। মাবু ঙাইদুনা লৈনরম্মী। হেক য়ৌবগা শহি তৌরো হায়রে। ঙাইহাক্কী মতুংদা মচানুপা অমা ফংলে হায়দুনা নর্স অমনা পমদুনা পুথোবকই।

নুমিৎ মঙা তর্কক্লিসি অফ অপুন্ননা লৈরুরবনি। অদুবু অনাবনা মশা খরা কনখৎলকপা ডোক্তরনসু ফবনি হায়বগা হরাওনদনা অমতা য়াওদরে। ঙসি ডোক্তবনা বাউণ্ড লাক্লন্দা হয়েংদি য়ুমদা হনবা য়াবনি হায়রল্লে। মনাওনুপাসু মচলনুপীসু খংনবদা লৈবা মচে মনেমশিংদগী বীদায় লৌবা চৎনখি হয়েংগীদমক। তাজুব্রিবৌ ইম্ফালদা লাক্লিঙৈদা করিগুম্বা খরদি লৈনীংবনি। পৈশাদি য়াওদে। অদবু লাক্লবনিনা থুমগা ঙারিগর্তদি খবা লৈরুগে খল্লি, "ওই! ঐ পচার কারুকে হয়েংত চৎলতপাননা।"

"করি করি লৈরুতৌরিপা, পৈশাতি য়াওতনা।"

"লৈপকী হায়রতি য়াম্না লৈনীংইতা। অতুপু লৈররোই। থুমকা ঙারিতংকতি লৈরুকে। অতুতি ফত্তরনে? ঙাবি অহাওপা লৈরুকে।"

"পৈশাপু য়াওরিপ্রানে?"

"হয়েংকী হনপকী ভারাতি নিরুরকে। লুপা য়াংখৈতি য়াওরি। মসিনা লৈথোকলুরগে।"

"এ, মীনা উখ্রপতি ইকায়রোইতরনে? ভারানা মীঙোম্দকী নীপা অতুকা নঙকীনা ঙারি লৈথোকপা।"

"এ, মী উহল্লরোইতপনি। ঐ চৎলুখিকে। থুনা হল্লকতপনি।"

"করিনা চৎকনি?"

"ওই খোঙনা চৎকতপনিনে। অসূক নকপাসিপো কয়া কুইনা চঙকনি। মখোঙ পানপসে ঈশ্বরনা চৎননবা পানপিপনিনে। নঙ খঙতে?"

"খঙঙে খঙঙে।"

"অরাংপুইখোযদি কদাযদা লৈখবে?"

উক্ন উক্ন লৈদুনা যেংই। উবক্তুবদা কৌদুনা যেংই, "অরাংপুই!" মচল নুপীনা লৈবা উববদা মথন্তা অমুক শোনজে, "এ, অসিতা লৈবে।"

"ইপুং কবি ওইপবা?" অরাংপুইনা খুন্নকপনি।

"ওই, ঐ পচাব চৎলুখিকে। নঙ ননম্মকা খবা লৈমিন্নবম্মু।"

"হোয ইপুং, ঐ লাক্লকে।"

"ঐ থুনা লাক্কেকো।"

অসি হাযবম্লগা নংজৌববোই মতাগুম থুনা য়াঙনা চৎখি। হল্লক্লগা এম.এল.এ.গী মনাক্ত চৎকদবসু লৈবিবনি। হবাওবা নুংঙাইবনা হেনাখদনা মদি রাবগা অমতা খঙখিদবে। মনাওনুপাদা শিন্নবসু যাবনি। মনাওনুপানা ঙাবি অহাওবা খনবা হৈববোই খনবদগী মাশা ওইনা চৎখিবনি। মাদি ঙাবি অহাওবা যাম্না পান্মী।

রা, অঙকপনি! মানা ঙাইহাক্তং খ্বাইবম্বল কৈথেল যৌনবা চৎখিবদুদি অচৌবা কুম্মৈ অমনি। য়োংনা কৈথেল কাবগা চপ মান্নে। লম্বীগী নাকল অমরোমদা চৎলি ভুংলোমদগী হোবোল খোংজিল্লকই। নাকল অমরোমদা অমুক চৎলি মাঙলোমদগী গাডী থৌজিল্লকই। ফন ফা চোংদুনা চৎপদুদা গাডীনা থেংলমগদবা খজিক্তং রাৎপসু মযাওই। চৈবম্বনা কোঙ্গাযনি। নোকশিল্লম্বসু ময়াওই। মযামদু মহাক কবিসু নাচুংদে। মাগী চৎকদবা কৈথেল, লৈগদবা পোৎতুমখক লৈবগা লোইবে।

তাজুরিবৌগী নুপীসু নহালমখৈদি থোইনা খল্লুদবনি। অদুবু, হয়েং চৎলনি হায়বদুদদি মপুক্লিংদা খংনুং নুংশিবা অমা পোক্লকই। মবমদি – হন্দক্তি ইচম চম্না হনগদবা নত্তে। মচানুপা অমা মতমবাক্ত পল্লগা হনগদৌরিবনি। হাঙলবা মাগী মযুমদা নুমিৎ মচা অমা ওই, থাজ মচা অমা ওইনা থোকহল্লুগদৌবিবনি। মমাংঙৈদি অসুম্না হোসপিতালদা অহুন্নক লাকপ্রবসু মথন্ত মখুৎ ইহাঙ হাঙনা হেক হেক হনবনি। অদুবু, ঙসিদি কয়াদি লাইবক ফরবা? হনজিন হনজিন উরবা মচাবু

পমখৎতুনা অমুক্তং য়েংনীংলকই। হীপল্লবদগী হৌগৎতুনা তুমিন্ন তূমজরিবা মচাবু লৌখৎতুনা পমজৈ। মীরোল তাজদ্রিবা মচাগা ৱারী শান্নজৈ, ''অপুংঙো হয়েংতি য়ুমতা চৎলনি। ঐখোয়গী য়ুমতা চীংলৈপাক্তা মমাকা পপাকা অতুকা নেনেসু কাকাসু ঐখোয় পুন্না চৎকনি। খুম্মুনে, নঙপু চৎকতরা হায়পা? নঙপু কনানো কনানো হংপতু নঙপু তানীংতরা হায়পা? হায়য়ুনে, কপতুনা কপতুনা লেল্লমপা ইমাগী থম্মোয়পু নোকহনপা নঙপু কনানো?''

ইরাই

১৮/০৪/১৯৯৮

# লাইসু ঙাওরমাল্লে

"ঙসি মণিপুরদা অনৌবা লৈবাক ঙাকলোন অমা লাক্লগনি। মবম অদুনা লমদম অসোমদা লৈবীরিবা অহল-লমন ইপা ইপল ইমা ইবেল ইচীল ইনাও থোইদোক হেন্দোক্লা তুংগী যুম্বী ওইবকদবা ছাত্র নহাবোল খ্বাই খিবিক্লা ব্রাখল খম্বীযু। মমল যাম্লবা মীওইবগী পুক্সিবু পৈশাগা শিন্নবীগনু, ইশাবু মমল যাওদনা যেন্দেম হঙ্গাম যোনবগুম্না যোম্বোকপীগনু। শোথহৌববা লমদম অসিবু শেমগৎ শাগৎনবা হোৎনবদা অদোমসু অচৌবা থৌদাং লৌবীযু। চহি মঙা মঙাগী লাইবক চাং য়েংনবগী মতম অদু লোইশিল্লসি। শেঞ্জ-থুমজনা থল্লবা হুরানবা ললোনবগী লৈবাক ঙাক্লোন অসি মব্দ ফংনা মুৎথৎলসি। মীয়াম্না চাওখৎপা সমাজ অমগীদমক তুংগী খম্বীদুনা ঐবু অমুক্ত মীয়ামগী মীহুৎ ওইনা মীখলদা থাগৎপীযু। হল্লো, হল্লো..."

"তাথোই!" ঐনা তপ্পা কৌই, তাথোইনি খঙলবা তুংদত।

"এ, ইবুংঙো হন্দক্তি ভোর্টাসি ঐঙোন্দ শোয়বীদবা য়াদে।" তাথোইনা খংপ্রেক খংনা ইফিং ফিংগৎনা মমায শৎ লৈশিল্লক্লগা হায়রকই। মাগীদু ঐনিকা থোইনা খঙদুনা হায়রকপা মান্দে। অহিংদুদা লৈরম্লিবা ফিভমদু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইতে। পঙথেঙ থেঙবা মতম নৎত্রগসু নিংথম-থাগী মতম ওইবনিনা ফনা ফজনদি ইঙই। মফি মরোল অথাবসু অমতা য়াওদে। ঐনা তন্না তন্না লাক্লিবদুগা মানা তৌরম্লিবদুগা ঐ পুমঙক ঙকই। মযুমকা চঙনীংলগা চঙলকই চঙনীংদ্রগা মানা চৎনীংবা মফমদা চৎপা অসিনি মানা ওইরক্লিবা ফিভম। ইমুং মনুংনসু ফাজিন্দুনা থম্মবা হোৎনৈ হায়বদুমঙাই মঙমদে। শেল-থুম পায়খিদুনা লায়েং মফম চাবা অমদা পুবিদুনা

লায়েংবীরবদি ফগদবা লায়নদি, নৌরিঙৈদা য়েংবীরম্লবদি। হৌজিক্তি ফগদবা মাং দরে। ফনা শাংনা চৎমিন্নরুরমাল্লে মখোয় থোঙ্গাল মপা য়ৌরম্লে। তাথোইদু করি করিনো খরদি ঙাওখিমাল্লে ঐদি ময়েক শেংনা তাহৌদ্রে। অদুবু মহাক শাউদি শাউরম্লোই ঐবু য়াম্না লুনা তৌজবনি। ঐনা তপ্পপ্না হংই, "তাথোইবু ভোট লেপ্লিব্রানে?"

"ইনাও ইবুঙো লেপ্তুবা য়াদ্রবনি লৈবাকসি ইরাং অমা তৌরে। লৈবাক মাঙগদৌরে খুন্নাই মৎকদৌরে। হুরানবদা চুম শো শিন্নরেনে। তৌহৈদবা ওমঙ্গলগী মশক্তি। নখোয়দি য়েংদুনা লৈবসি হৈনরমাল্লেদা হা? মন্ত্রিকা হায়বসি কৈসু নত্তে। ঐখোয়সু অদুম ওইবা য়ার্বানিনেকো।"

তাথোইগী ব্রাদু থওইনদি খল্লুদে। অদুবু, হাইফেৎ ইকায়বা অমদি ফাওই। অদুবু, মানা লাউরিবা খোংইবদুবু ঐনা হেক তৌরুরবদি ঐদি নোংঙাল্লকপদা অদুম লোইবেনে। অমবু ওইরে অমবু ওইরে ফিভম অদুদা মাবু থাদোকখিবা হায়বদু ঐ যাম্না নুঙাইজদ্রে। মাবু খামহৌদবা য়াদে খন্দুনা মাবু থেম্মী, "তাথোই অহিংসি থেঙলক্লে ভোটতু হয়েং ওইনা খোল্লসি লাকও।"

"মীসু অসুক য়াম্না খোর্মারিবসিদি? কদায়দগী নুমিৎ মরি মঙানিদা ঙায়শিল্লক্লবসিদা তুম্বা হিপ্পা চাবা চঙখিদ্রনে? নখোয়সু নোং-ফাদোক মতেং পাংবা য়ার্বনি। ফবে নঙ চঙলমমো ঐ অশ্বাই ফাওবদং চৎলুখিগে।"

"লাকওনে হয়েং ঐসু য়াওবীগে। হৌজিকপু নঙনা লাউদনা কনানা তাবীদোইনো?" খুদাং তাপ পায়দুনা চিংই। য়ান্নদুনা হোৎনজে হায়বদুমঙাই শরুনা তোংশা কুপ্লবা হকচাংদুনা কয়াম কুইনা খাঙগনি। মানা ঙমগদবা মাল্লক্রুবদুদদি মহাক কপথোকরকই অদুগা হায়রকই, "ঙাইখো ইনাও ইবুঙো, অমুক্ত ঙাইখো। কনবসি নঙনা য়াম্না হেনখ্রে।"

তাথোইগী মমাংঙৈগী ফজবা ব্রাহৈ ব্রাতদু হৌজিক ফাওবা শিজিন্নবা লেপলমদ্রি। ঐনা মখা তাই, "মীনা চৎপদি মাইক্রোফোন পান্দুনা হব্রাগাড়ীদা অথাবা ফি-রোল শেৎচিন-ইনশিল্লগা চৎপনি। নঙদি নফি নবোলসু অমতা য়াওদে। শোয়দনা নারক্লনি।"

তাথোইনা মপুক্রিং নুংশিনা খুল্লকই, "ইবুংঙো অরৈবা মখোয়গীনা মখোয়গী লৈজদবা ঐগীনা লৈজদনা। সিবু করি কায়গেনে? অদুবু ঐনা মীওই খরদা ওইরবসু

ভাব তাজনবা হোৎনজরিবসিবু য়াম্না লাল্লব্রনে ? ডেমোক্রেসি চৎপা লৈবাক্লিনা ঙাঙনীংবা ঙাঙবদা কবিসু কায়দেনাকো ? কমপুটরগী মতমসিদা লাউননীঙাই মথৌদি ইতা তাদবা জাৎনি। মীয়ামসে ভাবতা তাবীয়ু ঐসু তোকচগে হায়রিবনি। হৌজিক্লা চাক চরা অমগী লুপা নিফু য়াঙ্খেখক্কী মশাদু য়োক্লোক্লে। মখোয় মখোয়বু চহি মঙা চঙনা লাক্লবীরক্কদবদু কনাসু খঙ্ছদে। হংগী লাইগা চপ মান্নখ্রে মীয়ামসে। মমিৎ পান্দবা মথ্বায় য়াওদবা, হা ইবুংঙো ?''

তাথোইগী ৱাদু খুন্না অসুম লৃশিল্লক্লে, ''অদু য়ৌশিল্লক্লবদি ঐসু ঙাওবে। তাথোই নঙ ভোট খোমলুবো। ঐসু চঙলগে।''

''নঙোন্দ শোক্লব্রো ? ইনাওদি ফনা জ্ঞান তাবনিদা।''

''নুংঙাইখিদ্রেদা তাথোই।''

''হা, হা... অদুনি ঙাইহাক্ত ফল্লখো লাউ। সে সিদা ফল্লো লাউ, মথকসিদা। ঐ উফুল কছোক্কে। নঙ চুরুট থকতাই ? চুরুট থকউসে।''

''কদাযদগীনো সিদি ?''

''ঐগীসু সঙ্গ লৈজরিজাৎনিদা। নঙ থকনীংদ্রবরো ? ঐগী মরুপ অমখক্লা লাল্লকপনি। অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না লুনা তিন্নবকপা।''

''নাতৈ চাদবা তাথোই মৈখেৎতি য়াওদনা ?''

''হোয়নে অদুমদি ঐগীসু য়াওদ্রে। নঙ অদুম হাপচীনজরো নয়ুমদা থকউনবা। মদো ঐগীদি ভোৎ থাধনবা পীবা নত্তেকো।''

''য়ুমদা থকলুনবগীদি ঐগীসু উপু অমা য়াওরিনে, তো।''

''কদায় অদু ওইরগা খরা পীরম্মু।''

''সে সে, সি হাপচীনজরো। য়ারেকো ? সিনা ঐগী।'' উপু তংখায় অমা লৌথোক্লুনা পী। ঐনা তংখায় অমা হাপচিল্লে।

''য়ারে। অদো, নঙবু ঙাইহাক্ত ঙাইখো। নঙবু য়াম্না চঙনীংলব্রো ?''

''করি ৱারী শাখিসি হায়রিনো ?''

''ঐদি চঙলবোই। ঐগী কাদা চঙলগা ঐগী চাক শরুক্তো নঙ চাজরুরো

''তাথোইদি ?''

"ঐদি লামদ্রে।"

"তাথোই ইচীন ইনা..." চামীন্নদবা কুইরে হায়গে তৌবনি। অদুবু, ফিভমদুদা চামীন্নরুসিকা হায়রক্লবদি খন্দুনা লেপ্লে। হঙ্গোইবগী ৱাদি নত্তে। ঐসু ওখাক্লা হঙ্গোয়গন্দবদা হায়নরিবনি। তাথোই মশামক্লা ফাওবা ঐবু অঙাওবীগা চাক চামীন্নে হায়দুনা লক্লম্ব্রিবনি। ক্লবকী কেম্প তৌরিঙৈদা কদায়দৈ অঙাওবীনো অমনা ইচাগা চাক চামিন্ননি হায়দুনা পরপ পবপ হোৎচীল্লকই ঐগী পুখম ময়াদুদা। ঐসু ত্তিনঙক মাযঙক্লদুনা অদুম লৈখি থাংদোকপা নংহৌদ পুখমদো। ঐনা তোৎলম্বা চাক শরুক্ত ঙমশিল্লমদবা নুংঙ্‌'ইতদুনা ঙর্মশিল্লম্বগী ৱাতনি। ময়াম্না খুবাক খুদুনা য়েংবদুদা ঐসু নুংঙাইনা হরাওজবা অমবুদি য়াওখি। ফাগী ফাগীদগী চাক্ত ইমাগুম্বী অঙাওবীদুগা ঐগা ফজনা চামীন্নখি। অদুবু, ঙসিদি কদায তাথোইগী ফিভমদু উবদা মনমদু তাবদা চাক ফাওবা লামদ্রে। নোং চোৎপদগী হেন্না ইরুজদ্রবা, নুংশিৎনা হুম্বদগী হেন্না নোংমতা হাৎপীদ্রবা শম, চেৎখায়রবা চিনবান্দুদা অয়ুক নুংথলদা ইল্লমগদবা হযিং, অসুম খষ্ঠরুববদি পুক্রিং নুংশিবা পোক্লকই। মতম অমদা লৈকাযদা লাইবিক ফবদা লমচৎ শাজৎ ফজবদা ইমাখোয়না মতৌ তমজৌ হাযনরাম্লবনি।

মাগী লমচৎ শাজৎ ৱাঙাং শাঙাংবু পামজবদগী ঐসু মাগী মতুং ইনখিবনি। অঙাংদসু অঙাংগী অতলদসু অতলগী হৌনবী অঙাং অহল খাক্তনা ব্যবহার তৌই। মীনা হায়বা খুদিং হোয হাযবসু লৈখিদে। মীনা য়ানীংদবা থবক তৌবসু লৈখিদে। মীগী ফত্তনবা থবক তৌনবা ৱাখল মঙোন্দগী নোংমতা থোবকপসু উখিদে।

থোইদোকনা মীওইবা খুনাইগীদমক্ত কৎথোক্কে খনজখিবা নুপানি। নোংমা ইচে তোম্বীগা মখোয মখোয়গী অপাম্বগী মরমদা মরৈ য়েংনখি। তাথোইনা ঐবু ইচে তোম্বীখোয়রোমদা চৎলুসি হায়দুনা পুবিখিবনি। ইচে তোম্বীখোয়গী কোম্ব্রোংদু ৱা মপুম অশাংবনা ফৈনা ফৈনা থিংবীদুনি। কোম্ব্রোংদুদা খোঙ য়াম্বদুনা ফন্নগা ৱারী ঙাইহাক শান্নববা মতুংদা ইচে তোম্বীনা খঙহৌদনা য়াম্না নুংঙাইতনা হংলকই, "তাথোই নঙগী নশক্ত য়েংবা য়াম্না নুংঙাইদ্রে। খরসু পোখাউ কৈদৌগে?"

"কৈদৌই হায়গে মীওইবা হায়সিদি সি ঙাক্তনি। কয়াম কুইনা নুংঙাইদুনা লৈগদগে? মীকুপ খুদিংগী অৱাবগী শক্লোন ঙাক্তনি। হিংলিঙৈদা মীওইবগী নুংঙাই য়াইফনবা করিগুম্বা খরদং তৌরম্বনা পুক্সিসে মহৈ য়াক্লোইদ্রনে?"

"মীগী নুংঙাইনবা হোৎনবদা মীনা নুংঙাইখিনি অদুগা নঙনা চরাম চতৎনদুনা খাঙবদুনা করন্বা মহে ? নোং হেক ঙানবগা ক্লবকী, এসোসিএসনগী, আ অদুগী ওর্গেনাইজেসনগী অদুদগী হেন্দোক্তুনা মামোখোয়গী, তয়াইখোয়গী, ইচে মেম্মাখোয়গী থবকনি। ঐ খঙই, ঙাইহাক্ত পোখবা ফংলমগদবা মান্দে। ঐদি হায়জহৌরিবসিনিকো। পুক্সিদা ইংনা তপ্না নুংঙাই য়াইফনা লৈমিন্নসি হায়রবদি হিংনবা লন্বী অমা শেম্বীয়ু। নঙগীনি হায়বদা নতেং পাংবীরগদবা কনা কনানো ?"

"ঐগী মী ঙাক্তনি, নঙসু লৈরিবসিদি ?"

তাথোইগী ব্বাদু করিনো অমদা শোয়খ্রমাল্লে। খঙহৌদনা ইচে তোম্বীদু শাউখিবা মাল্লি, "তৌশিন্নরিবনি থাজবীরুনু। চেক্ত চেকশিল্লক্লগা কনাসু লৈরোই। মী হায়বসি খ্বাইদগী লৌনম নমথাক চাউবা শানি। মাগী মাগী ওইজবা ফংলিখৈদি আ ইবুংঙো, আ থোই, আ তাথোই ঙাক্তনি। কান্নবা ফংদ্রবা মতমদদি মখোয়গী মমিৎতা হূই অমনা ফাওবা হেন্না মরু ওইনা খল্লক্কনি, নুংশিখিনি।" ঐঙোন্দ ওনশিন্দুনা অমুক হংলকই, "চুমদ্রনে ইবুঙো ইচেনা হায়রিসিবো ?"

ভাব তাবোই তাদবোই ঐ ইপা পাখংনা তুমিন্না অদুম লেপতুনা লৈখি। হোইসু মাইসু হায়খিদে। তাথোইনা য়াম্না তপথনা খুমলকই, "তোম্বী, নঙমক্লসু অদুম্না খল্লবা ? ঐদি নঙোন্দগী আশা য়াম্না তৌরম্বনি। ফরে, ব্বা শাংথরগুমসি। মদু মখোয় মখোয়গী ধর্ম্মগী ব্বানি।"

"মীবু কন্নবা হোৎনরিবা তাথোইগী ধর্ম্ম নত্ত্রা ? অদুগা ঐবুদি করিগী কন্নবা হোৎনবীদ্রিবনো ?"

"নঙ য়াম্না কিরব্রা ?" ইচে তোম্বী খুমদে। শুৎ শুৎ কপতুনা লৈ। তাথোইনা মখা তাখি, "ফরে ঙসিদি ঐ চৎলগে। কোন্না অমুক লাক্লগে। নুমিত্তুদা মখা খন্নরসি।"

মদুগী তুংদা তাথোইনা ইচে তোম্বীগী মরমদা ঐঙোন্দা ব্বারী অমুক হন্না শাখিদ্রে। অমুক হন্না চৎলুসি হায়নসু হৌরক্তরে। মহাক মথক্ত অমুক চৎখিব্রা চৎখিদব্রা ঐ খঙহৌদ্রে। মখোয় অনীগী মরক্ত লৈবা মন্নীদু ইচম চম্মী। অমগীসু অমগীসু ঐঙোন্দ লোইনা তমথোকই। অয়াম্বা মতমদা মখোয়নি ব্বারী শাবদু ঐ য়াওদবা য়াওখিদে। অহানবদা ঐদি মখোয় অনীদু ইচম্না চম্না খঙনরিবোই নীংখি। অদুবু, কাইনথংদা পাখঙ লৈশাবীগী মরীদুনি হায়বা ইথক্ত খঙজরকখি।

কয়াদা থাক বাংগ্রবা মখোয়নিগী নুংশি নুংঙোলগী ইতিহাসনো। অমকপা অমোংপা লিচৎ শাজৎ শমনা মফৈ অমা ফাওবা যাওখিদে। নুমিৎতুগী হল্লকপদা লম্বী চৎনা চৎনা তাথোইনা ৱাবী হৌরকখি, "মতম অসিনা তুং হল্লা অমুক্তুং চৎলু যারল্লবদি কযাদা নুঙাইগদবনো? নখোয়দৌনা লৈবিঙৈদদি পুলিস অসুম্না থোক্লমগনি খঙলমদে। তুংদা লাক্কদবা পল্লিগী মবমদা মিকুপ অমত্ত ওইববসু কাইথোক্লনা খঙ্কদে। ঐনা তৌনাংবতা তৌবা যাগদবা মাল্লম্মী। হৌজিক্তি যেক্রবগী যেক্লনা ঙাক্ত। ইতে পাংবানবদি অমতা উশিল্লক্তবে। নখোযগী ইচে তোম্বীনা হাযবিবসি চুল্লক্লবান। মপু অমুক ৱাহল্লবোই। মহাক ঐগীদমক যাম্না ৱাজলক্লবীনি। অশিবগী মোংফম লকশিল্লক্লবসিদদি তুং হন্দুনা অমুক্তুং চেল্লিংখ্রেদা। পল্লিসে মায়থীবা হাযবদু ওইগদৌবমাল্লে। খঙ্কবগা ঙসিদি পুক্লিংসি যাম্না নুংশিবকই।"

ঐসু কদোমদগী কদাযদগী হায়দোকলুবনো খঙহৌদনা হাযদোকখি, "তাথোই থম্মোয অদুক পীকথগদবা নত্তেদা। তাথোইনা কনাগী মবল হুবাল্লুবগে? তৌফম থোকই খনবদু মফম মতমগী মতুং ইন্না অশিবগী মচা ঐখোযদি তৌবা তাবনি।"

"গুড, ইনাওতন। নখোয অসুক যাম্না লৈবিঙৈদবো ঐনা কনাবু কিকখিগদগে? ফবে নংসু চঙহৌবে। ঐসু চৎগ্রগে। হযেং অমুক উন্নস্কো।"

"হোয তাথোই, ঐ লৈহৌবে।" অসুম্না নুমিৎতু কাযনখি।

মতম খবা লৈবগদি তাথোই মঙশ্রে। ইচে তোম্বীনা ঐচোন্দ যাম্না হংখি। অদুবু, কবিনো কবিসু খঙদবা ঐনা তাথোইগী মবমদা হাযগদবা? থিবা হৌনবা মখৈ থিনাখ। মকপ মপাং কয়া অমসু হংনবা লাকনাখ। পুলিসসু কয়াবক লাকখি। অদুবু পাউ অমতদি খঙবা ঙমখিদে। কদায়দা চৎখিবনো? কনাগা চৎখিবনো? নত্তুগা, কনানা ফাদুনা পুখিবনো?

থা মঙা তকক্কী মতুংদা থোবকপদদি তাথোই, ফিভম অমা নত্তুগা মাইকৈ অমদা কবিগুম্বা অমা ইৱাত্ত ৱাত্তুনা থোবক্লে। ৱা-লাং ঙাংনবা যাদ্রে। শকখঙদবা মী উবা য়াদ্রে। মমায মমিৎ ইপোম পোমদুন' মকোয মরাং ইচোম চোমদুনা মশম মনা ইফা ফাদুনা লাক্লে। চহি অমা অনীদি ময়ুমদগী মপান থোক্তনা লৈবম্নি। হৈনিংবা নুমিৎতা য়োৎপাকা যাম্না তৌবম্নি। ইংখোলকা ফজনা কোইজরম্নান। মশা লাক্লবদুদদি পুলিসনসু কেস অদুম ককথ্রমাল্লে লাকখিদ্রে। থোকখিবা থৌদোক্তু ঐদি কবিনো হায়দুনা যাম্না কন্না থিজিন্নীংখিবনি। পুলিসশিংদুনদি অদুগুম্বা থৌদোক্তু

য়াম্না থেংনমল্লদুনা তল্লব্রা খঙদে অদুম তোকখ্রে। লংলা লৰ্গজন অমতা ফাওবা ফংহনখিদরে।

ঐ, ফনা কুইনা উংদুনা লৈরুবমাল্লে। মবকসিদা তাথোইসু ঐগী ইতৌ য়েংলমব্রা খঙদে কবি অমতা মোং হাদনা তুমিন্না ফমদুনা লৈবন্মী।

"তাথোই।"

"হাউ, করিনো?" খংপ্রেক খংনা হায়রকই।

"তাথোই, ইংনা ইংলিবা, নোংসিসু তামনখ্রে। অমুক তারক্কদৌবমাল্লে লাকও চংহৌবসি। ঐ থিল্লমগে। নুংশা শাবক্লবসু চেংখায়গদৌবমখৈ শাই। কবিনো তৌরিবসে খঙদে।"

"লাইসু ঙাওরমাল্লে মশা মশাগীতা খনবদা ঙাওববা মীয়ামসিগী ব্রাকৎসিদা। য়েংউদনা, মাসু মঙোন্দ যাম্লা কৎপা ঙন্না মীদনা যাম্না হেক মপীৰনি খজিক্তুং কৎপদনা চাং তমদুনা পীবনি। ঐনা নহাল উনাকবদি কবিসু তৌহৌদবনি। খঙদেদা মানা মানা থোকপা পান্নবা হায়দুনি।"

ঙাইহাক তুমিন্না লৈকরগা মমিৎ মনা লংথোক্লুনা ফুক হৌগৎলগা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়বকই, "য়েংববু হৈবৰদি লিলাগী লিলা গুস্তান। মচা কায়নববী মমাগী তেংথাখোল, মকপ মপিজা শেংনবগী অব্রাবা, চাক্রি ফিনিবীশিংগী নোঞ্জবা ব্রাহৈ, শুফম নোমফম লৈত্রবশিংগী নীঙমদবা খোল্লাউ, কনানা কবি তৌকবা ঙমগদগে? লাউ নহাবোল পৃথিবীসে থুপচিল্লসে মকোক্তগী অমুক হৌনবা। লাল ময়ামসিগী মথক্ত লাল হৌবসে।"

তাথোই মমায় লৈথোক্লুনা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা চংখ্রে। চোইবোলসু য়াওবা অচুম্বসু মানবদুদা ঐনা কবি অমুক হায়গদবনো খঙদ্রে। তান্নদুনা মাবু অমুক ফারুবসু য়াগদবা মান্দবে।

লৈপাকপোকপা

২৭/০২/১৯৯০

# সাহেবকী থৌজাল

ডি.সি. মোধু লময়ায়দা কাতুক কারন চৎতুনা লৈরিবসি কবিগীনো ? মহাকপু হৌজিক্ত ফোন তৌরম্বদায় ? রিটায়াব তৌরবসু ডি.সি. ওইরম্বনিনা ডি.সি. মোধু অদুম কৌনৈ। মহাক্কী মমিংসি মধুমঙ্গল কৌবনি। অদুবু শম্না অহলসু অঙাংসু মোধু অদুম হায়রগা লোইনা খঙনৈ। তাঞ্জাসিদা মাগী ড্রাইভর তোম্বসু সাইকল অমা তোংদুনা পরপ পরপ থৌজিল্লকই। থবক লৈবা লৈতবা মাগী নুংতিগী লাকপা মতমনি। মহৌশাগী মহৌশা গেরেজলোমদা চুমদ্রিং থৌজিনখি। শো হাংদোক্লগা মোংকেবা মোংলোইরা তৈথোকফম থোকপা উফুল ব্রাইফুল কনথোকপা লাক্লরি। তোম্বনা লাকখিবদু মোধুনা উখিবরা উখিদবরা খঙদে। মচীনদা মুকুম মুকম শোন্দুনা ঙাইহাক হনগৎ-হনদা চৎলবা মতুংদা মফি মরোল শেংচিনখরে। মাঙ্গোললোমদা থোরক্লগা গেরেজলোমদা চেপথদুনা য়েংই। ড্রাইভর তোম্বা লৈবা উবদুদা তোম্ববু কৌথোক্লুনা গাড়ী থৌদোকহল্লি। অনীরক অহুমলক তৌরুবা ফোনদু পায়খৎলক্লবদুদা মশা ওইনা হেক্ত চৎলুরগে খল্লমাল্লে।

মহৌশানা খরা মোঞ্জনা চেকশিন্না গাড়ী থৌজবা তোম্বনা ঙসিসু গাড়ীদু ইংনা তপ্লপ্না থৌদোরকই। মসিমক্লনি রিটায়ার তৌরবসু মোধুনা তোম্ববু থাদোকত্রিবা। মবুক থন্না চারুরবা লিন্না লেঙম শাঙমদনা চৎপগুম তপ্না-তপ্না মোং হাদনা থৌদোরকপনা লম্বী অচৌবা তারে। লম্বী অচৌবা তারে হায়বদুমঙায় হান্নগী হান্না গাড়ীগী খোঙজেল থোইনা হোংদে। ইলেক্ট্রিক পোষ্ট অমদগী অমা, উ পাম্বী অমদগী অমা অসুম লাছোক্লুনা লাকপনা বালিরামগী গেৎ মপা য়ৌরে। তোম্বনা কুমথরগা গেৎ পানরিবা নুপাদুদা গেৎ হাংদোক্লবা হায়রুই। লাক্লিবা নুপাদু ডি.সি.

ওইবশ্বা মোধুনি হায়না মশক তাকলুই। অদুবু গেৎ পানবিবা নুপাদুনা গাড়ী খৌজিনগে হায়বা যাদ্রে। মখোঙনা কুমথবগা চঙলক্লবা খঙহল্লক্লে। তোম্বনা লাক্কুনা ডি.সি. মোধুদা তল্লবে। মোধু ঙাইহাক খল্লি। লাক্লবনিনা উনবম্বনা ফবে খন্দুনা মোধু তপ্না তপ্না কুমথবকই। ব্রা লাং ঙাঙদে। গেৎ পানখিবা নুপা অদোমদা হাইফেৎতং অমুক্তং যেংই। গেৎ পানবিবা নুপাদুনা গেৎতু তপ্না হাংদোহকই। হোয মাই হাযদনা অমুক তপ্না লোনশিনখি। গেৎ লানাশন্দুনা কদোমদা চঙগদবনো খঙদমখৈ পবপ পবপ চঙলকই। খবা চংলগা চপ লেপ্লি। অদুগা তোম্বদা ওইনা হংই, "মখোযগীসিরু কনা অমত্তা লৈবা উদেদা।"

তোম্বনা হাযফেৎ উকক লৈদনা যেংলুবগা তপ্না হাযবকই, "সাব, ঐ হংজকগে।"

তোম্বনা গেৎলোমদা অমুক হল্লক্কুনা গেৎতা লৈবিবা নুপাদুদা হংলুই। নুপাদুনা শুমাংদা থাবিবা চৌক্রিদুদা ফমদুনা ঙাইনবা হাযবকই। তোম্বনা তল্লা হল্লক্‌লনা তল্লবদগী ডি.সি. মোধুনা চৌক্রিদুদা চঙশিন্দুনা ফমলে। তোম্বনা নাকলদা লেপ্লি। ঙাইহাক ওইবে। কনাসু থোক্লকপা উদে। মোধু ফুবিৎখাউদগী মোবাইল ফোন অমুক লৌথোকই। ঙাইহাক যেংলগা কবি খল্লবনো খঙদে অমুক হার্পাচনখবে।

মবকসিদা হৌখিবা মতমবু মতেক অমতা ওইববসু নীর্ণশন্দবা ঙমলক্তে। লাক্লনি হায়দুনা ফোনদং তৌখিবদা থোঙ্গালদা থোক্লগা ঙাইদুনা লৈবম্ননি বালিবামদো মহৌশাদি। মী উদ্রিঙৈদা হাযদুনা তবাম তবাম ইমুংদা কৌশিল্লম্মনি। অহিং নুংখিল নাইদনা লাক্লম্বা ইমুংদো ঙসিদি কয়াদা লাপ্লববা। মতমদুদা মপাল্লোমদগী যেংবদা মনুং ফাওনা উবা ঙমদবা মাগী গাড়ীদুদা নোংমতা মথন্ত চৎখিদে মফমদুদা। মশক ফজবী তনান তনানবী মৌ নহা কযাদগী হেন্দোক্কুনা ব্রানোম্বা লাকপী লৈশাবী কয়াসু যাওখির্বনি। মোধুতা নত্তনা লাক্লিবা নুপীশিং অদু ফাওবা সেবা নীংথিনা তৌবীখিবনি বালিবামনা। অদুবু, ঙসিদি চা ফাওবা থকউ হাযবীবদ্রে। ফমফমদা ফমললাউ হায়না ফাওবা কৌশিনবীবদ্রে।

ঙাইবা ঙমদদুনা চৎলশিবা হাযনা হৌগৎলকপা মতাংদা মী অমখক উচিন নাচিন্না থোবক্লে। কনা উনবীগদবনো হংলৈ। বালিবাম উনগদবনি খুম্মী। ঙাইহাক্তং ঙাইবীরম্মু, থোরক্লনি হাযবল্লগা চঙখি। খবা থুরকউ হাযয়ুকো হায়দুনা মোধুদু তপ্না তপ্না অমুক ফমথখি। মী ঙাইবগী অৱাবসি মহাক্তি ঙসি নোংমতং খঙলমগদবা মাল্লি। পারা অসিমদি মমাঙঙৈ মানা অমাংশঙ চঙবা, ঈকজবা চঙবা ঙাইখিবা

মীওইশিং অদুদি হান্নবা ফাগ্রবনি। মহাক্তি মসিমদি ঙসি ফাওবা ফজনা ফারমদবা য়ারি। শুম ফন্নস্বদগী শাউনীংলক্তুনা তোম্বদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, ''তোম্বা নঙ ফোন অমুক্ত তৌগেরা? অসি হায়দুনা মাগী ফুরিৎখাউদগী হেগুসেটতু লৌথোক্তুনা তোম্বদা পী। তশেংনমক্তি মহাক তোম্বগী মমাঙদদি ফজনা ইকায়রবনি। মপুক্রিং নুংশিবা হৌনবা মখৈ নুংশরে। তোম্বনা হেগুসেটতু লৌদুনা নম্বর খিবা লাক্লরি। মোধুনা তাক্লবা হোৎনরি। তাল্লক্তুদা বালিরামদু মকোয় নাল্ল নাল্লদুনা থোরকই। অদুগা মোধু হেক উবদা নমসতে তৌদুনা কৌরকই।

''সহেব করি থবক্কী লেঙবীরকপনো লাকথোক্তনা লাকপবো?''

''বালিরাম নঙদি য়াম্না নুংঙাইরমলেনা। ঐদি নহালমখৈ নঙদি অসুম্না নুংঙাইরম্মি হায়বা থাবু থাজরুদে।''

''কদায়দগীনোদা, সহেবহোয় ফংবা নত্তেদা।''

''উন্নবকাসি পাক ফংখিদরে হায়বা।''

''থবক চিনমনখিদুনা তৌবনি। ব্রারৌবীবা য়াদরে।''

''অদুনবু হায়বনিনে।''

''করি থবক্কী ওইরবনো লাকপীরিবসিবো?''

''আ, শুমদৌবনি। নঙগী হন্দক লম অমা মোইরাংদা লৈব্রা?''

''অহোয়।''

''মদু হৌজিক নঙনা চেকপল কন্না খাজিল্লিমাল্লে।''

''অহোয, খাজিন্দ্রবদি ঐগী থবক তৌবদা নাতৈ খরা চারোইদৌরে। খাজিলহৌবসিনা হয়েং কোন্না মী অতৈগসু খৎনররোই।''

''নঙগী হেক মনীংদুদা ঐগী লম অমা লৈবনি। ঐনা থায়না ডি.সি. ওইরিঙৈদা লৈহৌবনি। হৌজিক্লা ঐগী অঙাংশিং খরনা ফার্ম তৌদুনা লৈহনবনি।''

''অহোয়, অঙাং খরা লৈবা উই। মদু সাহেবকী ওইরে।''

''অদুদা মখোয়না তম্বদা নঙনা চেকপল খাজিল্লকপদগী চৎথোক চৎশিনদা নাতৈ য়াম্না চাদ্রে হায়না তম্মী। ঐনা হংনবদা নঙগী ওইরস্লে।''

''ঐদি ঐগীদা খাজবনিদা। সাহেবকীদা করিসু শোক্তেদা।''

“অমবু ওইবে অমবু ওইরে নঙগী অদোমদা ঐগী লশ্বী খরা পীদবা য়াদরে। অদু নত্তুর্বদি ঐঙোন্দ য়াম্না খুদোং চারোইদৌরে। নঙগী পৈশা কয়ানো হনজিল্লু হাযবদো ঐঙোন্দ হাযয়ু। ঐ অদুম হনজিনগে।”

অসুম্না হায়রুব্দা মোধুনা খল্লুবা ৱাখলগী ওন্না-তৈনবদা বালিবাম্না খুম্লকখি। লশ্বী অদু খাইদোকখ্রবদি লম অদু লৌরুবগী কান্নবা লৈতরে অসিনি। মাগী ৱাখলদদি মোধুগী লম অদু ফাওবা নমদুনা লৌনীংবনি। মোধুনা মসি যৌনা খঙলিবরা খঙখিদবরা হাযবদি খঙদে। অদুবু, লম মচেৎতুমা খায়দোকপদা বালিবামদা করিসু অমাঙবা লৈতে হায়বা মোধু খঙই। বালিবামগী মীতা উশিৎতবা পীনীংদবা মতৌদু উবদা মাগীদমক তৌবীখিবা মযামদু নীংশিংলকই। মযাম অদু নীংশিংলুবগী থোইদোকপা কান্নবা লৈবমদবসু য়াই। অদুবু, মোধু তুমিন্না লৈথোকপা ঙমলক্তবে। অতম্না চৈবমক নত্তুবসু ঙাঙনীংবা মচীন্দুদি ফাজিন্দুনা থম্বা ঙল্লমদে, “তৌনুদা বালিবাম। নঙবু থাযনা ঐনা মতেং যাম্না পাংখিবনিদা। লৈফম লৈতবদগী ঐনা মী থাদোক্লুনা থিহন্দুনা লৈহনখিবনি। মদুদগী হেন্দোক্লুনা মণিপুরদা লৈতবা মী মযাম অমা মণিপুরদা লৈবা শাদুনা নঙনা ঐঙোন্দগী পার্মিত লৌ লৌদুনা পুশিল্লকখিবনি। নঙনা হায়বিমখৈ ঐসু যাখিবনি। হন্দক্কী মতাংসি নঙ ওইবগী ঐসু হায়বা লাকপনি। অতোপ্পা কনাগুম্বা অমা ওইরল্লবদি ঐসু চৎলম্লোই।”

“অদুবুদি চুম্মীদা সহেব।”

“অদুবু, নঙ লোইনা কাউম্রে, নত্ত্রা?”

“অদুবু ঐসু মযামদু সহেবতা লেম্না তৌহনখিবদি নত্তে। সহেবগী অৱামন মতিক চানা অদুম পীখিবনি।”

অসুম্না হায়রক্লনি থাজরুদবনি। থবক্কীনি হায়না লৌহৌবসু নত্তে। মতম অদুদা নুংশিনবগী মিংদা ঙা চরা অমা চানবা হায়দুনা মমিংতগী ওইনা খরা অদুক পীরম্বগী ৱানি। শাউনীংবনা হেনমনখিদুনা ফাথবা ঙমহৌদে, “করি? আইন্না য়াদবা তৌবা য়াদবা থবক ময়াম অমা তৌখিবদুবু নঙগী পৈশা খরদুনা হেক্ত মনতিক্লবা য়াত্রা? ঐনা পীখিবা পার্মিৎতুবু চামা চনীখক্তরা হায়বা? মীনায় মচাশিগা।”

বালিরামসু হনবা লৈতে। তোর্বান নমখায়রগে মতাগুম ৱাংখৎলক্লিবা তুরেলগী ঈমায়গুম মাগী শক্তি ফুদোরকই, “করি? নঙনা ঐঙোন্দ মীনায় হায়বা য়াবরা?

ঐনা হৌজিক কনাগী মীনায় ওইবে? নচীন থীগনু। নচীন অমম পানবগী পংঙাঙ ঙাঙগনু।"

"মীনার্যদবু মীনায় হায়দ্রদি কনাদা হায়গনি? নঙনসু ঐঙোন্দ নঙকা হায়বদি নচীন্দু থুগায়যুবা হা? নঙ ঐবু কবি ওইনা উই? নঙবু চামবক তম্বীবা ঙম্বা মীশক্লিনে, খঙলব্রা? ঙবাং নহালতা ইখোঙ কোন্দুনা তুবম্না নঙগুম্বনসু।"

"নঙনা ঙাঙলিবদো কনাদনো? নঙনা হৌজিক লৈবিবসি সেক্রেটর্গিগী যুমদনি হায়বসি কাউববা? ঐনা সেক্রেটর্বি অসিগী মপানি। নঙনা ঐঙোন্দ নঙ নচ হায়বগী ঐনস নঙোন্দ নঙ হায়র্বান। ঐনা নঙগী নঙক পাযদুনা ইনবদা কননা কবি হায়গান। অদুবু, মদ্ তৌনীংদে। নঙনা কবি ওইবি? নঙগী নচানা কবি ওইবি? মসিদগী হেনজিল্লক্লবদি নঙগী অফবা কবিস্ ওইলোই।"

অকোনবগী রাশিন্দ তাকবণা ঈ কাবদুনা মোধু ফুক হীগৎতুনা বালিবামবু ফুনীংবনি। তাঞ্জদুদা তোম্বানা সাব তপথবীয় হায়দুনা খামলকই। হৌজিক্তদা উবক্লে মোধুস মখোযগী নাকলদা লেপ্লম্লিন মযামদু। খুৎলায় পাযবা পাযদবা মীওই তশামুক্ল। মখোযগা মবক্ত মৈতৈ মচা অমতসু যাওবা উদে। মশা পুম্বা থক থক নীকখবে মোধু। হৌনকখা তৌদনা তোম্বগা তুংথা মাংথা থোবকই। থার্ণলবা খোঙথান্দুনা নেৎপান পৃথিবী অসি নোম্লবোই খল্লি।

মনীংদা হৌহৌবিখা মশা মবেং ফল্লবা উজাউদুগী মথক্ত চোং-ফনা শান্নহৌবি লংজা কাক মযাম অমা। শাযেন ঙাযেন্নবা পেল্লদুনা গ্যয় তানা নোক খেহৌবি।

শগোলশেল

০৩/০৪/০৮

# মীকপ থোক্লকপদা

চাবা থকপা লোইরবা তুংদদি পঙ্খদ্না ইবৈ লৈনহৌদ্রে। অনকপা অরাপ্পা মরুপ মপাং শাগে নাতৈ অযাম্বা চৎনখ্রে। অদুবু চহি তবা কুনমুকসি উনকদ্রবা তুংদা ঙসি নোংমতং লাকপসিদা চৎলগে হায়বম্লগতা থোকপসি ইনুং নুংঙাইদ্রদুনা কৰিগুম্বা খবদি হায়বম্বা ফৈ খন্দুনা তাঞ্জা ঙাইদুনা সনাজাউবনা ফল্লিবসি ফনা কুইরে। বোবোচৌসু উদবা নত্তে। অদুবু মীরোল লৈজদবগী হৌনশা থবক শীন্দোক শীনজিন, ময়ামগা কায়নরমদায় বীদায পীনরুবদা ঙাইহাক্ত শংজদে। সোমদনা ঙাইবীবমখো হায়বম্বদুনা সনাজাউবা চৎনীংলবসু খোঙ থাংদোকপা ঙমদনা ফল্লিবনি।

মতম অমদা ইয়ুম মীযুম খায়দনা অমগী মফমদসু অমগীদসু চপ মান্নরম্বনি। চহিনকা য়ামশিল্লকপনে উনদবগা কুইবনে খঙনদবনা মশীং য়ামশিল্লদ্রে ইমুংদো। য়ুমবুরেনবী অদু ফাওবা সনাজাউবগী মফমদা অনৌবা শঙুম ওইরে। লুহোংবা লাকখিদবদি লায়রদনা অহল লৈখিদবা ফাওবা লাকপা ঙমখিদে। ফিরোই অসি ফাওবদি য়াম্না তঙাই ফদে উন্নবদা কৌনররোই খন্দুনা লাকলিবনি। তাল্লবসু তাম্না খুঙ্গং কয়া ফাওদুনা চীংলোন কয়া লান্দুনা অরোয়বা খোঙচৎ ওইরবসু য়ারে খল্লম্নসু য়ারিবনি।

অঙাং ওইরিঙৈগী নাউথি শাজফম ওইবম্বা লমদমদো ঙসাই লাকপদা হেক উরুবা মীকুপতা পুক্রিংদা ফাওখিবা ঈহুল অদুমদি কনাদা তমলুগনি? মতম অমদা মনা পুঙনা উরুম চাউনা পীদুনা হৌহৌবা খোংনাং পাম্বীদুনা মরু কোক্তুনা

মমি-শামি হৌরম্বদু উবদা অঙাং ওইবিঙৈগী থৌদোক কয়া থোইনা হেন্না নীংশিংহন্দবা নপ্তে।

থাবাতোনসে সনাজাউবগীদি অঙাং ওইবিঙৈগী হৌমিন কামীন্নবকপগী খোঙলোয় অদুগা নীংশিংবা ঙপ্পগী ইবোন্নুংদা ইহ্‌ন হান্না তাপ্রবা মর্মিনি। অদুবু থাবাতোন্না মফমদ্‌দা মহৌশাগুম মখুৎ অনী তিংথোক্তুনা খুৎলাম তেম্বনা কৌদুনা লৈবন্নবদি! ওলাংথাগী য়াক্রুবা নুংশা মবক্ত মৈশা মবিক অমা ফংদনা উবম অদুদা হকচিক লাপ্না শান্ননীংবা মওংদা শান্নখিবা মশায়া অদুর্মদি ঙসিদি ফংলবোই থম্মোযনুংগী ব্রা খবা ফোংদোক্রুবা নত্তনা। থাবল চোংবী, লুহোংবী, উবী হাইবী, উবাউবীনচিংবা মখল কযানি। ঙস্সিসু সনাজাউবগী মিৎমাঙদা শংশংনা উবি। শান্নবা খুদিংদা মখোয অনী লম্বা হেক তাকবা মওং অদুনা মখোয় অনীবু নকশীন্নগনবগী মবম ওইখিবনি হাযদোইদ্রা? মতম অমগীবু ওইববসু মপোকসিগী ওইনবু হাযববসু খেন্নবা লৈতে।

থাবাতোনগী পাখংচাউবদু যেংনীংযনা নোংমা সনাজাউবনা চোংথবক্লগে হাযদুনা তোর্ণবা খোংনাংগী মশা অদুসু মক ফংনা ককথৎপিপ্রমাল্লে। মশা অমা পাল্লংদুনা হাযবগী মমি ওমক ঙাযহৌবে। মাকুপ অমতং ওইববসু দাকফম অদুবু মুন্না যেংজবম্বদু কনানা যেংলমদে হাযগদগে উত্তৌবা থোক্রুবাদ! চোংথবক্কনু হাযদুনা শকফম কাহনা পাখংনা লেপখিবা থাবাতোনগী মতৌ অদুদি কবম্না কাউগদৌবিবা? মহাক্না লেপখিবা খোঙযম অনীদু নাপী হৌবা ঙমদনা ঙসিসু কোকলপ তৌনা উবি। নঙনা হাযবতা ইনগনি হাযদুনা ব্রাশকর্খিবদু লোলহোক্রুবা চাউববা খোংনাং পাম্বী অদুনা শাক্কি ওইখিবনি।

উজাউ অদুনা শিথবকপগা লোযননা ব্রাশক্কী ময়ায় অদুসু চমপ্রববা? নত্রগা, কান্নবোইদবা চৎপ্রবা মীশক অমগীদমক ব্রাশক্কী শাখি ওইবদু মায়থিবনি খন্দুনা মদোম কংদুনা মাঙজপ্রগে খনপ্রবা উপাল্লা?

থবাতোনদু অঙাং ফনা য়াল্লম্লনি অদুবু অবোইবা ওইনা অমুক্তর্দি উন্ননীংলি। পুক্লিগী ওইনা হায়গদবা ব্রাহে খবাদি হাযহৌদ্রমাল্লে। হোংদোক হোংজিন তৌবা ব্রাখল অসিবু তৌনব্রনে? নোংমা চহি তবেৎ নিপালমুক্কী মমাংদা থবাতোনগী লুহোংবগী পোৎপাং পীনি হায়দুনা চৎলুবগা পীবা ঙমদনা হল্লকখি। নুমিৎতুদা কাযখিবা সনাজাউবগী থম্মোয অদুনা লমদম অদুদা অমুক হন্না মায় ওল্লবোই

হায়নদি খল্লুববনি। ঙসি লাক্লিবা অসিদা উনহৌদবা য়াদে হায়বদি কবম্না হাযবা ঙমগদগে ?

নুংশিনননা তিন্নবন্না মকপ মপাং শাগৈ নাতৈ কযা লৈ। পুক্সিগী চৎনবী খোঙচৎনা পুম্নমকপু মতম চুপ্পদা নীংশিংদুনা লৈবা কনানসু ঙমদে। অদুবু নীংশিংবা হৌববাদ নীংশিংলুবিব' মহাক্কী মরমদা মবী মবী নীংশিংবসি মহৌশা ওইবমাল্লে। পামজকংবা নুংশিজককবা মহাক্কী মবমদনা খবা অমুক হেনবসিদি সনাজাউবগী মফমদতা ওইবমগদবা মান্দে। মীবক্তুদা তাঞ্জাদুদা ঙাইহাক নুংঙাইববা মঙলান অমদি মঙলুবে। বোবোচৌবনা কৌবকপদদা পচ্ছুংফম খঙহৌদ্রবা মঙলান অদু লোইশিনখ্রে। তবঙদা যেংদুনা লৈবম্না মিৎযেং অদু তন্না হন্দোবক্তুনা মিৎ অমুক্তং কুপথোক্লগা বোবোচৌদা নোকফেৎ তৌদুনা যেংলকই। বোবোচৌনা শকফম হায়ফেৎ হজ্ঞিল্লপ তৌদুনা হাযবকই "উনখিদবা কুইপ্রেনে। ইম্ফাল কাবকপদা নোংমতা চঙলক্কে তৌবসু হেক ঙমদে।"

"ঐসু অদু মঙায়, কান্নবা থবক্তি নত্তবদা পর্থচনদা চিল্লি। ঙাসগাসি ফাওবদা লাক্তুগদি যাম্না নীঙমহৌদবা অমা লৈহৌর্বান খনবদগী লাক্লবনি।"

"নোংমা লম্বীদা থেংনরম্বদুদগী হেন্না চহি তবামুকসি থেংনখিদ্রবান। নঙ নীংশিংলিবা নত্রা ? লমখায অচৌবগী অদুগ্নাযদা ওইবমাল্লে।"

"ঐদি অমুক হন্না লাক্লবোই হায়নদি লেপখ্রবনি।"

"হোয়, অদুবুদি ঐসু খঙদবা নত্রেদা। অদুবু হৌজিক্তি কবি তৌনি। অদো চৎখিবা মাগীদি চৎখ্রে। নঙগীবু কযাম ব্রাৎলিগে ?"

"কয়াম ব্রাৎলিবনো হাথফম খঙদে শেল থুম্নকা পাযদবগা।"

"পুক্সি হায়বসিদি 'সি ঙাক্তনি। ঐখোয়সু অসুম্না হিংলিবা আস মঙায়। মথোং চাপোৎ নত্তে। যুম্বান কৈবাননিকা হায়দনা নখোয় নমাঙদা ইকায়খ্রপোৎনি। য়ুম মচা অসিমতং শানবা হোৎনবদা কয়া য়াম্না ব্রাখ্রবা। অবৈবদবুদি কৈসু লৈবা পোৎ নত্তেদা। অসুম্না অসুম হিংবা হায়দুনি।"

"পোৎথোক ব্রাৎলকই। লোযননা শেলগী মমলসু অসুক হম্ববক্লবা মতমসিদা করম্না হিংগদবনো খঙদে। যেংলুবা মায়কৈ খুদিংদা অবাৎপগী অবাৎপা অহোবগী অহোবা ঙাক্তনি।"

"মতম অমা অঙাং ওইরিঙৈদো নুংঙাইবনি। নঙদি নুংঙাইনা মতম লেনবা হৈখিবনি। ঐ নীংশিংলি।"

"অসুম্না ৱারক্কনি থাজরমব্রনে?"

বোবোচৌবনা সনাজাউবগী মনাক্ত চৌক্রি অমা থাংজিল্লক্লুনা ফমথরগা অসুম্না হৌখ্রবা পুন্সিগী মবমদা ৱারী ঙাইহাক শানৈ। চীংয়াদা শান্নবা চৎপগী, লৌখোংদা ঈশিংপা চৎপগী অমতা চীৎথদরে। চীংদা শীং চনবা চৎপগী, হৈরিৎ হেক্লুনা চামিন্নবগী, লফোয় হেক্লুনা চামিন্নবগী ফাওবা যাওবে। লৌবক্ত চঙদুনা ঙা ফামিন্নখিবগী, পাংতা থম্বৌ তানমীন্নবা অমতা চীৎথদরে। অহল লক্লকুবগী স্কুল কাবা ঙমখিদবগী মখোঙ চাদবা ৱারী ফাওবা নীংশিংনরে। কদোমদগী ফৈজিল্লক্লিবা ৱাখলনো খঙদে থবক্না লাকহৎলবা বোবোচৌবনা সনাজাউবগী অঙাং মচা শাদুনা লৈরিবা পুন্সিবু কল্লকচবা ফাওবকই। খঙহৌদনা মানা তাংদোরকই

"নঙদি ইম্ফালদা লৈহৌদনা লাইরিক ফজনা তমহৌরে। ঐখোয়দি ফংহৌদ্রেদে। নঙদি অঙাংকা মাল্লদনা কযা নহা ওইরিনো পাখং মচাদৌনা। ঐখোযদি যাদ্রে মাযকাস খুইরে।"

"হোয় লাইবক্কী হায়বদু তারে। অদুবু, লাইবিক তম্বদা মাঙখিবা মতমদু হল্লকউ হাযবা য়ারম্লগদি য়াম্না নুঙাইরমগদবনি। লাইরিক তম্বগী মহুৎতা অতোপ্পা থবক অমা তৌজবগে হায়বমগদবনি। মদুনা খরা কান্নরমগনি। হৌজিক্তি লাইবিক তমলুরগা থবক ফংদবা কান্নদবা মীরেম হায়বদুদা ঐখোয়না মকোক থারিবনি।"

মরুপ অনীগী অৱা নুংঙাই পুন্সিগী শক্তমবু মানা মানা ঙমজবী মওংদা ময়োল কংশিল্লক্লবা উপালগুম শৈথার্নরি। তুংদা লাক্কদবা মীওইপোক্কী লম্বীবু হায়া খঙলা উরগা চৎনবা মীওইবা কনা য়াওবগে? উরুবা থেংনরুবা লম্বীদু চৎতবা য়াদদুনা ঙম্না ঙম্নবা চৎনবা হোৎনবতনি। মসিনি পুন্সি। লাল্লদরা খঙদে। মরকসিদা সনাজাউবনা হৌজিক্ত নীংশিংলক্লি, "ইহে, ঐদি কাউবু কাউরুরে। অঙাং কয়া শুরগে?"

"অঙাং মঙা শুরে। মশিদা লেপলগে। লাক্লবা য়াম্না ৱাখ্রে। অমনা অমমুক হায়জিল্লক্কনি অমনা অমামুক তৌশিল্লক্কনি। অতোনবসি নুপানি। মসি তানবদা য়ামথোকখ্রিবনি।"

"ফাগী নঙ্গে য়াম্মেহে।"

''অদুগা নঙনা হৌজিক ফাওবা পাখং শাদুনা লৈরিবনিনে।''

''য়াদদুনা তৌরির্বানিনহে। পুরা তোকথোকখিবসু কনানা খঙবা।''

''করিগী য়ারোইদৌরিবনো? থবক থোক্লগা ব্রা থোকপনি। ব্রা থোক্লগা থবক থোকপনি। অমদুগীদসু ঐনা পাউ কয়া য়াম্না চের্নাখবা নঙনা শিখাঙ খাঙদুনা লাকচখিদবনি। মানা কয়াদা ব্রারৌথ্রবা। নঙ পাপতি পুরদবনি।''

''পুরসনু পাপ, তোল্লসনু থম্মোয়গী লমনসু। খাঙবা ঙম্বমখৈ খাঙলগে। মসিনা মতিক চাববনি।'' শ্বর মপী অমুক্তং হোন্দোকই, ''ঐসু খঙই মানা ঐবু লান্না খনস্ত্রে হায়বদো। অমুক্তং শেংদোক্লবগী খুদোংচাবদি ফংখিদ্রে।''

তশেংনমক্তি সনাজাউবগী ব্রাখল চাউমনখ্রমাল্লে। থীক নেম্বনা থা লাম্বা হায়বদু থোকখ্রবরা খঙদে। মহাক্না মচু মমেল ফজবা পুক্সিগী মঙলান অমখক মঙ্খি। পান্দম অমখক ফংনবা তানজখি। খরা লূ-নানবা পুক্সি মহীং অমা পামজৈ। শেনজা থুমজদা মকোক থোংবমক নত্তবসু লূবা নানবা য়ুমলৈ কৈলৈ ফজবা পুক্সি মহীং অমর্দদি মকোক থোংবা পার্ম্মী। মাগী নুপীবু মশক ফজহনবা পার্ম্মী। লৈতা লায়রা অবা অনা তারবা কনাদা মাগী নুপীনা মীওইবা অমা ওইনা ঙমজবা মতেং পাংজবদু মহাক্না থরায় তানা য়েংনীংই। নুপী অঙাংন্দা অচাওবম কাবা, নাপল অমদি থোইদোক্লা অবা অনাগী মমি তাহন্নীংদে।

পামজকুবা পান্দম্না লাপ্না হুন্দোকপিবল্লবদা করিবু অমুক মিতারুখিগদগে? য়ুম পানবগী মহাও তংনীংলুদরে। লৈত লায়রগী মৈশা ফংবদা হু ওল্লক্লদবা নুংশিববু অমুক কল্লকলুদরে। পুম্নমক অসি মাগী মরুপতসু শুগাইনা লীনীংলুবনি। অদুবু, হৌজিক্তি করি কান্নর্কখিগদগে খন্দুনা তোক্লে। তিল অমুক্তং য়োৎশিনবদা পুম্ন মক য়াওহনখ্রগে খল্লে মাগী পুকনুংদা লোন্না থুপ্না লৈজকনবা। খনবা মখৈ খনখ্রবা ফল তাখিদ্রবা ব্রাখলনি। ঙাইহাক্তংসিদা করম্না ফল তাগনি? নুংশিবী মহাকসু য়ুম্নাক শাগৈ ওনখিবা কুমজা কয়া হৌখবে, ''ফরে হৌখরে। মাগী ব্রাশি তোক্লসি। ইবানীগী মহৌশাগী ব্রারী খুৎশাসিদা থেঙখ্রে। ঐ গাড়ী অমুক নংহৌররোই।''

''লেকথোকখ্রসিদনা? ঙসি নোংমখক্তবো কৈদৌই হায়বনো অসুক লাপ্লসু লাক্লগা।''

''হুম, অমনা ঙাইরমগনি হায়বগী অব্রাবদি লৈতে। অদুবু, উনিংবা থম্মোয়সিনা উরুরগা করি থোক্লদগে হায়না খনবগী অব্রাবদি লৈতবা নত্তে। হুম, ঐ চৎলগে। নোংমা লাক্লগে।''

“কানসু কান্নরোইদবদা। ফরে, নোংমা লাকপদি কাউরনুকো পুন্সিগী অরোয়বা ওইরবসু।” হা হা হায়দুনা মরুপ অনী নোকমীন্নে।

“ফরে, ঐ শোয়দনা লাক্কে। ঙসিগীদি চৎলগে।”

“য়াদ্রবনিনা কমদৌনি? অশ্বাই ফাওবা থিনদোক্কে।”

নুপী অঙাং লৈ হাযবগা কাউথোকলুরে। ইনখৎলকপা পাখং মচাদৌনা ৱাবী ঙাইহাক শাদোকলুরে। মখোয় অনী হৌগৎনবা শেম শাই। লৈবিবা ইমুং মনুংগী অঙার্গশিং মীওইশিং কোইলাঙ লাঙলি। হৌজিক ফাওবা ইবোই লোইশিনদবদৌনা তৌরি। লৈকায়গী নহারোল অমা অনী লৈবদুদা কৌদুনা বোবোচৌনা হায়রম্মী, “বোয়াই, তোম্বা নখোয় লৈবমখোকো। ঐ য়াম্না থুনা লাক্কনি।”

“মখোয থবক কনখ্রেনে।”

“মখোয লৈবমদ্রবদি ঐ করিমত্তা তৌবা ঙম্লম্লোইদবনি। মখোয়না অয়াম্বা তৌবিবনি।”

“লৈমিন্নববনিনা খবা ৱামীন্নবা তাবেদনা।”

“হোয় অদুদা তাবে।”

“লৈমিন্নরুবদগী কাযনবগী বামীন্নবসু লৈকো?”

মান্নবা অর্থদবা নত্রুগা মান্নদবদরা খঙদে মকপ অনী নোকফেৎ তৌনৈ। বীদায় তৌদুনা থমহৌবা বোবোচৌদো ফনা য়াম্না তামহৌরে। চেল্লিবা গাডীগী খোঙচৎপু কাউথোক্তুনা সনাজাউবনা সোমদা মঙলান কয়া অমুক মঙবা হৌখ্রববা? কনানা খঙবা ঙমগনি? অদুবু ৱারী অসিবু তাপ্রবা মহাক অদুনদি খঙখি।

বস থাফমদা কায়নরমদাইদা বোবোচৌবনা নোকহৌবদু য়াম্না চম্মী। চৎলমদাইদা মচানুপা পিশক লোন শুদবদুনা লাক্কনি হায়দুনা নিঙাই তৌহৌই। অচাপোৎ চাও হায়দুনা সনাজাউবনা লুপা মঙা পীরম্বদুদা অঙাংদুনা নোকহৌবা মনোক অদুগী অর্থসু য়াম্না চম্মী। পৈশা ফংবগী অঙাং অমনা হরাওবা য়াবা মওং অদুখক্তনি। নীংশিংদুনা লৈরিবদি বোবোচৌগী নুপীনা য়াম্না পেছোক্লা চম্না লৈহৌবা মওং অদুনি

সনাজাউবসু মফম অদুদা লৈরম্বা থোক্লবদি বোবোচৌগী পুন্সি অদুগা কবি খেন্নরমগদগে? মহাক্লা হৌজিক পাল্লিবনা করম্বা পুন্সি মরেন্নো? বোবোচৌবগী

পুন্সি মরেলদুদা মানা ঙাইহাক কল্লকলুরিবনা করিগী ? মখোয়গী পুন্সি অদো কয়া নুংঙাইনা চন্না লেনবা মাল্লিবনো ? চহি অমা চাবা কোন্ননবা ফৌগী কৈ মচা অমা লৈ । অশংবা মনা মশিং মহৈ মবোংনা ইংখোল অদু ফৈদোম নাইনা ক্রিক ক্রিক ইন্ননা হৌহৌই । কেবা লুবা নানবনা হকচাংগী শকফমদি ফজহল্লি । অদুবু পুন্সিগী ফজবদি মশক উবা ফংদবা মতম হায়বসিগী মরুমদা লোৎতুনা লৈমাল্লে ।

থবাতোনগা কায়নরবা তুংদা সোরোর্জিনিগী থোঙজিনদা করিগী লেপলুরি ? অকে অমৌদা লময়ৌনা ঙাওজবা ইমুন্দগী থোরকপী সোরোজিনিনা সনাজাউববু কৰি ওইনা উখিবনো ? লায়রা অনংগী ব্রাফম য়েংদনা সনাজাউববু করিগী অদুক চান্নরুরিবা ? ময়ুমদা পুশিন্দুনা চাক পীজৈ । চা কযাধক পীথকই । শঙ্গোম কয়ারক পীথর্কখি । অদুবু সনাজাউবগী পুক্লিংগী ব্রাফমদি সোরোজিনিনা খঙবা ৱাংথ্রমাল্লে । নোংমা নোংমাগী লাপথোক্লবক্তুনা কৌবা ফাওবা ঙম্মখিদে । কোইনদবগী ঊৈনশা ইচম চন্না তোয়না চৎচরম্বদু ভমখিদরে সনাজাউবসু । থম্মোযনুন্দা কবি ফাওরকখি ? পুক্লিংগী অরেপ্পা অতোংবা কবম্না লাকখি ?

চৌল্লিবা গাড়ীগী মখোল তোর্ংলিবা মীয়ামগী মীনিলসু সোরোর্জিনিগী মায়থোঙনা হেক হেক নমহৎখিবা করিগীনো ঙসিসু ? থবাতোনগী অঙাং ওইরিঙৈগী চমজবা মতৌ নীংশিংলুই । ঙাইহাক অমুক ঙাওরুই । বোবোচৌবগী ইমুংগী কুম্মৈ অমুক নীংশিংলকই মরঙ ।

কদোমদগীনো য়াম্না য়াঙনা পাইরর্কখিমাল্লে হয়িং অমনা সনাজাউবগী লাইবক্ত ফনা কন্না য়ৈরখি । মিৎ-না খর্ংশিং শিংই । য়াম্না কন্না শাউনীংদ্রবসু লাইবক্ত হাইফেৎ নাল্লি । চৈরকখৎকী হয়িং হায়বদুনি । এক্সিদেন্টপুদি ওইরম্বা য়াই হায়ববু মীদকা ওইরম্লগদি চৈ চানাবা য়ারীবনি । পাইথোকফম খঙদ্রবা হয়িংদুসু ঙাওবা জাৎনি । থোঙনাওগী মিংশেলদুদা পাইশিন্দুনা শুরু শুরু নৈরুনি । অমুক পাইথোক অমুক পাইশিন হনজিন হনজিন নৈরুরি । অদুবু কদোমদা মতৌ করম্না পাইথোকখিবনো খঙহৌদ্রে । লৈরমদ্রে ।

চহি তরেৎ নিপান তরামুক অদু হৌখিবা ইকুই কুইদ্রিবোই মনীংই । মতমদুদা কনানা করি হায়রক্কদগে হায়বগী চীংনবা অকি তুজুংবা অমতা ফাওখিদে । ওল্লকপা মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না তেল্লবা মতম খরা অসিদা পাখঙ অরীবগী ফমনীংখিদ্রবা ফমফমলাংদা ফম্লমখি । লৈশাবী মশক মতৌ ফজবী পুক্লিংনা খোয়দবা য়াওরবসু

মতুং ইন্নদুনা থম্মোয়গী য়া ফোঙদোকচবা ওল্লগী শক্তিগী য়াংমদা লৈরল্লে। খ্বাইদগী মরু ওইবিবদি থব্রায়না তাজবদো খঞ্জনবগী মতম ফংলক্তবা অসিনি।

মংশিল্লকপা নোংগী মত্তৌবু উরুবগা নীংশিংলকখি অমুক নোংমা নোংজুথাগী নোংনা ফুদিৎ য়ৈনা চুখিবা নুমিৎতু। কাউবা য়াগদবা মান্দে। সোরোজিনিগা খরা খরা খঙনরকপা মতাঙদনি।

ফাগী তৌদুনা কোরৌহনবনা মমিৎ ঙাইহাক পাঙলম্বদুদা নোং তারক্লবোইদ্রা খন্দুনা সোরোজিনিগী মতুং ইন্নদুনা চৎলুবনি। কদায়দগী খঙহৌদনা থেংনকবিবনো খঙদে। ঙাইহাক লৈরগা খঙহৌদনা চুরকখিবা নোংনা থুপফম লৈতবা লম্বীগী চিদায় অমদা চোৎখি। কয়াদা ইকাযনা লৈতৌখি। হাইফেৎ তুং হন্না য়েংলল্লগা ছাটিন অমা খাউদগী শৎ লৌথোক্লগা ফেৎ চৎখি সোরোজিনি মহাক্তি। য়েংলম্বতা নত্তনা মোমোন মীনোক অমসু য়াওখি। লুম্না থাৰ্গখ খোংথাংদো মাসু। মায়থোং লৈদা লুকথদুনা চৎখিমাল্লে থংনবা মীকুপতা। খোংনাং অমগী মকমদা থুপতুনা কয়াদা ইংনা খাঙহৌখি। তাম্নরমদাই মীকুপতুদা হন্না অমুক্তং য়েংলম্বদুনা পুন্নমক্তু খাঙবা ঙমখি।

তঙৌ তঙৌবী তঙাং তঙাংবী সোরোজিনিগী মায়থোংনি। মিৎচি অনীগী পাউখোং ফোঙবা ঙম্নবা তত্তনা হোৎনখি। মতিক চাবা মীওই অমত্তং ওইরল্লগদি হায়না খনথরুবা থম্মোয়না লানথ্রমাল্লে। উনিং উনিংনা য়েংবা ঙল্লকখিদে। থবাতোনগী মফমদতা নত্তনা সোরোজিনিগী মফমদসু অমুক মথোক্লরে। খেন্নরিবা হায়ববু তোঙানবা মীওই অমমমনি হায়বা অসিতংনি। নোক্লম্বা মীনোক য়েংলম্বা মিৎয়েংশিং অদুদি পুন্সিগী কোক্লরোইদবা মচু অমা ওইনা য়েকহৌরগনি। তনৌরবী পাম্বোম অনীনা কুন্দো শরেং পায়দুনা য়াংনা থাঙ্গৎলক্লবোই নীংলুরমাল্লে নোকফেৎ তৌরুই মদোমতা। লেংজুমদা কন্দক্তর অঙাংদুনা তাদা য়ৌরে হায়দুনা তাপ পায়রকপদা সনাজাউবগী মঙলান কায়য়ু হায়না তমথ্রমাল্লে।

"হা! য়ৌরব্রা?" হায়দুনা ফুক হৌগৎলি। গারীদু খাল্লমদ্রিবনা খংতু তুগে তৌই। অর্থ য়াওদবা মিৎয়েং অমগা লোয়ননা অঙাংদুদা য়েংদুনা নোকফেৎ তৌরুই। অঙাংদুসু নোক্লকই। অকোয়বদা উরু-রু লৈদুনা হাইফেৎতং য়েংলুই।

থাংজ

০২/০২/১৯৯১

# অশীবগী লমদমদা

কবিগীনা ঙসি বোননা অসুক থেঙলাফাওবা হৌগৎত্রবসিনো? নুমিৎ নীন হুমনিসি বার্তন তৌবও যুম শেম্বগী থবক খবা তৌবও তৌবদুদা বাবনাজাৎলা? মমানা হৌদোক্কে খন্দুনা চঙলক্লিবসি অনীবক্তি শুববনি। অদুবু হৌদোক্লমদনা থোকখবে। নহালমখৈ থবক খবা চিন্দুনা ইবাক লাকপা ঙমদবা মমান্নবা ব্রোনসন ঙসিদি মমান্নবগী লুহোংবগী থবক মতেং খবা পাংলুগে খন্দুনা লাকপনি। অদুবু, বোনদি হৌজিক ফাওবা হৌগৎলমদ্রি।

ব্রোনসন বোনগী কাদা চঙলক্লগা কাঙখল সং হাইদোক্কুনা যেংই। মীকপ থোরকপগী খুদম ইফং ফংদবদুদা মশা নোমদুনা হৌদোকই। থব্রাযনা হকচাংদগী লাপ্পা চৎত্রবা তুং তন্দে মান্দে হল্লক্কুনা খোমলেন মঙলান থুগাইববগুম পিফম নাইরম্লবা মিৎম্না অনী তপ্পা পাঙথোবকই। ব্রোনসন উবদা খংপ্রেক খংদুনা ফুক হৌগৎলি। ব্রোনসননা তপ্পা হংই মক্ক লুকথদুনা ফম্লিবা বোনদা, "কৈদৌবে অসুক থেঙলফাও হৌগৎত্রিদি? নুমিৎ আ যৌস্ত্রে।"

"কৈসু তৌদে।" যাম্মা হৈনীংদনা খুন্নকই।

"হৌগৎলোসে। কবি করি থবক লৈরিগে? ঙরাং লাক্কে খনবনি। ঐগী থবক্কুনা অদুম ঙমহৌদরে। ঙসিদি থবক শুধরুবগে হায়দুনা লাক্লবনি।"

"থবকপু তৌখিদরা তৌররোইদ্রা খঙদ্রেদা ভায়।" বোননা মচী ইরেঙ লেঙদনা হায়রকই।

"করিনো নঙনা হায়রিসিবো?"

"অশেংবনি ভায় । ঐ শিখিবনা হেন্না ফববনি ।"

"হেবা নুমিৎ খজিক্ত ঙায়বকানসিদা খিৎ তৌরনু ।" ব্রোনসন্না খবা তপথবপ তৌনা হাযবকই ।

ব্রোনসননা নোকপগা খেবগা মথন্ত ব্রাবী পঙশাদা শাই । বোনগী মনাদা থোইনা চঙদবগুম তৌই । তানীংদে হায়বা যাদবগী তুমীন্না ফমবগী মওংসু মাল্লি । কবি থোকপ্রবনো খঙদবা ব্রোনসননা বোনগী মওংদু হাযবপসু চিংনৈ । ব্রাবী মবক্ত লেপ্লগা বোনদা হাযবপসু অমুক যেন্থই । চিংনবা হেনগৎলক্লিবা ব্রোনসনন তুমন্না হৌগৎলগা চৎপ্রগদবা ' চৎলোই । হংদ্রবা যাদবা ব্রাহং কযা মথং মথং হংজল্লকই । কল্পসু যাদা বোন, কপসু কপনীং মাগী মবল্পকী মফমদা লীথোক্তবসু যাদে । লীথোক্লগে খল্লক্লে, "ঙাইখো ব্রাবীসে ঐ সিদা শানীংদ্রে । নঙ ঙাইহাক্ত ফল্লম্মু । ঐ মায মিৎ ঋমুক্ত তাংোকলুখিগে । ভায নঙ ঙাইহাক্ত ফল্লম্মু ।" তদে মান্দে হৌগৎলগা মখোঙ থাংনিংগুম থাংনীংদগুম থোকখি ।

"কুইবক্কনুকো ।"

"কুইবকওই ভায ।"

বোন মমায মামৎ মচীন মযা শেংবা লোইবদুনা চঙলকই । মফি মবোল হোংদোক হোংদোক্লা ব্রা হৌদোবকই, "ভায় ঙবাং খবব পাহৌব্রা ?"

"পাকৌই, কৈদৌবগে ? অদুদা কবি য়াওবগে ?"

"কাইট কোফি কোনবগী মবমদা যাওখিবদু থেংনহৌব্রা ?"

"হেবা অদুগুম্বা চাওখৎতবা ব্রাবীবু শাবা হৌনব্রা ? ওক্তবা ওক্তবীগী ব্রাবীদুবু । কাইট কোর্নবগী মপুদুনা মাগী কোর্নবদু হাংবা যাবোই । অদুগা মদুদা চেন্নবিবা মীওইশিং অদুনা চঙজবকউদং হাবগা অদুম তোকপ্রদৌদুবো । মপুদুনা কদায়দনো মফম অমা হোংলগা অমমুক হাংদোকলগনি । কনানা মাবু শেন্নবীদৌবিনো ? অতৈদুনা পৈশা খবা লৌবগা ঙার্কাপবে মতুং মনাও তৌদনবা ময়ুমগী মীওইশিংদা শিন্নখ্রে হাযবগা লোইবেনে । খঙদেদা তৌবিসে । চৈবাক খবা পীকবে অদুগীদমক অদুক কনবা চৈবাক পী । মখোযবু ওথোবিতিবা হেক মহাযবীনি ।"

"ভায থোক্লসি ।"

"মুন্না য়েংশিল্লুবর্বাদ ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদি ওক্তবা ওক্তবীগী খুন্নাই হাযবা যারববা খল্লে । লমচৎ শাজর্ৎসবু চেকশিন্না লুনা মমল লৈনা খনজবা খুন্নাই হায়বদুমদি নত্তুবনি ।"

"এ, এ অদুম্মকা হায়রুবা য়াবা নত্তে। পৃথিবীদা খ্বাইদগী ফবদগী হেক ফরবা খুন্নাইদু ঐখোয়গীসিনি। অদুম্মকা খবরদা ইরুরবদি নোং হেক ঙানবগা লাম্লে হায়য়ু, শেংদোরক্কদবনি, চঙজরক্কদবনিকা হায়দনা মপানকা থোক ঙম্বগী ৱা লৈতে। লৈবাক ইরাঙ ওইংগদৌরিবনি।"

"হোয়দা ফৎতে খঙনা খঙনা ফৎতবা হৈনবী লমচৎ শাজৎপু য়োকখৎপা মদুতবু হৈনবা খুন্নাইসিদা। তোক্লসি ভায়।"

"তোকপদি য়াদ্রি। মদুগী মতাংদনি ঐখোয় অনীনা নৈনগদৌরিবসে। ঐ ইথস্ত খনফম খঙদ্রে। ৱারেপ লৌফম শঙদ্রে।"

বোননা হায়রিবসিবু ফাগীরা? নত্তে। মহাক ঙরাং নুমিদাং কপ্পা মখৈ কপ্পগা ৱারেপ লৌফম খঙদদুনা তুমখিবনি। জুলিয়াবু কৌথোক্লগা হাৎতোক্লসিরা? অদুগা কমদৌবা? মথস্ত হুন্দোক্লগা থল্লমগদ্রা? মীয়াম্মা থেংনরবা তুংদনা তুমিন্না তোক্লখিগদ্রা? মাবুদি থিরক্লোইদ্রা? অদুদি কদায়দা চেনবা? অদুদি, জুলিযাবু হাৎতোক্লবা মতুংদা হুগুম্বা অমা থক্লগা শিজবনা ফগদ্রা? মদুগী কান্নবনা করি? মীওইবা অমা ওইনা পোকপগী মথৌবু অসিরা? অদুদি হৌজিক কবি তৌনি? অসিগুম্বা ৱাহং ময়াম অমগী পাউখুম থিবদা কয়াদা ৱাখি। ঙরাং নুমিদাংদি কপ্পগী চোকথবনে ৱাখলনগা লুমশিল্লকপগা ঙাল্লম্বা তাইবং তপ্পা তপ্পা মমশিনখিবনি। মীকপ থোক্লবসু হৌজিক ফাওবা মহাক মঙালদি ফংলমগনি থাজদ্রি।

মরুপ অনী অসুম থোক্লকপনা ফনদি শার্গজিল্লক্লে। হোটেলগুম্বা অমদা ফল্লগা ৱারী শাসি হায়বসু বোননা য়াদে। মী খরা হাঙবা লমহাং অমদি য়ৌরে। মখোয় অনী উজাও অমগী উরুমদা ফমথরে। ৱারীদি পাক হৌদোক্লদে। তরং মালংদা য়েংদুনা লৈ বোনসু। করিনো অমদি খল্লমগনি। হায়দোক্লসিরা নত্রগা অমুক হায়দোক্লগুমসিরা হায়দুনা নীংজিং মাঙজিংনরম্বসু য়াই। অদুবু অসুম্মা ঙাইত্রাক হৌত্রবা তুংদা ব্রোনসন্না তকখৎলক্লে।

ঙসাইগী কোফি কোর্নরগী ৱারীদু অমুক বোননা হৌদোরকই। ব্রোনসন্নদি কান্নদবা ৱাফমনি তোক্লসি হায়। বোননা য়াদে মরম লৈ হায়রে। মরম হায়ববু অতৈ করিসু নত্তে। থৌদোক অদুদা চেন্নরিবা নুপীশিংদুগী মরক্ত বোনগা লুহোংগদৌরিবী জুলিয়াসু য়াওরি। ব্রোনসন ঙকপনা খম থেংখরে।

প্রমান পুথোকপা ঙম্লদ্রা? ৱাহং অসি লাকপদনি বোননা মাগী ফুরিংকী ফুরিংখাউদগী ফোটো খরা পুথোরকখিবদু। ফোটোশিংদু ব্রোনসনদা য়েংহল্লি।

ফোটোদুদা তৌরম্লীসিবো করিনো ? ওইথোকপা য়াব্রানে ? ব্রোনসনগী ব্রাখলনি । ফি মচেৎ অমা থোংদ্রবা জুলিযাগী হকচাংগা নুপা অমতগসু নত্তুনা নুপা অনীগা । লৈশাবীনবো !

বোন মরু লুকথদুনা তুমিন্না ফম্লি । করি খল্লিবনো খঙদে । ব্রোনসননা ফোটোশিংদুদা মমিৎ কুপতমখৈ য়েংলি । অশেংবরা শেংদবরা ? কম্পুটরদগা শেমজিল্লিবজাৎলা ? মথোং মরম অমা খঙদে । করম্না কদায়দগী ফংলকপা ফোটোনো ? তশেংনা অশেংবনি হায়বসি খঙলব্রা ? ব্রোনসনগী ব্রাহংনি । তশেং তশেংবা ভাক্তনি । শেমজিন শাজিনবা অমতা য়াওদে । বোনগী অশেংবা পাউখুমনি । ইস ! অদুদি কবম তৌনি ? বোননা খনবমখৈ খনথরুরগা তপ্পা হায়রকই, "ঐ থিজিলহৌদরে । খছ্ত্রহৌদনা তৌবা থবক হায়বদু থোকখ্রে । ঐ মাবু তশেংনা খাজরুরে । ঐ য়াম্না লানখ্রে ।"

"ঐদি কুপ্পা শেন্নৌ হাযদি হায়খিবনিকো । লৈশাবী মাদ্রে মৌ মাল্লক্লে হায়খিবদুনি । লৈশা লৈশানা মৌ মাল্লকপা হায়বসি মৌগী লমচৎ চৎলম্লোই হায়নীংঙাই লৈতে । ফরে, মসিনা মসি ওইখ্রসনু । কোন্না খন্নরসি । নঙবু ফোটোশিং অসিবু কনাদগী লৌরুরিবনো ?"

"লাইবক ফবা হায়দুনি । মখোয়বু ফাগৎলিবশিংদুগী মরক্ত ঐনা টিয়ুসন তম্বীখিবা ছাত্র অমা য়াওবম্মী । মঙোন্দগী লৌরকপনি ।"

মহাকসু তরাই তরাইনা ওজানি হায়দুনা হেক্ত পীথোরকখিবা নত্তে । বোননা জুলিয়াগা লৈনরিবা মরিদু ফজনা লীথোক্লম্মী । তুংদা লৈহৌগদবা কোকপা ঙম্লরোইদবা দাকফম অমগী চৈনা অমদি খাঙমদ্রবা মীনোক মৈশা মরক্ত লেনগদবা পুক্সি মরেল, অদুগীদমক ছাত্র অদুগী মখোঙ কোন্দেদমক খাক্লা হায়জরম্মী । মিনিট মঙাদং থেঙথবম্লবদি তাঙ্গোয় ওইনা থেংনরম্বসু য়ারিবা ফোটোশিংনি । ফোটোশিং অদু মৈ থাদোক্লবা পুথোরকপদা তান চানদুনা থেংনহৌবনি । বোননা অসিগুম্বা ব্রাফম অসি হৌদোরক্কনি থাজরুদবনা বোনবু উদনবা মফম চানসু লোৎশিলহৌদবনি ।

নিশা থিংবগী মায়োক্ত থবক চৎথরুরিবা নহাবোলশিং অদুসু ফোটোশিং অদু ফাগে হায়না ফারুবা নত্তে । চিংনদুনা নিশাগী ওইবা পোৎলমশিং লোৎশিন্দুনা লৈব্রা হায়দুনা থিরুবনি । মদুদা উপুগী অরোনবা কাচিন অমদা লৈরম্বা ফোটোশিং অদু থেংনরুবনি । অসুম্না ফোটোশিং অদুদগী থবক অদুদা চেন্নবা মীওইশিং অদুগী

মমিং মথা লোইনা খঙবা ঙমখি। নুপীশিং অদুগী মমিংশিংদুদি লোৎশিল্লগা নুপাশিং অদুগী মমিংতমক খবরদা হাপখিবনি।

বোনদা মাগী ছাত্রদুনা তল্লকপদা কোফী কোর্নবগী মেনেজর অদুদি ফোটোশিং অদুতা নত্তনা নাতে চাদবা ফিল্মশিং ফাওবা ললোল্লম্লে। থৌদোক অদুদা চেন্নরিবা নুপাশিং অদুগা মাগা মান্নরগা থবকশিং অসি চখমিন্নবনি। পৈশা তানমিন্নবনি হায়রি। নুপীশিং অদুদি মখোয়না লোন্না ফিল্ম নর্মলিবদু খঙতন্দে। চুম্না নুংশিনবগী মওংদা চংথবনি। করিগুম্বদা পৈশা খবা খরা পীরগসু থাদোকখিবনি।

বোনগী মফমদদি জুলিয়া অসি অদুক্কী মতিক ব্রাবক চেংপা ইমুং অমগী লৈশাবীনি। নোংমতা সিনেমা য়েংমিন্নসি হায়বা ফাওবা ইমুংনা খঙব্রবদি চৈনি হায়দুনা য়াদে। ঙাইহাক্তুং পুংখায় অমা করি অমা ফমদুনা ব্রারী শাসি হায়বা যাদে। চৈবনি, মী খঙখ্রগনি হায়দুনা হেক্ত মচংখি। নোংমতা মথন্ত থোরক্তে। মমান্নবা অমা নত্তগা অনী হৌদুনা হেক্ত থোবকই। বোনগী মফমদদি থম্মোয়গী ওইবা ব্রা ফাওবা মপুং ফানা ফোঙদোচনবা মতম ইফং ফংহনখিদে।

নুপীগী অবোনবা ব্রহ্ম ফাওবনা খঙবা ঙমদে হায়বসিবু শেংলব্রা ? জুলিয়াসু করিসু চিংনবা লৈতনা লৈশাবী শাদুনা বোনদা অমুক লুহোংনবা চেল্লাক্লে। মসিদা মাঙজবিবনা কনানো তোংজবিবনা কনানো ? করিগুম্বা থৌদোক অসি বোননা লুহোংলবা মতুংদা খঙলক্লগনা কমদৌবা ? নত্রগনা পুক্সিগী ওইনা অদুম খংখিদবসু য়ারিব্রা ? অদু ওইরগনা কমদৌবা ?

লুহোংবা মমাঙদা খঙলবনিনা লুহোংবা অসিমদি য়াবোইদৌবে। জুলিয়াগী লমচং শাজং অসিমদি বোনগী অপাম্বগী মায়োক্ত ওইরবে। ফজবা লমচং শাজং পামজবা ইচম চমজবা বোন্না লুহোংবা অসি পামদরে। অদুবু খ্বাইদগী লুরিবদি মতৌ করম্না তোক্কনি ? অহল লমনগী বার্তোন চংপা হৌখরে। মহাক মশাগী বার্তোন চংপা লোইখ্রে। হৈজিংপোৎকী নুমিৎ খজিক্তমক ঙায়শীল্লক্লে।

জুলিয়াদুবু মমঙ মহা নুংঙাইরিগদ্রা ? করম লেল্লিগবা ? মাগী মমিংবুদি খবরদা হাপ্পীরক্তরে। অদুবু থৌদোক অদুবুদি লৈবাক পুঙজাও থীল্লে। মহাক মশামকসু শোয়দনমক্কী তাররিগনি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে লুহোংবা তোকপগী পাউ অসিমদি নোংমা নত্রগা নোংমা মহাক্কী মফমদা শোয়দনা য়ৌরগনি খল্লি। মতমদুদা মহাক্লা কমদৌবা ?

মতাং অসিরাইদা রোবর্টপু নীংশিংদবা গুল্লক্তে। মহাক্কী মমিং খবরদা হেক থেংনবদগীনি বোননা চিংনদুনা থিগৎপা হৌখিবা। থিজিনগে হায়বমক খনখিদ্রবসু চিংনবা অসিমর্দি কুইরবনি ফাওখিবা। মসিমতংদি কোকপা পাম্মী। জুলিয়াগা রোবর্টকা কয়ারক চৎমিন্নপ্রবগে হায়বমক খণ্ডখিদ্রবসু অনীরক অহুল্লক্তি থেংনপ্রবনি। রোবর্ট কনানো হায়দুনা বোননা তোয়না হংজখি। জুলিয়ানা মমাবোক্কী মচানি, মবুংনি হায়বদুদা ইচম চম্মা থাজরুই। মিং অদুমকসু জুলিয়ানা তাকপদগী খণ্ডবনি। খণ্ডনৌ হায়দুনা ফাওবা মখোয় অনী খণ্ডনপ্রবনি। ব্রোনসননা খংঙাঙ ঙাঙলকপদুদা ঙাইহাক তুমলুবগুম উংলুবা বোন মীকপ খংথোক থোকই।

মরুপ অনী খন্নবা য়াবা খন্নরে। লুহোংবা তোকপা হায়বর্সিমদি শোয়দ্রে। রাফম অসি কবম্না তরাই তরাইনা ইমাগা বাবাগদা হাযরুগদৌরি? অরুবা থবক অমদি ওইগদৌরিবনি। মরম শোযদনা হংলক্কনি। মরম পীদবা য়ারোই। অশেংবা রাবী অসি লীথোকপগী ওইরবদি কবিসু নত্তে। বোননা অদুম হাযববসু য়াই। মদু হেক তৌকবদা রা রাদি লাউদৌবি। থোকহন্নীংদবা থৌদোক থোক্কদৌরি। মীগী মচা অর্মদি চঙহাৎ হাংকদৌব। ফনা য়াম্না ওক্তবী ওইদুনসু মাগীদমক করি অমতা খনবীবরোইদ্রা? করম্বা উপাইনা রারেপ অসি মপুং ফাহনবা ঙমগদগে? খল্লুবা খুদিং লৃবা অসুম হেঞ্জিল্লক্লি।

ব্রোনসননা মকুপকীদমক করম্না উপাই থিগদৌবি? ব্রোনসননা হায়বা রাফম খুদিং বোনগী মমা মপানা যারদ্রা? হেক্ত থাজবা ঙল্লদ্রা? রাফম অদু বোনদা অমুক হংলক্করোইদ্রা? যাম্না খন্ননীঙাই ওইবি। মরুপ অনীগী রাবী তহ্ তহানা হেক্ত লোইশিনবা য়াদ্রি। খনবা মখে খন্নরবা তুংদা বোননা তপ্না হায়বকই, "মসি মাগা ঐগা হান্না রাবী অমুক্তং শানবনা ফগদ্রা খল্লি।"

"করি হায়না শানগদৌরিবনো?"

"লুহোংবসি তোক্লসি হেক্ত হায়রগে।"

"মদুদা মানা য়ারক্কদ্রানে?"

"য়ারক্ক্রগনা থৌদোক অদু ঐ খণ্ডলে হায়বা তারেদেনা।"

"মদুদা ইকায়খাঙদগী কোক শিদোকখ্রো, মদুদা নঙবুসু চেন্নরক্লোই হাযনীংঙাই লৈতে। অদু ওইরদি কমদৌবা?"

"অস, অদুসু চুম্মী। অদুদি করি তৌনি?"

জুলিয়ানা শিবদা মহাকপু চেন্নবগী ব্রাফমদি থোইনবু খল্লুদে। বোননা জুলিয়াবু তশেংনা থম্মোয় শেংনা নুংশিজরুবনি। মহাকপু পামদ্রে হায়দুনা লংথোকপ্রবসু তাইবংপাল অসিদগী মাঙহনখিবদি মহাকপু নুংশিজরুরিবা থম্মোয় অদুগী অপেনবা ওইগদ্রনে ? বোননা জুলিয়াবু মাগী ওইনা লৌশিনবা পামদ্রবসু জুলিয়াবু মাঙহনখিবা অসিমদি মহাক তশেংনা পামুই। ওইনীংবা ওইপ্রসনু থোকনীংবা থোক্রসনু খল্লগদি অহল লমনদা ইকোম কোম্না হেক্ত হায়দোকপা য়াই। মহাক্কী ব্রাখল, পামজকপা, থম্মোয় পুম্নমক কায়প্রবসু মসিমদি মহাক্না য়ানীংদরি। অদু ওইরগনা হৌখিবা খুদিং কাউথোক্তুনা অশোয়বা অরানবা খুদিং ঙাকপীদুনা লৌশিনবীবদি করি কায়বগে ? মীওইবগী ধর্ম্ম নত্তরা ? সনানা, লুপানা মনি মুক্তনা লেপ থুম্না হৈগে হায়রবসু মসিমদি ওইথোক্কদবা মান্দরে। তশেংনা লাইবক থীবা থৌদোক অমদগী লুপ্রবী ওইহৌবমক ওইরম্লবদি হবাওনা পুকচেল শেংনা লৌশিনবা ঙম্লমগনি। অদুবু মসিমদি শেংদোকপা ব্রারগদবা তশেংনা চাওখৎতবা লমচৎ কান্নগী থবক্নি। লমচৎ মাঙবা হায়বসি পুম্নমক মাঙখ্রবানি। চাওখৎলবা জাতি অমনা লমচৎপু শান্নপোৎকুম খল্লিগদরা ? খ্বাইদগী অতাঙবা ললদি লমচৎ অসি নত্তবরা ? লল অসিদি কনানা ঙাকপীগনি ? হৌজিক বোন করি খল্লি ? য়ুম থাদোক্তুনা চৎপা তারিবরা ? মরুপ অনী করি খন্নরিবগে ? নুমিৎতি ফনা চৎশিনখরে।

নিংথৌকাবা
১২/০৫/০৩

# ওইথোকপা য়াব্রনে

''হন্দক মরক্তি কৈদৌরবজাৎনো ইশৌকা পংলাং লাংখিদরে তবাবাইসে? তক্লবজাংলা?'' তবাচান্দনা খবব পানা পানা অসুম খনবনি। নুপীনা ইশৌ লাংবকা হাযসে ইমুংদা ঙাইহাক্ত ইংনা পোৎখবগা ফংবজাৎ নত্তে। ওফিস লোইবগা খরা ঙন্না যুমদা হনগেকা হাযদনা খন্নীংবজাৎ নত্তে। হন্দক মরক মাগী নুপীনা ইশৌ খবা নের্মাখবদগী ওফিসতা পারম্বা খবব ফাওবা মযুমদা পাবা ফংজরেদনা। মওল মওল খাল্লে। তের্থাশন্নবগা সনা শাউকা হায়বক্কদৌরিজাৎলা? নত্ত্রগা করি অমুক লৈযু হাযরক্কদৌবিবজাৎনো? অমবু ওইবে অমবু ওইবে ইশৌ লাংলক্তবসিমদি ওক্লোক্লা নুঙাইখ্রে। অসুম্নবু তৌববদি মানা হেক হার্যরিমখৈ য়ারদবনি খল্লি। তাঞ্জাসিদা লৈকাইগী ক্লবকী সেক্রেটরি সুবেন্দ্রো চঙলকই। ইথা থাজদনা সুবেন্দ্রোনা লাকপদুদা তবাচান্দনা সুরেন্দ্রোবু কৌশিল্লি, ''ইবুংঙো চঙলকউ। করি লৈরে?''

''থোইদোক্লা অরুববুদি নত্তে। অদুদা ব্রাসি তাদগা অমুক্তং হান্না তানহৌবনা ফগদ্রা খনবদগী লাকচবনি।''

''এ, ঐনা খঙববু ওইরবদি কৈদৌনি হাযগে তনাথোক্লা লোইবে কৈনো।''

''ইতৈমদি লৈতবরা?''

''নতৈমসু য়াওগদববো? অদুদি মাদি লৈতে। অশ্বাইফাওবা শুম চৎথোক্লমগদবা মাল্লি। মফি মবোল থোইনা নানখিদে। ঐঙোন্দসু হায়বমদরে।''

''ইতৈমা যাওদ্রবসু কৈসু কাযদে। সুমদৌবনি তাদা ঐখোযগী অব্রাং লৈকাইগী ইতৈমা নন্দি খঙবীকো।''

"এ, করিগী খণ্ডদনি হায়গে ? ঐনা অঙাং ওইহৈরিভৈদা লুনা তিন্নরকপা ইমান্নবা অমগী নুপীনি। করি তৌবা য়াওরে ?"

"মখোযগী ইমুংদো খৎনবদা মহা ওইরমাল্লে। কনাগী ক্লব, মৈরা পায়বী ফাওবা য়ৌনবমাল্লে। হৌজিকসু ইতৈমাগা তাদগদু খাইনদুনা লৈমাল্লে।"

"এ করিগীনো অদুদি ?"

"ঐদি তাদা খণ্ডলমগদ্রা হায়দুনা লাকচবনি।"

"ঐদি করিস্ খণ্ডদেনা। নঙনা হাযবকান্দ হৌজিক্ত তারিবসিনি। মরমবু করিগীনা হায়গে ?"

"তাদনা ইতৈমাবু থিনবীর্বাস অনীবক অহুম্লক শুবমাল্লে ?"

"আ... । শুরল্লনি ইবুংঙো। ঐনা ওফিস কুল্লকপদা মানা পোৎ যোল্লুবগা থোবক্তুনা গাডী ঙাইহরম্বগা মপা হেক চানরুবনি। ঐনসু মকুপকী নুপীনি খন্দুনা থিনবীরম্বনি। কবি কায়গেনে অদুবো।"

"তাদাগা ইতৈমগবু হন্দক মরক ৱাফমসিগী মতাংদা ৱার্বা অমতা শানবীখিদবরা ?"

"হায়দি নতৈমা তবাবাইগা ?"

"হোয়।"

তরাচান্দ শ্বর ফুনগৎলি। সুরেন্দ্রোগী মঙগুম্লবা ৱাহং কযা অসিনা মরক মরক্ত জ্ঞান মাঙহনবা হৌই। অদুবু, মসিমদি খঙলে মহাক্না মরম ওইদুনা বাবুয়াইমগা নন্দিকা খৎনরে। থাজকদবা অঙকপা অর্মাদি থুংলরে মাগী মফমদা। খঞ্জিল্লুবদা মহাক অসুম ইকায়রকই।

সুবেন্দ্রোসু চমম্লবা অমদি পোক্লে। সোমদনা তরাচান্দনা অরানবা খরা তৌরুরে হায়বসি য়ানীংদরি। অসোমদনা খাঙবা ঙমদ্রবা বাবুয়াইমনা মাগী নুপীবু ফুবীখি। নন্দীনা হায়জবা অমতা তাবীখিদে। বাবুয়াইমগী অশাওবগী মৈনা ৱায়রবা নন্দি মখুৎ-মশা তেক্তুনা মপাম য়ৌখি।

ৱাফম পুন্নমক অসি তাবদা তরাচান্দ ফমদুনা লৈথোকপা ঙল্লক্তরে। বাবুয়াইমনা মাবু কয়াদা লান্না খল্লমগদগে খনবদা খুদক্তুদা মহাক চমথোকপা চৎনীংলম্মী। অদুবু ৱাফম অসি তরাইনা লৌবা য়াদ্রে হায়দুনা সুরেন্দ্রোনা খাম্মী। তরাচান্দগী

থম্মোয়না ব্রাকং অমা থাঙ্গংলক্লে। অসিগুম্বা মী শিবা য়াবা থৌদোক অসিগী হৌরকফম খিনিংলকই। হেক হায়দোকপদা নুংঙাইরোইদবা ব্রাফম লৈবনা সুরেন্দ্রাসু পাক হেক হায়দোক্তে।

কুইনা ফমদুনা লৈথোকপসু য়াদে। মী অতে উন্নগদবসু লৈরি। তরাচান্দগী ব্রাহংগী পাউখুম পীরমদনা চংপসু নুংঙাইরোইদৌরি। ব্রাফম অসি তরাবাইনা থোকহনবনি হায়দুনা তমদবা য়াদদুনা তল্লে। তরাবাইনা চংতুনা বাবুয়াইমদা হায়রুর্বনি। মদুসু চুম্না হায়নরুবগা নন্তে। অকামপেৎকা লোয়ননা হৈথরুবনি।

মতাঙ অসি য়ৌশিল্লকপদা মাগী নুপীবু ব্রারৌদবা ওল্লক্তে। মাগী ব্রা মাগী নুপীনা তাদরে। ময়েক শেংলে। মহাকপু থাজদবগী ব্রাফম লাক্লে। সুরেন্দ্রোনা হায়রিবা ব্রাফম অসিনা চুল্লগদি অতোপ্পা প্রমান অমা থিরুদ্রগসু য়ারে। করম্না য়ুম পানমিন্নগদৌরি? মহাক্না হায়বদা ফাওবা থাজরক্লবদি করম্না থাজহনগনি? অচুম্বা বায়েল অমা তঙাই ফরক্তরে। মতাং চারিঙৈদা চুমথোকহৌদ্রবদি মতুংদসু নুংঙাইনরোইদৌবি। ঙাইহাক উংলুববা তবাচান্দনা সুবেন্দ্রোদা হায়রকই, "ফৈকৈসু কাযদে। অচুম্বা ব্রায়েলদি তৌরকউকো ইবুংঙো। নঙনা খঙগদবা অমনা নতৈমা নন্দিসু মবাল লৈতবনি। অদুগা ঐসু অসিগুম্বা ব্রাখল খল্লুবা লৈতবনিকো। মস, ওহ্নোকপা নুপী অমগা হেক থেংনরুইদা ঐদি।"

"তাদা, ঐ অমুক চংচরুখিগে?"

"ফর্নি ফনি য়ৌরুরো ইবুংঙো।" হন্দক মরক মাগী নুপীনা ইশৌ খরা নের্মখিবগী মবম খঙলকপগুম তৌই। মকোক্ত মখুৎ পায়দুনা ফমথৈ। সুরেন্দ্রাসু কোম্বোং লানথোকখ্রে। ঙাল্লম্বা ইলেক্ট্রিক্কী বলবনা মমখিবগুম খংমম মমখিবগুম্মী তরাচান্দগী বুথি। তাঞ্জাসিদা তরাবাই ফেং ফেং চোংদুনা চঙলকই। তরাচান্দ ঈ কারে তরাবাইগী মশক উবদা। ফুনীংবনা মখুৎতু মরেঙ মরেঙ চংলে। অদুবু, ফুরুবগা তৌরক্কদবা ফিভমদো খঙবদগী তপ্না ফাথরে। অদুগা হায়রকই, "ঙাইখো, নঙনা তৌরিবসি করিনো?"

"ঐনা কৈদৌরগে?"

"নন্দিগা বাবুয়াইমগা খংনরে হায়রীবসে নঙনা নক্ত্রো?"

"মদুদি ঐনা ওইরম্লোই। মখোয় বাবানা ওইরমগনি।"

"তৌনু তরাবাই, নঙ য়াম্না হাইগংমল্লি। নঙ খুদোংথীবা শোয়দনা লাক্কনিকো। ঐদি হায়বীরিবসিনি।"

“ইশা ইশাগী শুমাঙ শিংনসি। মখোয় বাবাগী খোঙথাংদু চুম্না হান্না যেংবীখো। মদু হান্না শেমদোকপিখো।”

মচীন্দ মুকম মুকম শোন্দুনা চঙখি তরাবাই। তান্নদুনা হেক ফুকবদা লৈকাই কৃন্মৈ ওইগদৌবিবনি। তবাচান্দ তুমিন্না অমুক ফমদুনা লৈহৌবে। তুমিন্না ফমহৌবিদি হাযববু ৱাখলদি অমম্বা ঈপাক অমদা ঈবাক্লহৌবি। অঙানবা মচেৎ অমা উগুমসু তৌই। উপাই অমা ফংগুমসু তৌই। অদুবু, ঈবাক্লবদি হেনজিল্লক্লি। মহাক উপাই অমা থিদবা যাদ্রে খল্লক্লে। কবম তৌনি? মানা মবম ওইদুনা মীগী ইমুং মনুং থুগাযবদি যাদে।

নুমিৎ খুদিংগীদি ওফিসতা মতম চানা অমুক চৎপা ঙমদবানি। অদুবু, ঙসিদি ওফিস মতম ঙাইবা ঙমদ্রে। মফি হোংদোক্লুনা ওফিস কান্নবা থৌবাং তৌগ্রে। ঙসিদি মহৌশাগুম তবাবাইগী ইশৌ তাউথবকপদু তৌদবে। মাসু মাগী নুপীদা বা মচেৎ অমতা ঙাঙলমদে। তবাচান্দনা ওফিস যৌবদা কনাসু লাক্লবমদবি। থোঙ ফাওবা হাংলমদবি। চৌকিদাব কৌদুনা মাগী কাগী থোঙ হাংদোকহল্লে। মথন্ত চিন্তা তৌদুনা ফল্লি। মানা মবম ওইদুনা কাযববা ইমুং, মক ওইনা মবাল লৈজদ্রবী নন্দিগী খনবদা মহাক শ্বব হোনবা ফাওবা কাউবগুমলে।

থবক শুফম খঙদবে। চপ চপ যুংদুনা লৈবে। লিথোক্তবা যাদদুনা মমান্নবা অমা অনীদা থোকখিবা থৌদোকশিংদু অমতা চিখদনা লীথোক্লে। মাগী পুকচেল ফজনা খঙলবা মমান্নবশিং অদুনা মাগী ইমুং কায়নবা শিনবদি নঙে। অদুবু, মাগী নুপীবু পবা তম্বীনবদি ফনা ফজনা হাযবে। নুপীনা ঙমহন্দুনা লৈববাদ যাববোই ফজনা অমুক্তং ফু হাযবসু যাওবে। মাসু মপামদা লৈবগী অন্নাবদু অমুক্তং খঙহল্লু হায়বসু য়াওবে। মহাক মযামদু খল্লুবদা হান্না মমদুনা লৈববা বুধি ফজনা মম্বা হেনজিল্লে।

ওফিস লোইরগা ময়ুমদা হল্লক্তবা যাদবনিনা হল্লক্লে। ময়ুমদা পাক হেক চঙবা তন্দুনা কদায় কদাযদনো খবসু চঙথোকলুবে। ময়ুম যৌবকপদদি নুমিদাংগী পৃং নিপালমুক তাথোকখ্রে। নুমিৎ খুদিংগীদি ময়ুম হেক য়ৌবগা মফি মবোল হোংদোক্লুনা মচাবু লাইবিক লাইশু তাকপীবনি। অদুবু ঙসিদি ফমুংদা চুমদ্রিং চঙখ্রে। খোঙউপ ফাওবা লৌথোক্তে। লোংখ্রাক লোংনা হিপতুনা মকোক্ত মখুৎ হাপতুনা লৈ।

মাগী নুপানা লৈরম্লিবা ফিভমদু উবদা তরাবাই পিং লাউই। মাগী হান্নগী হৌনবী মহৌশাগী মহৌশা ইশৌ লাংবী হৌবক্নে। খণ্ডহৌদে তবাচান্দসু ফুক হৌগৎলকই। বিমোৎ কনত্রোলদা শান্নবকপা বোবোৎ অমগী মতৌনি। মাগী নুপীগী মায়কৈ তম্না ফুজিল্লি। চোংশিন্দুনা তোপ তোপ হেক্ত থোল্মী। তবাবাইসু নুপীনিকা হাযদনা হন্দে। লামফু লামফু হেক্ত তৌবকই। মচা হৌবতা ঙাযবিবা ইবোই লমচা অনী রাইনবগুম্বনি। অদুবু কদোমদগীনো খণ্ডহৌদনা তবাচান্দনা তবাবাইগী মখুৎ তাপ ফাদুনা লৈথেকখিবগুম্বা অমা তৌখি। লানফমদা তেনগী চৈনা ফংলবা সেনাপতিনা শমায লৈদুনা চেনব ওম চেনবা হৌবকই। খের্নাববদি সেনাপতিনা দোলাই মথক্ত স্কান মাগুদুনা থোকখিবান অদুবু, তবাবাইদি কোয়লাউ কোযলাউ লাউবা হৌবকই, ''লৈকাই লৈকাই নী হাৎলে।''

তবাচান্দ হনবা লৈতে, ''হাৎসু হাৎতনা হাংলে হায়। অদু ওইবদি হাৎপা তাবে।''

কোযতান তানবা হৌই ঙসাইমখৈ শামন খবা ফংলবসু পাক হেক চঙলকপা যাদদুনা লৈবম্বা মমা চঙলক্তনা খাল্মী, ''হায হায, কবি তৌনবগেনে নখোযবো ?''

তবাচান্দনা খুম্মী, ''কৈসু তৌদে ইমা। হন্দোকউ ইমা। মসি নুপীসিদা হাৎত্রেক্লগা লোইবে।''

''ঙাইখো ঙাইখো। নুপাদা অকন অবিঙ শীংবা অশিংবা মীগী লমচৎ শাজৎ নত্রেকো।''

''পঙগেবা শিংগেবা ? মসি কা যাম্না হেল্লে ইমা। ঐবু থাদোকউ ইমা।''

অসুম্না মমানা মাবু ফাবিঙৈদা থোঙ হাংদোক্তনা নানথোকখিবী তবাবাই লাউ খোংদুনা চেনখিবনা থোঙগাল রাংমা লানখ্রে। লৈকাই ময়াম চঙশিল্লক্তনা কবিনো কবিনো হংলৈ। লৈকাইগী মীশিং লোইনা হন্নখ্রে। ফনা থেঙলে অহিংদো। তবাবাইদি হনজিল্লকপা কৌবা লৈত্রে। তবাচান্দদা হাযক্নবদদি মানা ওইনা তাদ্রে। মমানা যুম অমা অনী চৎতুনা হংজকই। অদুবু, থিবদি ফংদবে।

তবাচান্দ তুম্বা য়াদে। মমাংঙৈগী বা নীংশিংলকই। যুম পানবা নৌবিঙৈদুদি মানা হাযবতা ইনখিবান। লুহোংলবা মতুং চহি তকক তবেৎ অঙাং অমতা উবা ফংদবদা মখোয়নি কয়াম রামিন্নখিবা। মমানা মপামদা কৌই কৌই হাযদুনা মাগী অযাবা য়াওবগা মপামদা কযাম তোযনা চৎখি। মতমদুদা লমচৎ ব্যবহাব কযাদা

ফজত্ত্রবা। ঙসি মচা অমা উবা ফংলবা মতুংসিদা কয়াদা তমথিনা হোংত্রবা মাগী নুপীগী লমচৎ শাজৎনো ? ব্রাখল খন্না খন্না জ্ঞান তপ্পা তপ্পা মাঙথোকখ্রে। জ্ঞান মাঙলমদ্রগদি ঙসিগী মাগী নুপীগী মতৌদুদা অমতা পোকচবা মচাদুফাওবা কনাগী অঙাংনো খল্লম্বা য়ারিবনি।

নোং ঙানখিবা ফনা কুইরে। অদুবু, ঙরাং থেঙনা তুর্মাখিবা তরাচান্দদি হৌগৎতরি। লৈকাই কোয়রুবা মমানা তফিং তফিং লাক্তুনা তল্লে, "ইবুংঙো ইবুংঙো, নঙবু হৌগৎাত্রবরো ? তবাবাইবু আ মখোয় লৈকাইগী খোয়তোম্বদা চেনখ্রে হায়রিসিবু চুল্লিব্রনহে ?"

"হা!" তরাচান্দ খংপ্রেক খংই। লোংনা ফুক হৌগৎলি। টেবল মযাদা থারিবা চৌক্রিদুদা ঙেক লাউনা ফমথৈ, "কবিনোনে হায়রিসিবো ? ইস! কবি তৌনি ?" মথন্ত খঞ্জবা ব্রাখলনি, "কনাদা হাযবা! কবিগী! কবম্না! মসিবু ওইথোকপা য়াব্রনে ?"

লৈপাকপোকপা

১০/০৬/০৮





অইবগী ফোঙখ্রবা শৈরেংগী লাইরিক **"পৃথিবীসু উঙলি ঐগী কোকসু উঙলি"** গী মরমদা ঃ

শৈরেংশিং লোইনমক মতমগী মঙাল পীবা ঙাক্তনি। পাবদা অর্থ খঙহল্লি, ৱাহৈ লোঞ্জন ফজৈ, ৱাখল চেল্লি।

**- বি. জয়ন্তকুমার শর্ম্ম**

শৈরেংবনা করিগুম্বা মখা চত্থনা অসুম্মক শৈরেং ইরকখিগদবা লৈরগদি, করম্বা মওংদা করম্বা মখলগী শৈরেং ইবকপা য়াবগে হায়বদু তাক্লিবা লাইরিক্লি। মরমদি শৈরেংবা অসি কবেম্লবা, নোক্লবা অমসুং ফাগীগী মিহুল চেনবা মীওই অমনি। মসি লাইরিক অসিদা য়াওবিবা শৈরেংশিং অসিনা তাক্লকপা ৱাফমনি।

**- সা পা মী**

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিং অসি চাউরাক্না মখল অহুমথোক্না খায়দোক্তুনা য়েংবা য়াই। অমনা সমাজ অসিগী লমদম অসিগী লৈতাদবা হাৎন-শুনবা, লৈজদবা ফিভম অসিবু মওং কয়াদা য়েক্তুনা ইবা শৈরেংশিং অনীশুবদা মীনা মীগী থাক্তগী হাইথরক্তুনা মীগী মগুল য়াওরক্তবা অমসুং মসিগীদমক অইবনা ৱাজবা, নুংনাংবা। মীগা শাগা কর্রি খেন্নবিবগে হায়না খোয়রাঙ খোয়শাওননা হংবা ৱাহং অমগা লোয়নবা শৈরেংশিং অমসুং অহুমশুবদনা অইবনা পুন্সিবু মনুং হুঞ্জিন্না য়েংদুনা তেনখ্রবা পুন্সি অসিগী অর্থ হংজবা পুক্নিং নুংশিনা পুন্সিগীদমক ৱাজবা শৈরেংশিং অসিনি।

**- ডাঃ খুন্দোংবম গোকুলচন্দ্র**